# শ্রীঅরবিন্দগী গীতা ভূমিকা



অনুবাদক—শ্রী[illegible] শর্ম্মা

উবাচ পার্থ পশ্যৈতান্ সমবেতান্ কুরূনিতি

ওঁ

# শ্রীঅরবিন্দগী গীতাভূমিকা

অনুবাদক—
ব্রজবাসিময়ুম শ্রীমণিমো শর্ম্মা, সাহিত্য ব্যাকরণ শাস্ত্রী
সদস্য—শ্রীঅরবিন্দ সোসাইটি, ইম্ফাল্
পরীক্ষামন্ত্রী—মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ্



# SRIAUROBINDOGI GITA BHOOMIKA

স্বত্ব সুরক্ষিত

মমল্—লুপা ১৮




কোঙ্‌বা—
মণিপুর সরকারনা
পীবিরকুপ তেংবাং শেলগা লোয়ননা

অনুবাদক—
শ্রীমণিস্না শর্ম্মা
এলাংবম লৈকাই ইম্ফাল্‌না।
[redacted]
ছাপা নম্বা—
শ্রীনিমাই চান্দ শর্ম্মা
নিমাই এণ্ড সন্স প্রীণ্টিং ৱার্কস্‌
পাওনা বাজার, ইম্ফাল্‌না।

মতম্‌ অমস্থং মশীং—
শ্রীঅরবিন্দজন্ম তিথি ( দর্শনদিবস )
১৫ আগষ্ট ১৯৮৩ ইং ( ২৯ শ্রাবণ ১৩৯০ )
চানিপাল্‌ খক্

লাইরিক্‌ ফংফম্‌—
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ্‌,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল্‌ ৭৯৫০০১

## ৱাহৈ অমনিদং—

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগী মরম্দা শ্রীঅরবিন্দগী খ্বাইদগী মপুং ফাবা লাইরিক্তি—ইংরাজীদা ইবা লামায় ৮০ পান্বা গীতাগী মরম্দা ইবা রচনাশিং ( Essays on the Gita ) হায়বা লাইরিক্তুনি। পণ্ডিচেরীদা লৈরবকান্দা ইং কুম্জা ১৯১৬ গী অহৱাইদগী হৌরগা ১৯২০ দা লোইখিবা রচনাশিংনি। চখৎরক্লিবা অসি যোগী অমগী পুন্সীদা বেদগী ব্যাখ্যাদগী হৌরহনা উপনিষদ্ অমসুং গীতা য়েৌরকপনি। চুম্নগা লৈরম্লিবা ভাষ্যশিংগী মথক্তা অংগোপ্প ভাষ্য অমা হাপ্চিন্নবা হোংনবা নত্তে – লোকমান্যতিলক অমসুং মহাত্মা গান্ধীগুম্না কর্ম্ম, জ্ঞান অমসুং ভক্তিগা অপুন্বা সমন্বয়দা সাংখ্য, যোগ, বেদান্তদর্শনচিংবা পুম্নমক্ পুন্শিল্লগা মতুংগী লম্দম্দগী অমৃতগী লম্দম্দা পুন্সীবু পুখৎনবা হোংনখিবনি। সাধনা অমনি; লম্বী অমনি—মহুদি যোগগী লম্বী, দিব্যজীবন ওইরক্নবা লম্বী। লম্বী অসিসু মতম্ মতম্গী ওইবা নত্তে; মতম্পুম্বদা ওইরগদবা, অমাঙ্ অত্তা লৈত্রবা সনাতন ধর্ম্মগী লম্বীনি। যোগেশ্বর শ্রীকৃষ্ণগী মতুং ইন্না অর্জ্জুনগা কুরুক্ষেত্রগী লান্ফম্ ময়াইদা ঙাংনখিবা অধ্যায় ১৮ দা লোইশিন্খিবা—শানখিবা ৱারী-ৱাতাইনি।

অসিগুম্বা গীতাগী লম্জীংদ শ্রীঅরবিন্দগী রাজনীতিগী পুন্সীদসু ফংখি। অসিনা খৃঃ ১৯০৫ অহৱাইদা ফোঙ্খিবা বাংলাগী চে—"ধর্ম্ম" কৌবা পত্রিকাদা শ্রীঅরবিন্দ মশামক্না ইখিবা বাংলাগী রচনা কয়া ফোঙ্খি। মহুদা গীতা অমসুং ধর্ম্মগা মরী লৈনবা রচনা কয়ামুক্ ফোঙ্দোক্খি। ময়ামহুগী মথুংদগী "গীতারম্ভ মিকা"

অমসুং "কারা কাহিনী" হায়নুনা মপুংদি ফাদবা লাইরিক্ অনিখক্ থোরকখি। শ্রীঅরবিন্দগী মপোক্ কুম্ওন্ চহি চাম শুরকপগী উপলক্ষদা ফোঙ্লকপা গ্রন্থাবলীদা "শ্রীঅরবিন্দর মূল বাংলা রচনাবলী" ( শ্রীঅরবিন্দনা বাংলা লোন্দা ইখিবা রচনাশিং ) হায়বা অনিশুবা ভোল্যুমদা পরীং শাগংলকপদা গীতা (২) হায়রগা— গীতাগী ধর্ম্ম (গীতার ধর্ম্ম), সন্ন্যাস অমসুং জ্ঞান ( সন্ন্যাস ও জ্ঞান ), বিশ্বরূপদর্শন অমসুং গীতাগী ভূমিকা ( গীতার ভূমিকা ) হায়নুনা য়াওহল্লি।

শ্রীমণিস্না শর্ম্মা শাস্ত্রীনা 'অনুবাদ' তৌরিবা "গীতারভূমিকা" হায়বা মতাং অসি ফোঙ্খ্রবা লাইরিক্ মচা অদুদা য়াওবা— অরোইবদা হাপ্চিনবা—বিশ্বরূপদর্শন, পুরাণ, প্রার্থনা, ঐখোয়গী ধর্ম্ম, মায়া অমসুং নিবৃত্তিনচিংবা থরসু অনুবাদগী শরুক্তা য়াওহন্-দুনা মপুং ওইরিবা গীতাগী নৈনবদা মপুং ফাহল্লি। লাইরিক্ অসিদা গীতাগী মায়কৈ পুম্নমক্ নৈনবদি নত্তে ; অধ্যায় অনিমুক্তংগী মপুং ওইবা ব্যাখ্যানি—মসিমকসু মপুং ফাদে, অদুবু গীতানা পীরিব মঙান্ অসিগী মশেক্ থয়দি ময়েক্ লানা লাইরিক্ অসিদা থেংনগনি, যোগীগী চপ্চাবা পুন্সীদা থোঙ্দাজ্রিঙৈদা শ্রীঅরবিন্দগী পুন্সীদা ফাওখিবা গীতাগী লম্জীং মৈরাগী লংলব মশক্ অমদি থেংনগনি।

মণিপুরদা শ্রীঅরবিন্দ অমসুং শ্রীমাগী পুন্সীগী মশক্ ইখঙ্-খঙ্নজ্রি হায়বা য়াই। ফোঙ্লিব লাইরিকসু মশীং য়ামজ্রি। শ্রীমণিস্না শাস্ত্রীনা তৌরকইবা দান অসিনা লায়না খঙবা য়ারা

ইমারোন্দা শ্রীঅরবিন্দনা কম্‌দোনা গীতাবু খঙ্‌খিবগে অমসুং মহুগা লোয়ননা ভারতকী সনাতন ধর্ম্ম অমসুং আধ্যাত্মিক জগত্তা করি করি থেংনখিবগে হায়বহুগী মশকু অমদি নীংথিজনা তাক্লে হায়না লোগদি। চুম্নগী পণ্ডিতকী ব্যাখ্যা মত্তে। থম্মোইদা হেক্তা পান্‌বা, যোগ সাধনাগী লম্বীদা লম্‌জীং মৈরা পীবনি।

"শ্রীঅরবিন্দগী গীতা ভূমিকা" হায়বা লাইরিক অসিনা অসি-গুম্ব চাউনা হাংলিবা অমদি ধর্ম্মগী সাহিত্যাগী মায়কৈদা মেন্‌শিন্‌বা হৌরে হায়না লৌনি। তাঙ্‌না লৈরব শ্রীঅরবিন্দ সাহিত্যাগী মণিপুরী পুকৈদা শীংথানবা য়াবা দান অমা ওইরগনি।

এলাংবম্‌ লৈকাই
তাং ৩০ । ৯ । ৮৩

শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# গীতাভূমিকাগী ভূমিকা

গীতা, মহাভারতকী ভীষ্মপর্ব্বদগীনি। মসিদা নিংথিনা চংশিন্বা হায়বসিমক্ শাংলব সাধনা অমগী থবক্নি। গীতা য়াম্ লুই, মাবু থঙ্নবব হোৎনরুবা কান্নদে নীংহুনা হন্দোকুপা লাল্লি। থাপ্ন কিবা হৌনদে। গীতানা, মতোম্দা চংজরকুইবা মীশিঙ্গী অপাম্ব মনীংথুংহনবিরিবনি।—"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাং তথৈব ভজাম্যহং।"

মীয়াম্না গীতাদগী কর্ম্ম, ভক্তি, জ্ঞান মহাও অহুম্ অসি লৌনৈ।

কর্ম্ম—অয়াম্ব মীশীংনা লৌনৈ, লৌনকম্ থোকুই। মী নত্তব জীবশিংনসু কর্ম্ম তৌই; মহুনা মপুন্সি মহয় য়ান্নৈ। নিকাম কর্ম্মনা দিব্যজীবন ফংই, নত্তনদি য়াদে।

ভক্তি—চেৎন থাজ-নীংজবগা লোয়ননা সেবা তৌবা, মপুগী অপাম্ব মথা পোন্না হিংবা, মাগী চরণ ফংননবগীদমক্তা মহুগী চানব লম্চং-স্বভাব পূম্নমক্ শেম্বা। মসিগী চানব নত্রগা অরোয়-বদি অহৈতুকি ভক্তি হায়রিবসিনি। ভক্তনা মশাগী করিগুম্ব অমত থাক্তনা ভগবান্দা পূম্কং কথোকৃপবুনি।

জ্ঞান—'জ্ঞান' ফংবা, অরোয়বনি হায়রবসু য়াই, অহুম্নদি ওইরগা অহুম্সি থাকু-থাক্ কাখৎলকুপা ক্রমবিকাশতি নত্তে। জ্ঞান ফংননব কর্ম্ম তৌগদবনি। ভক্তিনসু জ্ঞান ফংবদা তেং-বাংই। ভক্তিগী সিদ্ধিহু 'জ্ঞাননি' হায়বা য়াই। ভক্তিগী সিদ্ধিবু ইষ্টদেবদা তীল্লে রূপ অমতা ওইরে নত্রগা জ্ঞানী ওইরে হায়বা

য়াই। মৈরীক্ল মৈজাউদা তীন্‌বগুম্বনি। নীংশিংবা য়াই সর্ব্বং কর্ম্মাখিলং পার্থ জ্ঞানে পরিসমাপ্যতে।

রাকম্ অসি শ্রীঅরবিন্দনা—অপানবমক্তি নত্তব তন্না শোগৎ-লত্নুনা অম্মুম্না হায়রম্মি থবকুম্দ্ উংলম্মী—"গুম্বগী জ্ঞানগীদমক্তা মীয়াম্ থাদোক্ত্না অচিকৃপদা লাইনীঙ্গদব নত্তে। মীয়াম্বরক্তা অচিকৃপ পুম্শিল্‌লক্কদবনি। কর্ম্মক্ষেত্র ওইরিব মীয়াম্গী সংসারবু তুংওইনবা য়াদে। জগৎ প্রপঞ্চ অসিনা এগী ফননব খন্‌বিরি, অত্নুনা মাগী ফননবা ঐনস্মু খনক্‌ম্ থোকই। অস্মুম্ব পুক্নিং-রাখল্ (মনোবৃত্তি) অসিমক্তনা জগৎ অসি মশাগী কর্ম্ম লম্বী কায়দনা চৎলিবনি।"

রাকম্‌শিংসিগী মণ্ডান্দা শ্রীঅরবিন্দনা গীতা নৈনৈ; মপুং ওইনা কর্ম্ম ভৌবগী আদর্শ অদু মাহাক্না লৌই। শ্রীঅরবিন্দনা য়াম্ন মপুং ফানা নৈনদুনা গীতাগী অপাম্ব সার মচিম্‌খ পূন্‌খত্তুনা থম্বিরম্বদি "এসেজ ওন দি গীতাদনি।" গীতারম্ভ্‌মিকা অসিদি গীতা চংশিল্লব থোঙ্‌নি, গীতা কদায়দগী কম্‌দোনা পোক্লকুপনো? তাকুপনি, মাগী পাত্র খঙ্‌হনবনি। মসিদস্মু নত্রি শ্রীকৃষ্ণনা শাস্ত্ররিব নীতি, মাহাক্কী বৈষ্ণবী মায়াগী মপাঙ্গল্ অমসুং ধর্ম্মভূমি ভারত অসিদা ধর্ম্মতদা য়ুম্ফম্ ওইরব মপূম্ফারব "সাম্রাজ্য" অমা লিঙ্খৎপা অদুগা অর্জ্জুনবু মথৌ মশকু খঙ্‌না পাঙ্‌থোকহনবা; অসিনচিংবসি লাইরিক্‌ অসিদা নৈনরি। অতৈনা—অতিমানসকী রাকম্, মীওইবগী ধর্ম্ম, পৃথিবীগী ধর্ম্ম, জাতিগী ধর্ম্ম, দেশকী ধর্ম্ম, ভারতকী সনাতন ধর্ম্ম অমসুং নিবৃত্তিগী রাকম্ অসিনচিংবস্মু মসিদা নৈনরি।

ভারতকী দর্শন খণ্ড্‌বদা থোয়দোক্লা—গীতাদর্শন খণ্ড্‌বদা নিংথিনা কান্নরগদব দার্শনিক তত্ত্ব খরসু গীতাভূমিকাগা লৈমিন্নরম্বদগী অমসুং মণিপুরীশিঙ্গী কান্নগদ্রা খল্‌লুবদগী 'গীতাভূমিকা' অসিগা পূন্না ফোঙ্‌দোক্লি। মাত্রা, সমতাগী মগুণ, যাদব গুম্বা, সাকার অমসুং নিরাকার, বিশ্বরূপদর্শন, কারণ জগৎকী শকৃকম্‌ দিব্যচক্ষু, পুরাণ, প্রার্থনা, ঐথোয়গী ধর্ম্ম, মায়া অমসুং নিবৃত্তি-নি।

শক্লাইরব কবি অমসুং সমালোচক শ্রীএলাংবম্‌ নীলকান্ত সিংহনা মণিপুরী গীতাভূমিকাসিদা অভিমত পীবিরকৃপগীদমক্‌ বিদ্বান্‌ ভদ্রলোকৃপু ধন্যবাদ তৌজরি লোয়ননা তৌবিমল খণ্ড্‌বা ফোঙ্‌দোকৃচরি।

পণ্ডিচেরী

তাং ১৫ আগষ্ট ১৯৮৩

শ্রীঅরবিন্দ জন্মদিবস ( দর্শনদিবস )

—শ্রীমণিস্না শর্ম্মা

# —গীতাভূমিকাগী সূচীপত্র—

বিষয় লামায়





শ্রীঅরবিন্দগী

# গীতাভূমিকা

त्वमक्षरं परमं वेदितव्यं
त्वमस्य विश्वस्य परं निधानम्
त्वमव्ययः शाश्वतधर्मगोप्ता
सनातनस्त्वं पुरुषो मतो मे ।।
सर्वभूतस्थमात्मानं सर्वभूतानि चात्मनि ।
ईक्षते योगयुक्तात्मा सर्वत्र समदर्शनः ।।

গীতাবক্তা

গীতাগী ব্যাখ্যা কয়া কয়া তৌনখ্রে, অদুমক্‌পু হৌজিক্‌ অমুক্‌স্থু মসিগী নৌনা ব্যাখ্যা তৌবা দরকার ওইরি। আ-তুংদস্থু মসিগী অনৌ অনৌবা ব্যাখ্যাশিং তৌনরক্‌খিগনি, থাজনরি। গীতা ব্যাখ্যা তৌনবসিদা মসিমক্তুনা মপ্‌ম্ফারে, মসিদগী অহেনব অমা লৈররোয়, অস্থুম্না লেপথোক্‌পা ঙম্ব কনামত্তা য়াওদ্রি।

গীতা খঙ্‌নবগীদমক্‌—মাবু তাক্লিব মীওই, তাক্‌ফম্‌ পাত্র অমস্থুং মসি তাকখ্রিব তাঙ্গা মখোয়সি খঙ্‌দোক্‌পা তঙাইফদে। গীতা, পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা তাকখিবনি, তাক্‌ফম্‌ পাত্রনা মপাঙ্গল ফরব অর্জুননি, অদুগা তাক্‌খিবা তাঙ্গানা লালহৌরক্লবদনি।

মহাভারতসি রূপকনি—থুপ্লবা ঝাবু শক্‌পাম্না পুথোক্লুনা উৎপনি। শ্রীকৃষ্ণ-অর্জুন পরমাত্মা জীবাত্মানি। ধৃতরাষ্ট্র

নিংথৌগী মচাশিংনা মীওইবদা চেললিব অফব গুণশিংবু নম্থ-হনা মাঙ্হল্লিব য়েক্লবশিংনি। (ফত্রব পুক্নিং-রাখল্শিঙ্গী প্রতীক্শিংনি)। পাণ্ডব মণ্ডা অমদি মখোয়গা পুক্চেল তীংরব-মরুপ্শিংহনা মুক্তি পায়রব মীওইশিংগী শক্ফম্শিংনি। অসুম্না মহাভারতকী ৎারীদা য়াওরিব পাত্রশিংসি অফব গুণ চেন্‌ব অমসুং ফত্রব মগুণশিং চেঞ্জিব কাংবুগী প্রতীক্ ঙাক্তনি, হায়না লৌরিব মিৎয়েং অসোম্দা য়েংলুরগা মাহাক্পু অচম্ব কাব্যনি হায়না লৌবা মতারবদি—মাহাক্সি ইত্তব কাব্য ওইবা তারবনি। মরম্দি মহাভারতপু কাব্যনি হায়না শীংথাবা তারবদি—মমল্ নাইত্রব পাউতাক্ পীবিরিব, সংসারগী কর্মী পূম্নমক্পু অচুম্বা লম্বী তাক্পীরিব গীতাগী মগুণশিং হন্থখিবা তায়-পিক্শিন্‌খিবা তায়। কুরুক্ষেত্রগী লালজাউ গীতা তসবীর, অসি চন্শিল্লব ফ্রেম নত্তে, মাহাক্তি গীতা ধর্ম্ম নিংথিনা খণ্ড-হন্‌বা য়াননবগীদমক্ নিংথিনা হৈশিংনা শেমশাগ্রব মচাক্তি, গীতা-ধর্ম্মসি হৌহন্‌ব য়াননব মশা মরেং ফনহনা মহয় য়ান-হনবদা মতিক্ চারব লৈহাওনি। কুরুক্ষেত্র লালজাউহনগী চুম্নগী ইচম্-চম্না মপানথোঙ্গী ৎারী অহুতবু ভাবনা শারহনা পেল্ল-রবদি—গীতাগী ধর্ম্মসি বীরধর্ম্মত মওইগনি, অহুগা মানা তাক্লিবং ধর্ম্মসি সংসারগী বিষয়াশিঙ্গী মরক্তা চৎনবা য়াত্রব চানব সন্ন্যাস ধর্ম্ম ওইরম্‌গদবনি।

গীতা, পরমেশ্বরনা তাক্পিরম্বনি। লাইরিকসিমক্তদা কৃষ্ণনা মশামক্তা "শ্রীদি পরমেশ্বর ভগবানমক্তি—" অসুম্না শেংনা

হায়রি অদুগা অতৈ অতৈ শাস্ত্রশিংনস্থ হাসিবু শোগংলি। গীতাগী মরিশুব অধ্যায়দনা খরত ওইনা অদুগা তরাশুব অধ্যায়দনা মপুং ফানা ভগবান্না মশাগী বিভূতিশিং তাক্লি। থরাই পানব খুদিংমক্তা ভগবান লৈ। ময়াম্দগী থোয়দোক্ হেন্দোকপ শক্তি চেল্লিব জীবদনা ভগবানগী শক্তি হেল্লা লৈরিবনি। শ্রীকৃষ্ণ অসিমক্তি পরমেশ্বর ভগবানগী মপুংফারব অবতারনি। কৃষ্ণ-অর্জুন কুরুক্ষেত্রদা রূপক ওইবা লেপ্পনি—হাফম্ অসি নীং-শিংনা গীতাগী অর্থ খঙ্ননব হোংনগদবনি অদুগা মদুগীদমক্ গীতাগী মরিশুব অমসুং তরাশুব অধ্যায় অনিসিদা শীংথারিব পরমেশ্বরগী অবতারগী হাফমশিংবুস্থ য়াম্নমক্ মরুওইনা নৈনগদবনি, মখোয়দু তোপ্না থনস্বা খক্ য়াদে। "অবতারবাদ" হায়বসি-মক্তবু থাজবা মতারবদি ভগবানগী অবতার ময়ামমরক্তগী—শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্বু তোপনা খায়দোক্নুনা থম্লিঙাই করিমরম্ লৈগনি ?

শ্রীকৃষ্ণ মীওই মপোক্তা পোকৃখিব অথোয়ব নরাবতারনি। মাহাক্না মীওইব জাতিগী য়াইফ-মঙ্গলগীদমক্তা— শারীরিক্ ধর্ম্মগী লীলা কয়া, মানসিক্ ধর্ম্মগী লীলা কয়া অমসুং অধ্যা-ত্মিক ধর্ম্মগী লীলা কয়া শান্নবিরম্মি। ফোঙ্না অমদি করি-গুম্বদা য়াম্ন থুপনা। কৃষ্ণনা লীলা পাম্বৈনরদুনা পীবিরম্মিব তাঙ্লব পাউতাক্শিংদু লৌশিঙ্জদুনা মুন্না খঙ্জরব অদুগা চাননা খঙ্জরব মীদুগী মপোক্ অদু লেপনমক্ মহয় য়াম্ন-বনি। মায়পাক্না—কর্ম্ম তৌননবা অমসুং জ্ঞান ফংননব পাউ-

তাকপীবনা ভগবান্‌গী লীলাশিঙ্গী উদ্দেশ্যানি হাকম্ অসি গীতানা তাক্লি।

মহাভারতকী কৃষ্ণ কর্ম্মবীরনি, যোগেশ্বরনি, সংসারগী বিষয়া-শিংদা কা-হেন্না চংশিনগ্রবনি, সাম্রাজ্য লিষ্মৎপনি, রাজনীতি হৈবনি, লাশ্মীনি, ব্রহ্ম-জ্ঞান লৈরব ক্ষত্রিয় মচানি। কৃষ্ণদা শক্তি য়াম্ন লৈ। মানা মখোয়দু য়াম্ন হৈ-শিংনা—থুপ্ন শীজৈ। হাকমশিং অসি গীতানা ব্যাখ্যা তৌই।

কৃষ্ণ, জগৎকী মবুংঙোনি, পূম্নমক্তা শীনব থুংলিবনি, বসুদেবগী মচানি। মাহাক্ মশাগী পরমেশ্বরগী হাংলব-চাউরব মগুণশিং লোৎশিল্লগা মীচমগুম্না মীরক্তা মখোয়গা লৈমিন্নৈ। মখোয়গা লোয়ননা মরী-মতা কয়ামরুম্ শেম্গৎলি। মমা-মপা মচা-মশুনচিংব মরীশিং অমদি মখল্ মখা য়াম্নব য়েক্লবশিং কৃষ্ণগীসু ইরৈ লৈ অদুগা মখোয় সগা লোয়ননা লীলা কয়া-মরুম শান্নৈ। মাহাক্না পাঙথোক্লিব থবক্ ময়াম্‌সিদা—আর্য্যশিঙ্গী জ্ঞান, থুপ্নব তত্ব, ভক্তিগী পাউতাক্ পূম্নমক্সি ইয়াও য়াওরি, মখোয়দু গীতা শিক্ষা ওইনা ফোঙদোক্লি।

কৃষ্ণ দ্বাপরযুগ কলিযুগ অনিগী লংদাই মতমদা অবতার তৌখিবনি। হায়রিব মতম্‌সিদা ভগবাননা— শক্তি শূনা নক্লগা থরত ওইনা মখল-মখা য়াম্নব অবতারশিং তৌখি। সত্য—ত্রেতা—দ্বাপর যুগ অদুমসিদগী কলিযুগনা মগুণ কয়ামরুম্ হৈদ্রে, মাহাক্না ইতোন্ তোল্লি। অদুমদি ওইরগা যুগ অদুম্ অসিদগী থোয়দোক্-হেন্দোক্ন ফরব থৌদোশিং নক্লগা

মগুণ কয়ামক্কম কলিয়ুগ অসিদা লৈ মহুদি—য়ুগ অসিদ 'আধ্যাত্মিকউন্নতি' অসি অয়োয়্বব থাক্ য়োবমখৈ কাখৎপা য়াই ; ৱাংখৎ কাখৎলি, অহুম্নদি ওইরগা 'কলি' গী পাপতনা পিক্ থল্লবা মাগী সাম্রাজ্য অসিদা 'আধ্যাত্মিকউন্নতিবু' য়্বৈথায়বিনব মরম্ য়াম্ন মরাং কায়ন লৈ 'তাধ্যাত্মিকউন্নতি' অমস্থুং মাবু নম্থরিব ফত্রব শক্তি অনিসি কন্না লালথেংনরকুপদা—অরি অরিব ফত্রব হিরম্ ( থৌদো ) কয়া মাঙ্খি অহুগা অনৌ অনৌব অফব হিরম্ ( থৌদো ) কয়া ফোঙ্দোরকই ( কুপ্শিনলম্বদগী ঙানথোরকই )। মসিমক্তি য়ুগ অসিগী হৌনশানি। অফব হিরম্ ( থৌদো )। অস্থুম্-অস্থুম্ চাওখৎলকুপগী মতিক্ ফত্তব হিরম ( থৌদো ) মখৈ অস্থুম্ অস্থুম্ মাঙ্জখিবা হায়বসিদি হৌনশানি, প্রকৃতিগী নিয়মনি / মরম্ অসিনা কলিয়ুগতা অফব হিরম্ ( থৌদো ) কয়াগী মক্লুঙল্লি, ময়োল চোংই— সত্য য়ুগ য়োরক্লবদা অফবশিংদু লেঙ্দ্রব ধর্ম্মগী উপাল ওইরদুনা মপাল-শাৎ-মহয় য়াল্লি। জ্যোতিষ্ শাস্ত্রদা গ্রহ অমগী খোঙ্চৎ নমুংদা অতোপ্পা গ্রহ অমনা অন্তর্দশা ওইবগী রাফম্ য়াওরি। মতৌ অস্থুম্না—কলি য়ুগকী দশাদা চেন্থরিব মাগী খোঙ্চৎ—অসিদা ) সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর য়ুগ অহুম্সিগী দশাশিংনা অন্তর্দশা ওইরি ; মরম্ অসিমক্লা কলিয়ুগ অসি মপা লৈতনা চাওখৎলিবনি। য়ুগ অসিদা চাওখৎপ য়াবগী মতিক্ লৈখা তানিঙাই মরম্ কয়াস্থু লৈ, অহুনা কলিয়ুগতা পোক্লিব মীওইনা মীনা ঙম্খৈ লৈতনা লৈখা তায়। মাহাক্লা পায় শান্নবিরিব লীলাশিং অসিমক্তনা ভগবাননা

পেন্‌বিরিবনি। কৃষ্ণনা দ্বাপর অমস্তুং কলিযুগ অনি তায়নবদা অবতার তৌবিখি অদুগা হায়রিবা মতম্‌সিদা হেক ফুদোকপ য়ারিব ফত্রব থোঁদোকশিং খাকপ নৈতনা লোয়না তেংনা ফুদোকহল্‌লি ফোঙদোকহল্‌লি। ফত্তবশিং মাঙহল্‌লি, অফব মরু হুল্‌-হল্‌লি, চাওখংহল্‌লি। তাঙ্গাসিদা সত্যযুগ হৌরক্‌ই।

কৃষ্ণনা গীতাদা সত্যযুগমক্তী ওইরব জ্ঞানদীক্ষা অমস্তুং কর্ম্ম-শিক্ষা পীনবিরম্‌মি। কলিযুগ লোয়ফাত্রিঙৈ সত্যযুগ হৌগংলকপ তাঙ্গাদা গীতা ধর্ম্মসি জগৎ'পূম্বদা শীন্‌ব থুংনা প্রচার তৌবা তঙাই-ফদে, তৌস্তু তৌনরক্কনি। কলিদি লোয়দনা সত্য যুগস্তু হৌগং-লক্লব মতম্‌ অদুদদি—গীতাধর্ম্মসি স্তুপ্‌নগী পণ্ডিততগী ওইনা লৈরক্‌-লরোই। মীয়ামদা শন্দোরক্লগনি, ম্লেচ্ছ দেশ ফাওবদস্তু মসি য়ৌগ্রগনি, মখোয়নস্তু পাম্না লৌনরক্লগনি, লৌনব হৌরক্লবনি।

কৃষ্ণ অমস্তুং গীতাগী পাউতাক অমত্তনি, অনিসি তোঙান্নদে। কৃষ্ণতুমক গীতাসিদা থুপ্‌না লৈরিবনি। গীতাসি কৃষ্ণগী বাঙ্ময়ী মূর্ত্তিনি। অমৃতগুল্লবা মংাহৈনা ফোঙ্‌না শক্লাইনা লেপ্লবী অতোপ্‌প শকফম্‌ অমনি গীতাসি।

---

গীতা জ্ঞানগী পাত্র—

ইন্দ্রগী মচানুপা পাণ্ডবলক্তা অথোয়ব অর্জুন গীতাজ্ঞানগী পাত্রনি। মাগী পাত্রগী মগুণ মুন্‌না খঙ্‌দনা গীতাগী উদ্দেশ্য অমস্তুং থুপ্লব অর্থ খঙবা পাক ওইথোক্তে।

অর্জুন কৃষ্ণগী মরুপ্নি। উদ্ধব কৃষ্ণগী ভক্তনি, সাত্যকিনা মনাইনি। যুধিষ্ঠির কৃষ্ণগী পাউতাক্ ইঙ্গরিব মরুপনি। কৃষ্ণগা য়াম্না নকুরিবদি অর্জুনতনি। অনিসিদা "মরুপ্" হায়বহ্ মহয় য়াল্লি। অর্জুননা কৃষ্ণদগী চহি নৌই, মাহাক্ মচনুপী সুভদ্রাগী মপুরোইবনি।

স এবায়ং ময়া তেঽদ্য যোগঃপ্রোক্ত পুরাতনঃ।
ভক্তোঽসি মে সখাচেতি রহস্যং হ্যেতদুত্তমম্॥ ৪/৩

—"অর্জুন, নহাক্সি ঐগী ভক্তনি, মরুপনি নীংহুনা ঐহাক্না নঙোন্দা লিরব, থুপ্সু থুপ্লবা যোগ অসি (গীতা ধর্ম্মসি) তাক্লি-বনি। মসিদি অতৈ-অতৈ বিষয়শিংদগী অথোয়বনি অদুগা য়াম্নসু লুবনি।

গীতানা তাক্লিব 'কর্ম্মযোগ' অসি মাগী মচি ওইরব পাউতাক্ পূম্নমক্তগীসু অথোয়বনি অদুগা অমুক্সু মীসমক্তদগী সুপ্চিন্না মন্ত্রমকী মতৌগুম্না তাক্লিবনা মখাগী শ্লোক অসিনি—

সর্বগুহ্যতমং ভূয়ঃ শৃণু মে পরমং বচঃ।
ইষ্টোঽসি মে দৃঢ়মিতি ততো বক্ষ্যামি তে হিতম্॥

গীতা—১৮/৬৪

—"হৌজিক্ অমুক্ খ্বাইমক্তগী অথোয়ব অদুগা থুপসু-থুপ্লব বা তাক্লগে, নপুক্লিং চংনা তারো। নঙ্সি ঐগী নুংশিরব মরুপ্নি, অদুনা অসুম্ব বাসি তাক্লিবনি।" গীতাগী শারাংশ অদু মাংজৌননা বেদনা অসুম্না তাক্লম্লবনি—

নায়মাত্মা প্রবচনেন লভ্যো, নমেধয়া ন বহুধা শ্রুতেন।
যমেবৈষ বৃণুতে তেন লভ্যস্তস্যৈষ আত্মা বিবৃণুতে তনুং স্বাম্॥
—কঠোপনিষদ্—

—আত্মাদি দার্শনিকশিংনা তৌরিব ব্যাখ্যান্না ফংগদব নত্তে, মেধা ফবনা ফংলোই অদুগা লাইরিক্ হৈবনস্থু ফংবা ঙমগদব নত্তে। পরমাত্মা মশামক্না থিবিরক্লব মীওই অদুভনা মাবু ফংগদবনি।

অর্জুন গীতা জ্ঞান পীব মতিক চারব পাত্রনি হায়বা মথক্কী রাফম্শিং অসিনা ময়েক শেংনা উংলে।

মতাং অসিদা নীংশিংহৌগদবা হাফম্ অমা লৈরি মহুদি—অর্জুনক ফংগী মরূপ্-ভক্তনি। 'ভক্ত' রাইহেসিনা গুরু-শিষ্যগী ওইবা মরী ফাওববুস্থু নীংশিংহল্লি। [ভক্তনা মাগী মবুংঙোবু চেংনা থাজ-নীংজরিব মতৌবু ভক্তি কৌই] মাগী হৌফম্দি প্রেমনি' মরূপ্ ওইনরবদি অমনা অমগী মফম্দা—কোয়জানবা হৌনদে, য়াম্ন ইকায়খুম্নবা ব্যবহার তৌনবা হৌনদে। মখোয়নিদি হেক য়ারি-মখৈ নকৃশিনৰৈ, হয়াওমিনৰৈ, অমনা অমবু করেম্নে। অনিহু অমনা অমদা মশাগী মত পীনৈ, চিংনব পূম্নমক্ ফোঙ্দোক্লে। হায়রিব রাফম্শিং অসি কৃষ্ণ অর্জুন অনিদা মহয় য়াল্লি।

মরূপ্ শানগদৌরিব মীওই অনিহু নকৃশিন্নরকৃপা, অমনা অমবু চেংনা থাজনরকৃপা হায়বসি। মরূপ্ ওইনবগী অহানব থাক্লি। অমনা অমবু কোয়জাননা লাপতক্না ব্যবহার পংতৌদ তৌনরম্বা তোক্লরকপনা মসিগী অনিশূব থাক্লি—শিক্ষানি। মসিদা

অনিহ্ন পুন্‌শিন্‌নব পান্বেদি প্রেমতনি। অম্সুম্ব রাফম্‌শিং— সিদ্ধান্তশিং অসি থাহ্নুনা য়েংবদা কৃষ্ণ-অর্জুন অনি চেংনা চান্‌নরব মরুপনি। মসিমক্তুনস্সু অর্জুন গীতা জ্ঞান পীবদা মতিক্ চারব পাত্রনি। অসিদস্সু নত্তনা—পরমাত্মাগী মতিক্ মগুণ পুম্নমক্ অর্জুননা লোয়নননা লৌশিল্‌লি—খঙবা ৰ্ভশিং, মহুদা খক্ কিরুদে। কিনিঙাই ময়ামহ্ন উরবদস্সু পুক্লিং হন্দোক্কে, মোমোন্ নোক্লা মরুপ ওইরি। অহুনা মাহাক্ গীতা জ্ঞানগী পাত্রনি।

মরুপ্ ওইবগা লোয়নননা ভক্তস্সু ওইরব অর্জুননা কৃষ্ণদা অস্সুম্না হায়জরহুনা শরণাগত তৌখি—

"নহাক্তি ঐগী কান্‌ননবতা তৌবিরিব মরুপনি
নঙোন্দা নত্তনা ঐনা কনাদা চংজরুগনি
ঐহাক্তি হৌজিক্ বুদ্ধি মাঙ্‌লবনি
ঐবু তাকপিয়ু, ঐঙোন্দা পাউতাক পীবিয়ু।
হিংলিঙৈ অমস্সুং শিরব তুংগী পুন্সি অনিমক্
মঙ্গল ওইগদব থৌরম্ পুম্নমক্ নহাক্লা
পীনবিনবা, নঙোন্দা পুনশিন্-পীন্‌নজরবনি।"

অর্জুন মহাভারতকী অথোয়ব কর্মীনি। কর্মযোগ, গীতাগী মরুওইব শিক্ষানি। কর্মমার্গ, ভক্তিমার্গ অমস্সুং জ্ঞান মার্গ মথোয় অহুম্‌সি অমগা অমগা তংন থানবা য়াত্রব লম্বীশিংনি। কর্ম্মবু জ্ঞাননা শৌগংলি। কর্ম্ম অমস্সুং ভক্তি অসিনা মরম্

ওইরহনা ফংলকপ শক্তি অহনা ভগবানদা আত্মসমর্পণ তৌরগা মাহাক্না পায় তাকপিরিব কর্ম্মশিং তৌজবা অহুমক্তি গীতানা শংশংনা তাক্পিরিব ধর্ম্ম। সংসারগী বিষয়াশিংদগী পুক্নিং হন্দোক্লব, ভগবানগী লীলামক্তদগীস্থ পুক্নিং হন্দোক্লব—হায়রিব থোৗদোকশিং অসিগী মহয়তনা অচিকৃপ মফমদা লাইনীংহনা লৈরব মীগী ৱাফমদি তোঙাল্লি। হায়রিব ৱাফম্শিং অসি বীর অর্জুনগীদি ওইথোক্তে, অস্থস্থ ৱাখলগী মমি অমত্তবু মঙোন্দা তাবা উদে। মাহাক্তি পায়রিব অচৌব লিকুং অহুগী মতিক্চাবা থবক্ তৌগদৌরিবনি। নীংশিংনিঙাই ৱাফম্ অমনা— কৃষ্ণনা গীতাজ্ঞান অসি বিরাগীদা, সন্ন্যাসীদা নত্রগা ৱাংলব দার্শনিক (জ্ঞানী) অমদা তাক্রুদে, তাকনীংল্দে। “অহিংসা পরমো ধর্ম্মঃ” অসিদা লুপ্লব ব্রাহ্মণ অমদা গীতা তাক্রুদে। মথৌনা ফরব মপাঙ্গল মপূং ফারব ক্ষেত্রিয় মচা লাম্মী অমদা গীতা তাক্খিবনি, মাহাকপু পাত্রচারে, লেপখিবনি। সংসার বিষয়াশিং ভোগ তৌরুবদা মহয় য়াল্লকপা নত্রগা য়াল্লক্ত-বদা করিমত্তা পুক্নিং লাংতক্লক্রব মীওইতনা ৱাংলব শিক্ষাগী লুরব থাক্তা চংশিনব ঙম্মি—

“নায়মাত্মা বলহীনেন লভ্যঃ।”

তামসিক, রাজসিক অহঙ্কার থাদোক্লব, সাত্ত্বিক অহঙ্কার মক্পুস্থ থাদোরক্লব মীওইহুবু গুণাতীত—গুণ অহুম্গী ৱাংমদা লৈরব—মতিক্চারব মী কৌই। অর্জুন রজোগুণগী ক্ষত্রিয়

ধর্ম্ম ঙাক্লবা হোৎনব কনবগী মতিক্ সত্ত্বগুণগী আদর্শ অহু ফংখি। অস্নুম্ব মীওই গীতা শিক্ষাগী মতিক্ চারব পাত্রনি।

অর্জুন মতম্তুগী অচৌ-অচৌব মীওইশিঙ্গী মরক্তা থোয়দোক হেন্দোক্লা ঙাংখিব মী নত্তে। অধ্যাত্মিক জ্ঞানদা বেদব্যাস, সংসার-সিবু মনুংথিংনা খঙবদা ভীষ্ম, জ্ঞান ফংদ্রবদা ধৃতরাষ্ট্র অমসুং বিদুর, মপোক্কী ওইনা সাধু ওইরব সত্ত্বগুণনা মপুং ওইবদা যুধিষ্ঠির, ভক্তি লৈবদা উদ্ধব অমসুং অক্রূর, বীরবর হায়রগনা—কর্ণ—মখোয়সি বিষয়শিংসিদা মপুংফানা শীংথানিঙাই ওইরবনি। হায়রিব বিষয়শিং অসি পান্দুনা য়েংলবদি অর্জুন তোনথরবনি, গুণশিং অসি মশাদা পক্লবগুম্বনি, খজিক্ খজিক্ত মপক্লবনি, অদুম্ ওইদুনমক্ পু মাহাক্ পরমেশ্বর কৃষ্ণগী মরুপনি, অদুগা কৃষ্ণনা মঙোন্দা গীতাজ্ঞান অমসুং রাজলক্ষ্মী অনিমক্ পূন্না শীননরম্মি। গাণ্ডীব লিরুংনচিংব ফরব খুংলাইশিং পায়হল্লগা লাম্নী কয়ামরম্ লোয়শিনহনখি কুরুক্ষেত্রদা অর্জুনবু কৃষ্ণনা। য়েক্ল-তিম্মং লৈত্রব নিংথিরব সাম্রাজ্য লিংখৎলগা অর্জুননা ময়াম্বা য়ুধিষ্ঠিরদা দান তৌখি। থৌদো অসিনস্থু অর্জুন গীতাজ্ঞানগী পাত্রনি। অর্জুন, মহাভারতকী থৌদোক্-শিংবু মায়রোং য়ান পুরিব নায়কনি, লুচিংলিব কর্ম্মীনি, অদুগা কাব্য অসিগী মতাং মতাংদা মাহাক্কী মিংচং শক্লি। থৌদো অসিমক্লা ব্যাসদেবগী হোৎনমন্ মহয় য়াল্লে, হায়বা ফোঙদোক্লি।

অর্জুন, মশানা মশামক্ পু পুরুষোত্তম ভগবানদা পুম্নমকৎ-কৎথোক্চরবনি, কৃষ্ণনা পাম্ব অদুতা তৌজরিবনি, মাগী ইঙ্গিত্তবু

মতম্লৈবখিবিক্ত ঙাইহুনা লৈজরিবনি, মাহাক্না হেক্ তৌজরিব পুম্নমক্ কৃষ্ণনা শের্নবিনবগীদর্মাক্ত, আত্মনিবেদন তৌজরবনি; মরম্শিংসিমক্তনস্থ অর্জুন গীতাশিক্ষাগী পাত্রনি।

---

গীতা তাক্খিবা ফিভম্—

মীওইবগী থবক্ খুদিংমক্কী পান্দম্ অমদি ৱাঙাং-শাঙাংশিঙ্গী কানন্নফম্ খঙনীংলবদি মখোয়হু হোক্প্রিব ফিভম্ অহুন্থ খঙ্-দোক্তদবনি। প্রবৃত্তে শস্ত্রসম্পাতে-লালহৌরম্দায় তাঙ্গদা কৃষ্ণনা অর্জুনদা গীতা তাকৃখি। থৌদো মতাসিবু মীয়াম্না ঙকুই, চিংনৈ। মসিদি— 'কবিগী চোকৃশিন্দবনি, নত্রগা লৌশিং-শোয়নাইব মতৌনি,' অস্থম্না মীশিংনা হায়রি। চানব ৱাফম্দি মসি নত্তে, অমনি—চিল্লব তাঙ্গাহুদা, অথননরব মফমহুদা মপুক্লিংদা ৱাখল অনি লোঙ্দ্রব [ইন্দ্রিয়'পুঙ্গ নিংথিনা লাকৃশিল্লব] মরুপ্ অহুদা—মফম্-মতম্-পাত্র-মতিকু চারে নীংলহুনা কৃষ্ণনা গীতাজ্ঞান অসি তাকৃপিখিবনি।

লাল্হৌরম্দাই তাঙ্গানিদো!

কর্মযোগগী কন্না চেল্লিব ঈচেন্দা—মথৌনা-মরিংজেল 'পুঙ্গ ফুদোক্তুনা চাং য়েংদ্রিমখৈদি—গীতা খঙ্বা ঙম্লোই। কনাগুম্বনা মহাব্রত অমা তৌরিঙৈদা করিগুম্ব অপনব অমা লাক্-লবদি মহু মহয় য়াল্রোইদ্রা চিংনৈ অহুগা মহাব্রত তৌরিব

মীহুদা করিগুম্বা শক্তি অমদি চাওখৎলকুই। মরম্ অসিনা অর্জুননা তৌরিব মহাব্রতহু মপুং ফাহন্নবগীদমক্তা [ মঙোন্দা করিগুম্ব শক্তি অমা হেনগৎলে হায়বা উবিরহুনা ] মঙোন্দা কৃষ্ণনা গীতা তাকৃপিখি। গীতানা কর্ম্মযোগ হায়বসি ভগবান্ ফংননবগী লম্বী অমনি হায়রি, তৌবতদি মহু শ্রদ্ধা ভক্তিনা মাঙওইনগদবনি, অহুম্ তৌরবতদা জ্ঞান ফংই। মসি খঙ্লব মীদি মীয়াম্দগী থাপ্ন লৈরগা লাই নীংবা পাম্দে।

ধ্যান তৌবা হারবসি মী চিক্লব মফম্দা, পুক্লিং-রাখল অমদি হকৃচাং পূম্নমক্ নিংথিনা লৈতারবতদা মহয় য়াল্লি, নত্রবদি মহয় য়ানব ঙমদে। মরম্ অহুনা ধ্যান তৌহুনা সিদ্ধি ফংনীংলিব লৌশিং শিংলবা মীনা য়াম্ন চিক্লব মফম্দা লৈহুনা ধ্যান্ তৌরগা সিদ্ধি ফংননব হোৎননীংই। মসি মীয়াম্দা চংনরিব রাফম্নি। গীতানা পাউতাক্লিবনা মসিগী ওন্ন-তৈনব মাইকৈদনি। মানা তাক্লি—মীওইবগী কর্ম্ম তৌননব ইন্দ্রিয়শিং ( কর্ম্মেন্দ্রিয়, জ্ঞানেন্দ্রিয়, মন ) অসি য়াম্ন চোক্লশিনন্না, মরম্ চানা, মফম্-মতম্ চান-চানা শীজিন্নগদবনি। খুদম্ ওইনা—মীয়াম্ লৈবনা—মীরাওখোন কল্লব-থোয়দোক্ল লাংলব মফম্দা লৈন-লৈনা মীচিক্লব মফম্দা লৈবগুম্ ইংনা শান্তি ওইনা লৈথোকৃপা ঙম্বা অহুগা সংসার বিষয়াগী বিষমমরক্তা লৈহুনমকৃপু মখোয়-হুদা লুপশিনলুহুনা ইকোম্ কোম্না লৈথোকৃপা ঙম্বা [লৈখোম্দা হৌরবস্থু—মানা মরম্ ওইহুনা হিংলবদস্থু থম্বালদা-থম্নাদা লৈখোম্ ঈরীক্ল পঙ্কবগুম্—হিংহুনা লৈবা ] মতৌ অস্থুম্না

অরাংব মরক্তা চিক্ল থবক্ তৌবা হৈনরব কর্ম্মবীর-কর্ম্মযোগী অমগীদমক্তি—মশাগী ফরব, মরায়বক্ অহুদা, মশামক্লা য়াম্ন পাম্ন তৌজরিব কর্ম্ম অহুমক্লা তেংবাংলহনা পামজব লম্থুংফম্ য়ৌরকই। মতাং অহুদা অথোয়ব জ্ঞান ফংলক্ই। কর্ম্মনা জ্ঞান মাগ´দা চুম্না তেংবাংবত নত্তনা মমৈদদি অনিহু অমত্তা ওইরকই।

গীতানা তাক্লিব যোগসাধনা হৈনরব মীওইদি মননচিংব মনুঙ্গী ইন্দ্রিয়শিংবু মপান্থোংগী ইন্দ্রিয়শিংনা লাক্শিন্দে, মপান্থোঙ্গী ইন্দ্রিয়শিংবু মনুঙ্গী ইন্দ্রিয়শিংনা লাক্শিল্লি। অচম্ব যোগীশিংদি সংসারবু য়াম্ন কি অহুনা মসিদগী চেনখ্রগা যোগাশ্রমদা চংহুনা যোগসাধনা তৌই। মসিদা খনথগদবদি—ঐখোয়না লৈরিব সংসারসিমক্ কর্ম্মযোগীশিঙ্গী চাউরব যোগাশ্রমনি। অচম্ব যোগীশিংতনা (মপাঙ্গল লৈতব লাইনীংবতনা) মী-চিক্লব মফম্ অমদি মতম্ পাম্জবনি, মহুদা লাইনীংজবনি অহুম্নদি ওইরগা হায়রিব মপান্থোঙ্গী শান্তিহু হেক্ কায়খিবগা মখোয়গী লাইনীংহুম্ব অহুম্ কায়খি [মরমদি মখোয়গী হৈনবীহুতনা লাইনীংবা ঙমজরম্বনি, অহুনা মহু লৈত্রবদা — অরাংব ইরাংমরক্তদি পুক্লিং লৈতাবা, ইন্দ্রিয়শিং লাক্শিন্বা ঙমদে।] মপাঙ্গল লৈরব চানব কর্ম্মযোগীদি—মপুক্লিংগদা চিক্লা হাখল খঞ্জবতদা (মনতদা) শান্তি অহুম্ন থম্বা হৈনৈ, মপুক্লিং মনুংতদা অচিক্পগী মতৌ লৈহল্লি, মপান্থোঙ্গী নিন-খোংলিব ময়াম্সিনা মাগী মনুঙ্গী অচিক্পহু থুগায়রুবদি থাপ্রহুনা থোয়নহুম্

চেংশিনহল্লি। মীয়াম্না তৌরিব, মতৌগুম্না মপানথোক্সী ওইব লাইনীং নীংনুরবস্থু নম্র গা মহু করিগুম্ব কায়খ্রবদস্থু চানবা কর্ম্ম যোগীহুগী মনুঙ্গী লাই-নীংহুদ খক্ কায়দে, কায়হন্বা ঙম্দে।

হাহং—লাল হৌরক্লবদা, লাম্মী ভেঙ্গোল অনিহুগী মরক্তা কৃষ্ণ-অর্জুন অনি কয়দৌনা হারী শানখ্রিবনো?

পাউখুম্—যোগশক্তিতনা মহু ওইথোক্লিবনি।

মহাভারত লালজাউগী অহুক্ য়াম্ন নিম্-খোংলিব ময়ামহুনা কৃষ্ণ-অর্জুন অনিমক্পু করিমত্তা শোক্লুবা ঙম্দে। মরম্দি অনিমক্তুদা যোগ শক্তি য়াম্ন মপুং ফানা লৈ। মখোয়না মহু শীজিন্নরহুনা—মীয়াম্গী মীনিন্, যন্ত্রশিং অমস্থুং খুংলাই-শিঙ্গী হৌরব মখোল মরক্তুদা (তুমুলধ্বনিলক্তা) চিক্ল-ইংনা হারী শানখি। অস্থুম্ব থৌদোকসিমক্তুদা— কর্ম্মযোগগী ওইব (পুক্লিং চংবা থবক্কী ওইব) আধ্যাত্মিক শিক্ষা অহুম্-ময়াওরবনি। গীতানা ভাক্লিব যোগ সাধনা কায়দনা ইল্লিব মীশিংহু খ্বাইমক্তুগী অথোয়ব কমৌনি। মখোয় অহু কর্ম্ম ক্ষেত্রদা মপুন্সি কংথোক্লবনি, অনাসক্তকর্ম্মযোগীনি। মখোয়সি মশা-মশামক্কী নুঙ্গী ওইব পুক্লিং হাখলতনা মরম্ ওইরহুনা কর্মী মশা-মশামক্পু ক্লৌশিল্লি, নুংশিরবা নুঙ্গী খোঞ্জেল অমা ভাবা ফংই। মহু হেক্ তারবা মীহু সংসার বিষয়াশিংদগী মপুক্লিং হন্দোরক্তুনা যোগ সাধনাদা চংশিনখি, অকনবা তপস্যা তৌখি। অস্থুম্ব মীওইশিং অসিনা মুন্না খঙই মহুদি— কর্মশিংসি ভগবান্গীনি, কর্ম্মফলস্থু ভগবান্গীনি কর্ম্মতৌবা শারিব ঐখোয়দি যন্ত্রনি, খুংলাইনি; মরম্ অহুনা কর্ম্মফলগীদমক্ পুক্লিং থক্

লাংতক্লফদে। কর্ম্মযোগীশিংনা ৱাফম অসিমস্থ মুন্না খঙ্ই মতুদি কর্ম্ম তৌরিব ঐখোয়বু আত্মানা নত্রগা ভগবান্গী প্রকৃতিনা ঙক্লব খুৎ-কৌ অমনা তত্তনা কৌশিনবিরি—কর্ম্মযোগদা খুৎলোয়নবগী-দমক্ কর্ম্মচাওখৎনবগীদমক্ কর্ম্ম মশাতুদা জ্ঞান অমদি শক্তি হেন্গৎনবগীদমক্। কর্ম্মতৌবদা থোয়না পুক্লিং চংগদবনি। তপস্যা তৌরিব খুদিংমক্তা মতম্ মাঙখিবা, হায়বা খক্ নৈতে। ঙাইহাক্তবু তৌরুরবস্থ মতুগী ফল অমদি নৈ।

গীতা জ্ঞানগী পাত্রমক্ ওইরিব অর্জুন, অশেংব কর্ম্মযোগীনি, মাগী পুক্লিং ৱাখলদা কর্ম্মযোগগী কল্লব ঈহৌ অমা তত্তনা হৌ-রিবনি। মতম্ অমদা, ভারত অসিদা—সংসারবিংয়াশিঙ্গী ৱাফম্-শিং—পাপ্-পুণ্যশিং, অৱা-নুংঙাইবশিং মখোয় অসিতবু য়াম্ন কিনা লুনা খন্থনরুবদগী লম্সিগী অয়াম্ব মীশিংনা মসিদগী মায়-ওনতুনা চেন্নরম্মি। কর্ম্মত্যাগ তৌগদবনি বিরাগী ওইগদবনি, থাজনরম্মি। বুদ্ধদেবনা—জগৎ অসি অনিত্যনি, অৱাবগীমশক্লি, ৱা অসি মীয়াম্দা শন্দোক্লগা মসিদগী ‘নির্ব্বাণ’ ফংননব লম্বী তাকপিরম্মী। যীশু অমস্তুং টলষ্টোয় অসিনচিংব আ-তুংদ থোক্ল-গদব ৱাশিং মুননা খল্লিব কাংবুনা—লুহোংববু পাম্লমদে, মসিদি মীশীং য়াম্ন হেন্গৎনবনি হায়রম্মি অদুগা মখোয়গিনা লালজাউ থোক্হল্লক্পবুস্থ পাম্লম্দে।

সন্ন্যাসীশিংনা হায়—“কর্ম্ম তৌরুবদগী ‘অজ্ঞান’ পোক্লকই ; অদুনা হায়রিব অজ্ঞান অদু নশাদা :পক্তনব চ্যেক্শিল্লু, কর্ম্ম তৌরুনু। নপুক্লিং নৈতানা নৈয়ু” [ কর্ম্ম তৌরুরবদি পুক্লিং লাংতক্লরক্পা শোয়দ্রবনি ]


MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY IMPHAL 940

গীতা তাকৃখিব মফম্

অদ্বৈতবাদীশিংনা হায়—"জগৎ অসি মিথ্যানি, মসিদা পুক্লিং লুম্না লৈথোক্কন্নু, সত্য ওইরিব ব্রহ্মহুদা তীন্‌শিন্‌খিননবা কন্না হোৎনৌ। সংসার অসিগী কান্ননিঙাই করি লৈবগে? ভগবান্না লোয়না শীনবিরিবনি, অহুনা মসিদা ঐখোয় ময়াম্না—অঙাংশিংনা শান্নবগুম্ কোয়রাং লাংলুবনা করি কান্নগনি?"

নাস্তিক্‌শিংনা হায়রি—"ভগবান্ অমস্থুং আত্মা হায়বা অমত্তা লৈতে। ঐখোয়না জগৎপু উরিবসি মিত্তাঙ্‌বনা পংয়েং-য়েংবগুম্না য়েংজবতনি, করিস্থু উদবনি, খঙ্‌দবনি।"

জগৎ অসিদা মতম্ কুইনদগী হংনরক্লিব ৱাহংশিং হায়বদি "শক্তি হায়বহু করিনো? কদায়দগী পোক্লকইবনো? মিত্তাঙ্‌বগী মতৌ হায়বহুনা করিনো? অঙাওবগী মতৌ হায়বহুনা করিনো? অস্নস্ন ৱাহংশিং অসিগী পাউখুমশিং পীবা ঙম্নব্রহুনা খৃষ্টান, বৌদ্ধ নাস্তিক অমস্থুং বৈজ্ঞানিক্—মখোয়সি মমায় লৈথোক্তুনা চেল্-লবনি। হায়রিব ৱাহংশিং অসিগী পাউখুম্‌শিংদি শুপ্‌নগী ভারতকী উপনিষদশিং অমস্থুং মখোয়গী মতুং ইল্‌লিব গীতাগনা পীরি, মায়রোং য়ানা লেপ্‌পি—মীওইবগী হেক্‌চিংনরিব'পূস্ব ঙানথোক্-হন্‌বিগে হায়না। মরম্ অসিমক্লনি—কুরুক্ষেত্র লালজাউগী চিল্-লব তাঞ্জা অহুমক্তদা গীতা তাকৃখ্রিবসি। [ লুরব খোঙ্‌ফম্-খেনফম্ অমদি য়ায় চিল্‌লব তাঞ্জাহুমক্তদা গীতা তাক্‌খিবসিমক্তনা —সংসারগী লুর-লুরব ৱাহং কয়ামরুম্‌গী পাউখুম্ পীবা ঙম্নব যোগ্যতাশিং গীতাসিদা লৈরে, হায়বা ফোঙ্‌দোক্লি ]।

মীওই পুন্সিগী থোয়দোক্ল তম্থিরব থবক্শিং—গুরুজনশিং হাত্তোক্পা, ইচিন-ইনাওশিং মরী-মতাশিং লোয়না চিংথদনা হাত্তোক্পা, লানফম্ অদুদা তীল্লরিব লান্মী পূম্নমক্পুম্ন অমত্তা হিংনা হনহন্খিদবা অদুগা লান্ফমদুদা পুবিরক্লিব—মী নত্তব জীব পূম্নমক্পুস্নু তূম্না হাংতোক্পিবা—অস্নুহ্ন থৌদো ময়াম্সি খনথক্ত-রগা অর্জুন বুদ্ধি মাঙলদুনা মখুত্তগী গাণ্ডীব লিক্লং থাদরগা তনিক্-তনিক্লবা মখোঙ্লেলনা হায়জখি—

"তৎ কিং কর্মণি ঘোরে মাং নিয়োজয়সি কেশব !"

"ঐহাক্পু তম্থিরব কর্ম্মযোগদা করিগীদমক্তা ইনশিন্বিরি-বনো কেশব !"

রাহং অসিগী পাউখুম্দা—লালগী য়াম্ন নিনখোংলবা মরক্তুদা কৃষ্ণনা 'মহাগীত' ( গীতা ) অসি শক্পিখি।

---

কর্ম্মযোগদা কন্না ইন্শিন্বা—

কুরু কর্মৈব তস্মাৎ ত্বং পূর্বৈঃ পূর্বতরং কৃতম্। ৪। ১৫
যোগস্থঃ কুরু কর্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা ধনঞ্জয়। ২। ৪৮

—"মরম্ অসিনা হে অর্জুন, নহাক্ কর্ম্ম তৌদবা য়াদে। নথক্তা হৌখিবা অহল্শিংনা কর্ম্ম কয়ামক্লম্ পাঙ্থোক্খ্রিবা অদুগুম্না নহাক্সু পাঙ্থোক্উ। যোগদা লৈনা থবক্ তৌ, অনাসক্ত ওইয়ু

হায়বদি—থবক্ত মতৌ মাগী কান্নবরোম্দা থোয়দোক্লা পুক্লিং চংগনু। থবক্ পাঙ্থোক্লবতা খল্লু—মাগী ফল পাম্মু্নু। যোগদা নিংথিনা মরৈরব মীহুদি পাপ-পুণ্যগী ওইব কর্ম্মক্ষেত্রাশংদগী পূম্নান্ নান্থোক্লই। অহুনা যোগ সাধনা তৌ, মসি অথোয়ব লম্বানি। অনাসক্ত কর্ম তৌরব মীওইনা পরব্রহ্ম ফংবা ঙম্মি। নহাক্লা হেক্ তৌরিব কর্ম্ম পূম্নমক্—মখোয়গী মহয়গা কোন্ননা এঙোন্দা কংথোক্লউ, পূম্নমক শীন্নথোক্লউ। অপাম্ব অমস্তুং নাপল পূম্নমক্ নপুক্লিং তিংনা থাদোক্উ অহুগা নশাগী কর্ম্মক্ষেত্রদা চংশিল্লু। কর্ম্মফল খল্লুদ্রব মপুক্লিং শেংলব মাহুগী মপুক্লিং ৱাখল্'পুম্ব (মন)—মতমলৈবখিবিক্ত শেংলব 'জ্ঞান' অহুতদা নপ্তুনা লৈ, মাগী মন অহুনা অতৈ অমা খল্লুবা লৈত্রে। ঐখোয়না তৌরিব যজ্ঞ পূম্নমক্—যজ্ঞ পাঙথোক্পা হৌনৈ, হায়বগীদমক্ তৌরিবনি, অতৈ করিস্তু নত্তে'--অস্তুম্না চপ্চুংনা লেপতুনা কর্ম্ম তৌরিব মীশং-হুদি সংসারগী বিষয়াশিঙ্গী লাংদা থুদ্রে, মখোয়হুদি থুনমক্ এঙোন্দা তীল্লে (পরব্রহ্ম ফংই)। 'জ্ঞান' তেংবানবগী জীব পূম্নমক্তা শীনব থুংনা লৈ, মাহাকপু "অজ্ঞান" অমনা মতম লৈবখিবিক্তা পূমথুম্-খুম্জিনহুনা থম্মি, খক্ ঙানথোক্লহন্দে। অজ্ঞান অসি-মক্তনা মরম ওইরহুনা—জীবশিংনা মশা-মশামক্লা শেম্গচ্চরিব—অৱাব-নুংঙাইব, পাপ-পুণ্য অসিনচিংব পোপাশিংগী শুক্লৎলাঙ্দা মশামক্তু ফাজিনজখি [মিনা মিরাংদা থুজিনবিগুম্বনি] ঐতবু পৃথিবী'পুম্বগী মপুনি, মীওইবনা হেক্ তৌরিব যজ্ঞশিংগী তপস্তা-শিঙ্গী ফল পূম্নমক্কী অথোয়ব মরুপনি, অস্তুম্না চেৎনা থাজরিব

মীতুদি—অথোয়ব শানতি ফংই। অর্জুন, নহাক্কী য়েক্লব পূম্নমক্ ঐহাক্লা হাত্তোকপিরবনি, হৌজিক্ মখোয়সি তুননবগীদমক্ত খুংলাই থারো, লোয়শিল্লো। ঝাগন্ু য়েক্লবশিং অসি নহাক্লা শোয়দনা ঙম্গনি। সংসার বিষয়াগী অপাম্ব-মিহৌবনা থুম্নক্রব, মশাদা নাপল পক্ত্রব মীতুনা সংসারগী জীব পূম্নমক্পু হাং-তোক্লূরবদস্থু মানা ময়ামতু ইহাং—হাংলুদবগুম্বনি, হায়বদি ফিভম্ অতু য়োনা ঝাংলব মীতুদা পাপ-বন্ধন অমতা পক্ত্রে, মানা তৌরিব থবক্ অতুদা পাপ চংদ্রে।

ভগবান্ কনানো ? জগৎ হায়বতুনা করিনো ? ধর্ম্মগী লম্বীনা কদায়নো ঝাহংশিং অসিগী পাউখুম্শিং গীতাদা য়াওরি। কর্ম্মশিক্ষা পীবনা গীতাগী মরু ওইব উদ্দেশ্যনি, সন্ন্যাস-শিক্ষা পীবা নত্তে। মরম্শিং অসিমক্তনা গীতাসিবু মীয়াম্না য়াম্ন পাম্ন লৌনরি।

---

গীতাগী প্রথম অধ্যায়—

—হে সঞ্জয়, ধর্ম্মলমদম্ কুরুক্ষেত্রদা লাল শোক্লনবগীদমক্ তীনখ্রিব ঐখোয়গী কাংবূ অমস্তুং পাণ্ডবকী কাংবূ অনিতু হৌজিক্ করি করি তৌনগ্রবগে ?

—নিংথৌ তুর্য্যোধননা পাণ্ডবকী লাম্মী তেঙ্গোল উরগা আচার্য্যগী মনাক্তা চংলক্তূনা ঝা অসি হায়খি—

—য়েংবিয়ু আচার্য্য, মরৌশিং চাউরব নহাক্কী শিষ্য-দ্রুপদ নিংথৌমপারি ধৃষ্টদ্যুম্ননা শেম্ শারিব পাণ্ডবকী চাউরব লাম্মী তেঙ্গোলসি য়েংবিয়ু।

পাণ্ডব লাম্মী তেঙ্গোল্দা মথোৌনা মরিংজেল লৈরব ভীষ্ম, নচিংব কল্লব লাম্মী কয়া য়াওরি অহুগা ঃখোয়রোমদনা কর্ণ কৃপ, অশ্বত্থামা বিকর্ণনচিংব মরিংজেল্ ফর ফরব অচৌ অচৌব লাম্মী কয়া য়াওরি। মখোয় অসি লালশোক্লবা হৈরব ভাক্তনি। অহুগা মথুত্তসু মতিক্ চারব খুংলাই পায়রিবনি।

ঐখোয়গী লাম্মী তেঙ্গোলদি য়াম্ম মতিক্ চানা চাউরবনি, লাম্মী মশীং খণ্ডদবমখৈ য়াম্লবনি। লান্দা হৈরব ভীষ্মমক্লা মসিবু ঙাক্লিবনি। পাণ্ডব লাম্মী তেঙ্গোল্দি অহুক হাক্লা মপূং ফাদে অহুগা নহা ওইরিবা ভীমনা মসিবু ঙাক্লিবনি। কুরু শাগে অহল ভীষ্মনা নোংশা ললাওগুম নিল্লব লালগী মোইবুং খোঙ্ লহুনা ছুর্যোধনগী মপুক্লিং থোৌগৎপিরি। মাগী শঙ্খধ্বনি তারবতুংদদি—লাম্মী তেঙ্গোল অনিমক্তা মখল্-মখল্গী মোইবুংশিং, ভেরীশিং পণবশিং, পটহশিং অমস্তুং গোমুখশিং—অসিনচিংব যন্ত্রশিঙ্গী চাউরব তুমুলধ্বনিনা থকু-খা খোন্না নিন্খি।

কৌরব তেঙ্গোলগী পুক্লিং থুকংনিঙাই তুমুলধ্বনিহু তারগা কৃষ্ণ-অর্জুন অনিনা নিংথিজরব মোইবুং অনি খোংখি, ভীম, যুধিষ্ঠিরনচিংব পাণ্ডবশিং অমস্তুং মখোয়গী মীচং-লেপ্পিব মীওইশিংনস্তু চশা-মশাগী মোইবুংশিং অমস্তুং অতে-অতৈ যন্ত্রশিং খোংনখি। পাণ্ডব লাম্মী তেঙ্গোলগী লৈথকু-লৈখা খোন্না নিল্লব তুমুলধ্বনি অহুনা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা-মশুশিং অমদি মখোয়গী মীচংলেপ্পিব লাম্মীশিংগী থম্মোই থকু-থকু নিকুহনখি।

লালগী লালাওনা (তুমুলধ্বনিনা) পুম্নিন্ নিল্লবা লাম্মীশিং মাগী মাগী মফম্শিংদা ফিরেপ্ চান-চানা লৈনরবা,

কনাগুম্বনা খুৎলাই থাবফাও (কাপ্নব ফাও) য়াওনরক্লবা তাঞ্জা-হুদা অর্জুননা গাণ্ডীবলিরুং পায়খৎলহুনা অস্মুন্না হায়খি—

"হে অচ্যুত, লাম্মী তেঙ্গোল অনিগী মরক্তা ঐগী দোলাইসি থম্বিয়ু। য়েক্লবশিংহু য়েংজগে। কনা কনাগা লোয়ননা লাল শোক্লগদৌরিবনো খঙজগে। মবুক ফল্লবা দুর্যোধনগীদমক্ লাল পাঙলরিব মীশকৃশিংহু মশক্ খঙজগে।

সঞ্জয়না হায়খি—

"অর্জুনগী ৱা তারগা কৃষ্ণনা লাম্মী তেঙ্গোল অনিগী মরক্তা—ভীষ্ম, দ্রোণ অমস্তুং নিংথৌ ময়াম্ অদুগী মমাংমক্তদা দোলাই তম্বিখি অদুগা অস্মুন্না হায়বিখি—

"পার্থ, হৌজিক্ মফম অসিদা পূন্না লৈরব কুরু কাংবু অসি য়েংউ।

লানফম্‌হুনা পূন্না লৈরব—মবুধৌ ভীষ্মনচিংব গুরুজন-শিং, মচিন-মনাওনচিংব মরীমতা মীওইশিংবু উখি। অমনা অমবু-নুংশিনফম্ থোক্লিব গুরুজননচিংব মরুপ-মপাংশিং মরী-মতা মীওইশিংনা য়েক্লব শারহুনা লৈরম্বহু উরগা য়াম্নমক্ থম্মোই শোনথখি, য়াম্ন তোনথখি। মপুক্লিং খংপিক্-পিকথরহুনা মাহাক্লা কৃষ্ণদা হায়জখি—"হে কৃষ্ণ নুংশিনফম্ থোক্পা, মীওই ঙাক্তনা অমদি গুরুজনশিংনা ঐখোয়গী য়েক্লব শাহুনা লৈরিবসি উরগা ঐহাক্কী পুক্লিং-হকচাং তনিক্-তনিক্লে, তুংংলে, চুম্না লেপ্পা ঙম্দরে। পুক্লিং রাখল চোয়রে। হে কেশব, ফত্র, ফল্লব অমঙ্গল খুদম্ ঙাক্তা ইমিৎসিদা উরে।

"হে কেশব, ঐখোয়গী মরী-মতা মীওইশিং, মরূপ্-মপাংশিং অসি হাংলগা করিগুম্ব য়াইফ-খুভম্ অমত্ত ফঙ্গনি নীংজদে। ঐহাক্ লালঙম্বসু পামজদে। রাজ্য ফংবসু পাম্জদে, মতুদগী ফংনিঙাই নুংঙাইবতুসু পামজদে। কুরুরাজ্যসি ভোগ তৌবনা করিবু কান্নগনি? য়াম্ম নিংথৌ ওইজনীংলিব মীওইতনা অসিগুম্বসি পাম্গদবনি, ঐগীদি মতু থোক্তে। গুরুজনন্নচিংবা লাল্ পাম্তুনা লান্‌ফম্ য়ৌরক্লব ময়াম্সিনা ঐহাক্পু হাংকে হাংখ্রশনু, হাক্লা মখোয়বু হাংপত্ি মহা'লরোয়।"

পৃথিবীসিতগী মপুওইবগী ৱাদি থাপ্খ্রতুনা-স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতাল মরোল্ অহুম্মক্তী নিংথৌ খুভম্ ফাওবা ঐহাক্ করিমত্তা পাম্জদ্রে। হে জনার্দন, তুর্য্যোধননচিংব কৌরব কাংবূসি হাত্তোক্লগা ঐহাক্তী পুক্নিং কদায়দগী কম্দৌনা ইংগনি? লাল-গীদমক্তা চোংথোক্লরক্লব মীদি মহে-মহে আততায়ী—হায়বতু ওইনরে। চুম্মি, অতুম্দি ওইরগা—হৌজিক্ ঐখোয় মাংদা লেপ্পিব মীশিংসি হাংলবদি লেক্লমক্ পাপ কোক্থোংনারগনি। মখোয়সিবু হাংফম্ থোক্লিবতুদি ঐখোয় নত্তে। মরী-মতা-মীওই-শিংবু হাংলগা কম্দৌনা নুংঙাইফম্ থোক্পগে?

ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংসিদি মশা-মশাতগী ৱাখলতনা পূম্কুপ্ কুপ্খিতুনা—মবুদ্ধি মাঙখ্রবনি। মখোয়দি শাগৈ মাঙ্খিগদবগী পাপ, মরূপ্-মপাং মাঙখিগদবগী পাপ্ পূম্নমক্সি খঙ্দ্রবনি; ঐখোয়দি মতু খঙ্ই, অতুনা পাপ কর্ম্মসিদগী হন্দোক্ফম্ থোক্কই।

শাগৈ মাঙ্থরক্লবদি—মশাগী ধর্ম্ম মাঙ্খিগনি, ধর্ম্মবু মাঙ্থ্রবদি লোয়না পূম্মাঙ্ মাঙ্বা শোয়দ্রর্বনি, অধর্ম্ম উাক্তা ঙাইহৌরগনি, অদুদগীদি শাগৈগী মৌ পূম্নমক্ মরম্চং ফংলক্তে মতুমক্তনা শাগৈ মনুংমক্তদা বর্ণসঙ্কর কয়া পোক্লকৃই, মতুমক্তনা শাগৈ পূম্নমক্—নরক্ ঙাহল্লি। মখোয়না পিণ্ডদান তৌবা অমসুং অতৈ-অতৈ দান তৌবনচিংব পূম্নমক্ত, নোঙ্গাগ্রিবশিংনা অমত্তা ফংদে। অদুনা নোঙ্গাথ্রব কাংবূদু পিতৃলোকতগী লৈখা তারকৃই। শাগৈ মাঙ্নিঙাই বর্ণসঙ্কর অসি থোক্লব শীল্লুবগী মহয়না—জাতিধর্ম্ম অমসুং কুলধর্ম্ম পূম্নমক্ পূম্মাঙ্ মাঙ্থ্রগনি। মশাগী কুলধর্ম্ম মাঙ্হনথ্রব মীশিং অদু লেপ্নমক্ নরক্তায়, হায়বা ঐখোয়না তাজে।

"রাজ্য ফংলগা য়ায়া নুংঙাইরবনি, হায়বসিনা শুমংথিদুনা ঐখোয় মিং তাঙ্লবনি। মরী-মতা, মরুপ্-মপাংপূম্ব হাং-তোক্লগে থৌরাংলুরিব অসিমক্তি—চাউরব পাপ লংজনীংলদুনা তৌক্লরব থৌদোনিদা!"

"ঐহাক্না করিগুম্ব খুংলাই অমত্তা পায়জদ্রবা, ইশা ঙাক্-থোকচনব করিমত্তা হোংনজদ্রদুনা ইচম্-চম্না লৈথোক্লব ফিভম্ মতা অদুদা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং অসিনা ঐহাক্পু লানফম্ অসিদা হাংতোক্থবদি—মতুমক্তনা ঐখোয়গী মঙ্গল ওইজরগনি।" বাক্যশিং অসি হায়রগা মপুক্লিং য়ায় রারব অর্জুন, মখুত্তগী লিক্লং-ভেন্ থাদোক্লগা দোলাই থক্তা ফম্থি।

---

## সঞ্জয়না দিব্যচক্ষু ফংখিবা —

গীতা, মহাভারতকী লাল হৌগংলক্লবদা—শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা তাকুখিবনি। মসিগী অহানবা শ্লোকৃতা—ধৃতরাষ্ট্রনা দিব্যচক্ষু ফংলব সঞ্জয়দা লাল অ্গী পাউ হংখি। কুরুক্ষেত্রদা পূম্না লৈরব লাম্না তেঙ্গোল অনিহুনা করি করি তৌনগ্রবগে হায়বা ধৃতরাষ্ট্রনা খঙনীংই।

সঞ্জয়না দিব্যচক্ষু ফংখি হায়রিব য়াফম্ অসি হৌজিকুকালগী ইংলিশ শিক্ষা ফংলুরব ভারতমচাশিংনা কবিগী কল্পনানি, ভাবনা শাজিন্ব য়াফাম্ন হায়না লৌই। [ থাজনদ্রিবসিগী পাউথুম্দি— মসিগী মতিক্ চাব খুদম্ অমা লৌরগা য়েংসি ]—কনাগুম্ব মীনা দূরদৃষ্টি ( Clairvoyance ) অমস্তুং দূরশ্রবণ ( Clairaudince ) ফংলহুনা থাল্লব লান্ফনগী তুজ্ংনিঙাই দৃশ্যশিং অমস্তুং মহারথী-শিঙ্গী নোংশা লালাওশিংতু মিংনাকোংনচিংব ইন্দ্রিয়শিংনা য়াম্ন শেংন-শেংনা শংশংনা উবা তাবা-খঙ্বা ঙম্মি, য়াফম্ অসি লেপ্নমক্ থাজনরবনি, থাজদবা য়াদ্রবনি। মরম্ অসিমক্না সঞ্জয়না দিব্যচক্ষু ফংখি হায়রিবসি লেপ্নমক্ থাজনবা তাবনি, মসিদা থাজদনিঙাই করিমতা ইরৈ লৈতে। বেদব্যাসনা ইরম্মিব য়াফম্ অসি অচম্ব নত্তে।

য়ুরোপ্কী বিজ্ঞান হৈরব কনাগুম্ব মীনা মঙ-হাগুম্বগী থৌদৌ (Hypnotisem) ওইনা মচিন্না অথাপ্প লম্দম্দা থোক্লিব থৌদৌশিংবু শীংথাহুনা ( বর্ণনতৌহুনা ) তাহন্-খঙ্হনবা ঙম্মি।

মসিবু থাজরিব হিপ্নোটিজম্‌বু থাজরিব মীওইদি সঞ্জয়না দিব্যচক্ষু কংই হায়রিবসি অতুম্ থাজফম্ থোকই। হিপ্নোটিজম্ হায়রিব-সিস্তু মগুণ খর হন্‌থরব যোগ-শক্তি মখল্ অমনি, তোন্‌থরব শক্তিনি। মসিদি থাদোক্কদবনি লৌশিনগদব নত্তে। মীওইবগী মশাদা হিপ্নোটিজম্‌গুণ্স শক্তি কয়ামরম্ লৈজবনি! থাইন মমাংঙৈদদি সভ্য জাতিশিংদা যোগ শক্তি অমস্তুং মঙোন্দগী খজিক্ লৈথরব শক্তি মচা কয়ামরম্ পরম্মি। অনৌব য়ুগ্ অসি-দদি—অজ্ঞানগী ঈচেন্দা চেন্‌থখিতুনা (অরান্‌বদা তাউখিতুনা) হায়রিব শক্তিশিংতু লুপ্‌খরে। মচং ওইরব শক্তি খরতা থূপ্‌না লৈহৌরে।

সূক্ষ্মদৃষ্টিদি সূক্ষ্ম ইন্দ্রিয়শিংতনা খঙবা (ফংবা) ঙমগদবনি, স্থূল ইন্দ্রিয়শিংনা খঙলোই। সূক্ষ্মদষ্টিবু (য়াম্নমক্ কূপ্পব মিং-য়েংগী অয়ৌবী থাক্কী থৌদোবু) দিব্যচক্ষু কৌই। মসিগী মতেংনা থাপ্‌না লৈব পোৎ, থূপনা লৈবপোৎ নত্রগা ইতোপ্-তোপ্‌প জগৎ অমদা লৈব পোৎ পূম্নমক্ লোয়না লায়না খঙবা ঙম্মি। য়াম্ন মপূং ফারব যোগশক্তি মশাদা লৈরিব বেদব্যাসনা সঞ্জয়দা ইরায়-লায়না দিব্যচক্ষু পীখি; মসিদা করিস্তু ঙক্লিঙাই লৈতে। নোংচুপ্‌লোন্‌গী হিপ্নোটিজম্‌গী (**Hypnotism**) ঙক্ল-ঙক্লব থৌদোক্-হাথোক্‌শিংবুস্তু ঐখোয় অতুম্ থাজে। থৌদো মতা অতুম্না — হাংলব যোগ শক্তি লৈরিব বেদব্যাসনা— তৌথোরক্লিব থবক্তা থাজরোইদব করিবু লৈগনি? অচৌব শক্তি চেল্‌লিব মীনা মশাগী শক্তিতু অতোপ্‌প মী অমদা

হাপ্ চিন্‌বিবা ইরাঙ্‌ লায়। মসিগী খুদম্ কয়ামরুম ইতিহাসকী লামায়শিংদা অচৌ-অচৌব মীশিঙ্গী পুন্সি রারীশিংদা মরাং কায়না ফংই। নেপোলিয়ন. ইঙো অসিনচিংবা।

শক্তি মপৃং ফাদ্রিব চয়ব ·যোগীমকস্থু— করিগুম্ব সিদ্ধি অমত্তংবু ফংলবদি মহ মীঙোন্দা ঙাইহাক্ত ওইরবস্থু পীথোকুপা ঙম্মি, পীথোক্লে। ব্যাসদেবদি জগংকী মী পৃম্নমক্তগী হেল্লব পণ্ডিতনি, সিদ্ধপুরুষনি। মরম্ অসিনা দিব্যচক্ষুগী শক্তি মঙোন্দা লৈ অমস্থুং মহুবু মাহাক্না শীজিন্নীংবা মওংদা শীজিন্নৈ। রাফম্ অসি বৈজ্ঞানিক সত্যনি। নোংজ্ ঋতুদা পংশা-শানব রারী নত্তে।

মন, হায়বসি মীওইবগী ইন্দ্রিয় পৃম্নমকী মকোকুনি। মাহাক্ য়াওদনা মীওইবগী অতৈ-অতৈ ইন্দ্রিয়শিংনা করিগুম্ব থবক্ অমত্তা পাঙথোকচবা ঙমদে। মনগী মতেং ফংলবতদা ইন্দ্রিয়শিংনা থবক্ পাঙথোক্লিবনি। মিৎসিনা উবা নত্তে, নাকোংনা তাদে, নাতোন্‌না মনম্ নম্বা ঙম্দে, উনশানা শোক্ল-শম্নবা করিমত্তা খঙ্লুদে, লৈনা মহাও লৌরুবা নত্তে, তৌইগুম্বস্থুং মখোয়সিবু মননা থৌদা পীরহুনা মথৌ তৌহল্লবা—মাহাক্না মকোক্ ওইরহুনা বিষয়শিংহু লৌশিল্লবতদা কর্মেন্দ্রিয়শিংনা মাগী মাগী মথৌ-শিংহু পাঙথোকপা ঙম্মিবনি। রাফম্ অসি ভারতকী দর্শন-শিং অমস্থুং মনোবিজ্ঞানশিংনা মতম্ কয়াগী মমাংদগী নৈনরক্লিবনি। **Hypnotism** দা হায়রিব রাফম্শিং অহুবু বৈজ্ঞানিকশিংনা বিজ্ঞানগী চাংয়েংদা য়েংবদা রাফম্ অসি তশেংনা খঙ্নরবনি মহুদি—মিৎ অনিমক্ উইশিল্লবদস্থু মাগী উবঙম্ব শক্তিদি মাঙ্দে। মিৎকী

উবঙন্বা হায়বসিদি মাগী শিংলি মচা অমশুনা অহুম্ পাঙ্-থোক্চবনি। খুদম্ অসিনা শেংনা তাক্লে মহাদ—মিংনচিংব কর্ম্মেন্দ্রিয়শিং অসিদি চুম্নগী বিষয়শিংহু লৌশিনবগী পাম্বে (যন্ত্র) ওইজবতনি; মন য়াওদনা কনামশুনা কনিংগুম্ব বিষয় অমত্তা খঙ্বা খক্ ঙম্দে। মীওইবনা মশাগী কর্ম্মেন্দ্রিয়শিং অমসুং মনবু তত্তনা শীজিন্নরুবদগী মমৈথংদদি— ইন্দ্রিয়শিং শীজিন্নবগী হৈনবী স্বভাব অহুনক্লনা মপুন্থুবু ফাজিন্ পন্নশিন্-খিহুনা মাহাক্ ইন্দ্রিয়শিং অহুগী মখা লোনব তারক্ই, মনাই ওইবা তারক্ই।

মীওইবগী কর্ম্মেন্দ্রিয়শিং অসিনা তৌরিব থবক্ পুম্নমক্কী পাউসি খুদক্-খুদক্তা মখোয় পুম্নমক্কী মকোক্ থোংলিব "মন" অহুদা য়োৎহল্লিবনি অহুগা খঙ্লিবনি। খুদম্ ওইনা—মিং তাঙ্লব মীনা মা-মাহুনা শোক্লগা, পোংকী মওং-মতৌ অমসুং মাগী স্বভাব-মগুণ ফাওব লোয়না খঙ্বা ঙম্মি। মীওইবনা মঙ্দা পোং উরি-খঙ্লি। মিত্তাঙ্বহুনা ইন্দ্রিয়লক্তা অথোয়ব নিংথিন মিংকপ থোক্লিব 'মন' না খঙ্লিবনি অহুগা মঙ্-মঙ্লিব মীনা তম্বায় অমত্ত মিকপ্ থোক্লিব তম্বায় অম তুম্মিব 'মন' না ময়েক্ মশোন্ ইশেং শেংদনা খঙ্বনি। অহুম্নদি ওইরগা মঙ্-মঙ্লিব মীহুগী পুক্লিং-থাখলদা উরিব পোং অহুগী মমিদি অহুম্ তারিবনি।

কনাগুম্ব মী অমগী মমাংদা লাইরিক্ অমা ফাক্লনা থম্বদা মিংহুদা মাগী মমি তাই, চুম্না মমি তাবতনি, মহ মমিংহুনা উক্লবা

নত্তে। মসিদা মিত্তি উননব পান্নে ওইনবতনি, লাইরিক্তুদি মননা উগদবনি। মঙ-মঙবগী রাফম্‌দনা—মঙদা হেক্‌ উরিব পোং নত্রগা থোদোক্‌ অহু খঙননবগীদমক্‌ মীওইবগী ইন্দ্রিয়লক্তগী কনাগুম্ব ইন্দ্রিয় অমত্তনা করিগুম্ব খরদস্থু হোৎনরুদ্রে, য়োৎনব দরকার ওইদ্রে। মঙ-মঙবদা হেক্‌ দরকার ওইরিবদি— মীওইবগী হৌনশা ওইরিব থোপ্‌কী থবক্‌ খরা অহুতনি— খজিক্তং য়াংলপ্‌না রাখল্‌ খন্থবা অহুতনি। লগুন্দা ৴ডিনব- রাদা থোক্রিব থোদোকশিংহু খোয়না ইয়ুম্‌দা ফম্ন-ফম্না উবা তাবা ফংনরি। অস্নুম্ব থোদোশিং অসিদা পুক্লিং রাখলনা (মননা) মরুওইব থো পুরি। অস্নুম্ব খুদম্‌শিংদি ঙসিগী জগৎ অসিদা নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি। অস্নুম্ব মনগী ওইব ( মনুং থুপ্‌ন লৈরিব পুক্লিং রাখলগী ওইব ) [ নত্রগা মীওইবগী মনুং ফাওনা ঙালঃললিবা ] মিংয়েং অসিবু সূক্ষ্মদৃষ্টি কৌই।

সূক্ষ্মদৃষ্টি অমদি দিব্যচক্ষ্ অনিসি খেন্নৈ। সূক্ষ্মদৃষ্টি চেললিব মীনা মিৎনা উঙম্‌দ্রব [ ফনা মনগী মতেং ফংহুনস্থু মপান্থোঙ্গী মিং অসিনা অপৌব পোং উবগুম্ উবা ঙম্‌দ্রব ] পোং অহু মপুক্লিং রাখলনা (মননা) নিংথিনা উই [ মসিদি মন অসিনা মশাগী কূপ্পবা শক্তি অমনা পাঙথোকপ থবক্লি। ] দিব্যচক্ষু ফংলব মীনা মনত্তনা (কূপ্পব পুক্লিং-রাখলতনা ) মপানথোঙ্গী মিং অসিগী মতেং য়াওবু য়াওরবস্থু য়াওবু য়াওদ্রবস্থু—করিগুম্বা পোং অমবু লায়না শং-শংনা উবা খঙবা ঙম্‌মি, মখোল তাবা ঙম্‌মি, খঙই। দিব্যচক্ষ্ ফংলব যোগশক্তি মপুং ফানা লৈরব যোগীদি

থাপ্লব লম্‌দম্‌দা থোকৃপা থৌদোকৃশিং হৌথ্রব মতম্‌দা থোকৃথ্রব থৌদোকৃ-ব্রাথোকৃশিং অমদি আ-তুংদা থোক্লকদব থৌদোকৃশিং ফাওব উবা খঙ্‌বা ঙম্‌মি। মখোয়দা মফম্‌ মতম্‌গী অথিংবা-অপন্‌বা অমত্তা লৈতে। মসিগী খুদম্‌ য়াম্না লৈ, অহুম্নদি ওইরগা দিব্যচক্ষুনা মতম্‌গী অথিংব কয়া নম্‌থত্তুনা থবক্‌ তৌখিবগী খুদম্‌মক্তি উনদ্রি। মসিনা লম্‌দম্‌গী অথিংববু লান্‌-থোকৃপা ঙম্লিবনিনা মতম্‌গী অথিংববুস্থু লান্‌থোরকনি থাজনরি। অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু যোগী অথোয়ব ব্যাসদেবনা মঙোন্দা পীরিব দিব্যচক্ষু অসিমক্তা সঞ্জয়না হস্তিনাপুরদা লৈরগা লাপ্লব লমদম্‌ কুরুক্ষেত্রদা লাল্‌গীদমক্‌ শেম শারদুনা ঙাল্‌লিব ধৃতরাষ্ট্র মচাশিং অমস্তুং পাণ্ডব কাংবুদুবু—মিৎনা শংশংনা নক্লা উবগুম্‌ উখি [য়াম্ন শেংনা বর্নন তৌখি] দুর্যোধননা হায়রকপ ব্রাশিং, ভীষ্মগী কিনিঙাই—সিংহনাদ, কুরু শাগৈ তুম্‌হননব খোং-লিব কৃষ্ণগী পাঞ্চজন্য মখোল্‌ অদুগা শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা অসিমক্‌ থোকৃহল্‌লিব কৃষ্ণ-অর্জুনগী ব্রারী-ব্রাতায়-পুম্নমক্‌ অসি সঞ্জয়না মনাকোংমক্তা শংশংনা য়াম্না শেংন-শেংনা তাখি।

মখোয়গী ব্রাখল্‌দদি—মহাভারতকী কৃষ্ণ-অর্জুন অনিমক্‌ কবি কল্পনাগী পোৎ নত্তে। গীতাসিস্থু অনৌব যুগকী তর্ক যুক্তিনা শাগৎপ লাইরিক্‌ নত্তে, দর্শননা লেপ্লস্থ সিদ্ধান্ত অমস্থু নত্তে। মরম অসিনা গীতাসিদা করিগুম্ব ওইথোক্রুব, নাতৈ প্রমাণ চাদ্রব ব্রাফম্‌ অমত্ত য়াওদে। [মসিদগী নাতৈ প্রমাণ চাদ্রব কাননদ্রব ব্রা অমত্তা কনামত্তনা পুথোরক্‌পা ওইথোক্লোই।] মরম অসিনা দিব্যচক্ষুগী ব্রাফম্‌ অসি শন্দোক্লা নৈনক্লবান।

দুর্য্যোধনগী হৈ-শিংলব রাঙাং—

দিব্যচক্ষু ফংলব সঞ্জয়না লালগী থৌরাংশিং চিংদনা শীং-থারদুনা পাউদম্‌খি।লাল্‌ফমদুদা তৌগদৌরিব মওংদি অসিনি—পাণ্ডবগী চক্রব্যুহ লালবনদু উরুরগা দু ধন দ্রোণাচার্য্যগী মনাক্তা লাকুখি। মাহাক্‌ দ্রোণাচার্য্যগী মনাক্তা করিগীদমক্‌ চংলিবনো? রাফম্‌ অসি নৈনবা তঙাইফদে। ভীষ্ম, কৌরব সেনাপতিনি, মরম্‌ অসিনা লালগী রাফম্‌দি মাগা তান্‌নফম্‌ থোকুপনি, অদুবু মপুক্‌ ফজ্রব দুর্য্যোধননা ভীষ্মবু থাজদে। মাহাক্তি পাণ্ডবপু নুংশি, অসিগীস্তু মথক্তা মাহাক্‌ শান্তি পাল্লিব লুচীংবনি। করিগুম্ব পাণ্ডব কাংবুগা ধৃতরাষ্ট্র কাংবুগা য়াম্ন শেংনা ধর্ম্ম-যুদ্ধত ধর্ম্মযুদ্ধ ওইনা লাল শোক্তুরম্লবদি ভীয়দি লালগী খুংলাই সুকপায় পায়রম্মোই। ফিভম্‌ অমা হোঙ্‌লম্‌গনি। কুরু শাগৈগী মতম্‌কুইনগী মমাংদগী য়েংথনরক্লব অদুগা সাম্রাজ্য শন্দোকুপদা হুলেংদ্রব পাঞ্চাল জাতি অদুমক্তা—কুরুরাজ্যদুবু অশোনব তাঞ্জা য়েংল-য়েংলদুনা অসুম-অসুম্‌ লাকুশিননব হোং-নরিবনি, লাকুশিনলিবনি। থৌদো অসি মুন্‌না খন্‌ন নৈনরগা—কুরুরাজ্যগী মকোক্‌—ওইরিব রাজনীতি হৈরব ভীষ্মবু কৌরবকী সেনাপতি হাপ্‌খিবনি। মখোয়ন থাজৈ, মদুদি—ভীষ্ম, মশামক্তা মপাম্বোম পাঙ্গলতনা মতম্‌ কুইনদগী ঙাক্‌-শেঙ্গরক্লব কুরুরাজ্য অসি মাংহাক্তা মথাতানা অদুম ঙাকুপিখিগনি। মীজাতি (মীতোপ্‌) অমত্ত চংহন্দনা মজাতিগী সম্মান ঙাক্‌না থম্বিরকনি। মসি দুর্য্যোধনগী অচেৎপ থাজবনি।

দুর্য্যোধন, মপোক্‌ইঙগী ওইনা ক্ষত্র-ক্ষত্রব লম্‌চং-স্বভাবতদা হৈনজরকপনি। মাহাক্না হেক তোথোরক্লিব থবক্‌ খুদিংমক্‌ শাওরংনবা কল্‌লক্‌ খম্বনবা অমদি য়েংথিব মতৌতনা ( রাগ-দ্বেষতনা মাঙ্‌ওইনজে। মরম্‌ অসিনা মশা মশাগী তৌফম থোকপ মথৌশিংদা চেংনা মপুক্লিং চংলিব মহাপুরুষশিঙ্গী মপুক্লিংগী থুপ্লব রাশিংদু দুর্য্যাধননা খক্‌ খঙ্‌বা ঙম্‌দে। মথৌ পাঙ্‌থোকপদা শোয়ব মন্ত্রব অদুগা পাণ্ডব কাংবুদু লোয়শিন্‌-বদস্থ লায়না ঙম্‌গদবা ভীষ্মমক্‌ পুস্থ দুর্যোধনন থাজদে।

ভীষ্ম, হেক্‌ য়ারিবমখৈ ধর্ম্মযুদ্ধতনা লালথেংনবিরগা, মদুনস্থ ইয়াময়ারক্তুরদা অধর্ম্মযুদ্ধনা ফাওবা য়েক্লব জয় তৌনবা হোৎন-বিরিবনি, হোৎনবিরকখিগদৌরিবনি, হায়বা মবুধৈগী পুক্লিং রাখল অদু দুর্য্যোধনন খঙ্‌বা খঙ্‌লমদে। মরম্‌ অসিনা মাহাক্‌ ভীষ্মগী মনাক্তা চংশিন্দনা দ্রোণগী মনাক্তা চংলিবনি। দ্রোণদি মরনাইগী ওইনা পাঞ্চাল রাজাগা মতম্‌ কুইনগী মমাংদগী য়েংথি-নরক্লিবনি। পাঞ্চাল নিংথেম্মচা ধৃষ্টদ্যুম্ননা দ্রোণবু হাৎকনি; রাশকপ্রবনি মমাংঙৈদা। মসি দুর্যোধননা খক্‌ কাওদে, অদুনা মদু নীংশিংহল্‌লগা দ্রোণ থোইনা হেননা থৎাই য়াওনা লাল থেংনবিগনি, হায়বা মাহাক্না থাজে। মাহাক্না ধৃষ্টদ্যুম্নগী মিংদু দ্রোণগী মনাক্তা চোকশিননা পল্‌লশি, শংগায়নদি হায়রমদে। ঙংইহাক্তং রাখল খল্‌লুরব তুংদা 'ভীষ্মদি—বিজয়গীদমক্‌ মপুং ফানা আশা তৌনরিব সেনাপতিনি হায়নস্থ থাগৎলম্মি দুর্যোধনন্না দ্রোণগী মমাংদা। দুর্য্যোধননা অহান্‌বদা, কৌরবকী মরু ওইব্রব

লাম্মীশিঙ্গী মমিং পল্লি অদুগা অকোনবদা কৌরবকী মরুওইরব লাম্মীশিঙ্গী মমিং পল্লি অদুগা মমৈদা অস্নুম্না হায়খি—"ইধৌ ভীষ্মনা লুচীংলিব ঃখোয়গী লাম্মী তেঙ্গোল য়াম্না চাউই অদুগা পাণ্ডবকী লাম্মী তেঙ্গোল পিকুই অদুগা ভীমনা মদু ঙাক্লি। ফিভম্ মতাসিদা ঃখোয়না শোয়দনা মায় পাক্লগনি। অদুম্নদি ওইরগা সেনাপতি ওইরিবা ইধৌ ভীষ্মবু য়াম্না চোক্শিন্না য়েংগদবনি, ঙাক্সু ঙাক্কদবনি।

"অপর্যাপ্ত" গী অর্থ 'মতিক্ চাদ্রবা' নত্রগা 'য়াম্দ্রবা'—অস্নুম্না হন্বা লাল্লি। পাণ্ডবকী লাম্মী তেঙ্গোলগা য়েংনবদা কৌরবকীনা চাউই। অদুমক্তদা চিংনবা কোক্তুব দুর্যোধনন মখোয়গী অকল্ অথৌ শিং অদু মপুক্লিং থৌগংনবা কন্না হোৎনরি। লাল হৌরম্দাইদা নৈনরিব হাফম্শিংগী চিংনবশিং অমসুং খোয়দোক্না দুর্যোধনগী মপুক্লিংদা চিংনরিব মতৌদু কোক্হন্নবগী-দমক্ ভীষ্মনা নোংশা লালাও লাওবিখি, মোইবুংসু খোংবিখি। মদুদা দুর্য্যোধন হরাওজখি—হৌজিক্ ঃখোয়না করি তৌগদনো? চিংনরম্ব'পূম্ব কোক্ত্রে, "দ্রোণ অমসুং ভীষ্ম অনিনা ঃখোয়গী-দমক্ কন্না পুক্চেল তিংনা লান্থেংনবিরগনি।" অস্নুম্না থাজখি।

---

লাল্গী অহানব্ পাউজেল—

ভীষ্মনা খোংলকুপ মোইবুং খোঞ্জেল অদুমক্তনা লাম্মীশিংনসু মোইবুং অমদি অতৈ অতৈ যন্ত্রশিংনা লান্কম্দু থোয়দোক্না নিল্-হন্খি। কৃষ্ণ অমসুং পাণ্ডব লাম্মীশিংনা শঙ্খধ্বনি তৌরদুনা

রণচণ্ডীবু মখোয়গী লান্মীশিঙ্গী থম্মোইদা য়াকায়হনখি মহুমক্তনা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিঙ্গী থম্মোই শোক্না নিকৃখি। ভীষ্মনচিংব কৌরবকী লান্মী মকোক্ খরদংদি রণচণ্ডীবু কৌশিল্লিবহুদা মশাদা অকিব ফাওখিদে।

লাল হোরে। লান্মী তেঙ্গোল অনিমক্ খুৎলাই থানরক্লে। তাঙ্গাসিদা অর্জুননা কৃষ্ণদা হায়জখি—"কেশব, ঐহাক্কী দোলাই অসি লান্মী তেঙ্গোল অনিগী মরক্তা থম্বিয়ু। দুর্যোধনগী মনীং থুংননবগীদমক্ লাল্ফম্সিদা থংাই কখোক্লগে লাক্লিব ঐখোয়গী মায়য়োক্তা লেপ্লিব লান্মীশিং অমুক্তা য়েংজগে।" অর্জুনগী ৱাফম্ অসিদগী অস্বস্থ ভাব অমা ফোঙদোক্লি মহুদি—"পাণ্ডব লক্তা ঐহাক্সি অকল-অথোলঙা শীংথানরিবনি, অহুনা কৌরব মকোক্ ওইরিব অকনব মীশিংসি ঐহাক্না হাংকদবনি। ঐহাক্মক্তা লান্বা পাগদোরির্বাশিংহু মাংজোননা খঙদোক্কদবনি। মতাং অসি ফাওবদি অর্জুন চানব য়াম্ন ইচং থোরব ক্ষেত্রিয়বীর অমা ওইরি। মঙোন্দা মপুক্লিং শোন্থরক্পগী মতৌ; মপাঙ্গল হন্থরক্পগী করিগুম্ব মতৌ অমতা উদ্রে। লান্ফম্ অসিদা য়েক্লব কৌরব কাংবূ লোয়শিল্লগে অহুগা লাল্ পাঙলরিব অতৈ অতৈ লম্শিঙ্গী বীরশিং অমদি নিংথৌশিং অসিবুস্থ লোয়শিল্লগে অহুগা য়েক্লতিঙ্গং অমক্তা নৈত্রব সাম্রাজ্য অমা যুধিষ্ঠির মহারাজদা কংলগে, হায়বাসি অর্জুননা চেৎনা খল্লম্বনি; অহুম্নদি ওইরগা মাহাক্না মচিন্না ফনা ফোঙদোক্তহুনমক্পু মাগী পুক্লিং রাখলদা করিগুম্ব অশোনব-নীংহন্নব মতৌ অমা নৈরে, হায়বা কৃষ্ণনা

ভরংনা উবিখি। মাহাকী নীংহন্নরক্লিব চিংনব পোক্লিব মতৌ অসি নিংথিনা কোকুহনহুনা লাল্গীদমক্ চপ্ চানা মপুক্লিং থৌগংতুনা লাল শোক্লহন্দ্রবদি—মাগী (অর্জুনগী) মবুদ্ধি মরোশিং পূয়মক্ পুম্নাঙ-মাঙখিহুনা পাণ্ডব তেঙ্গোল তুম্না মাঙখিবা য়াই। হাখল্ অসি খন্বিরহুনা কৃষ্ণনা অর্জুনগী দোলাইহু ভীষ্ম দ্রোণ-নচিংব মাহাক্না য়াম্না লুনা খঞ্জরিব গুরুজনশিংহুগী মমাংমক্তদা থৌজিনহুনা থম্বিখি। অর্জুননা অস্থুম্ কোয়ন য়েংলকপদা কুরু নিংথৌবু অমস্তুং লাল পাংলরিব অতৈ অতৈ লমশিংগী নিংথৌ ময়াম অদুবুস্তু অমত্তা চিংথদনা উবা ফংখি। অর্জুননা মপ্লিকুং চংনা য়েংলিব তাঞ্জাহুদা—মফম্ মতম্ তাঞ্জা চারে নীংলহুনা কৃষ্ণনা অম্বুম্না হায়বিখি—

পশ্যৈতান্ সমবেতান্ কুরূনিতি।

(১) য়েংউদো (২) পুননা লৈরব (৩) কুরুবংশগী মীওই-শিংসি মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই—অর্জুন মশামকস্থু কুরু-শাগেদা পোক্পনি, কুরুশাগেগী মৈতাল অরাবনি শাগেগী লেম্-জনফম্নি। লাল্ফগ্হুদা লৈরিবশিংহু মাগী নক্করব মরী মতাশিংনি, মরুপ্ ঙাক্তনি, নুংশিনরিব ঙাক্তনি, অম্বুম্ ফিভম্ মতা অসিদা মখোয়গী মনুং-মপাল্ লোয়না খঙ্বিরিব কৃষ্ণমক্না হায়বিখ্রিব হাহৈ অহুম অসিগী মনুঙ্গী অর্থশিংহুনা অর্জুনগী থম্মোই শোক্লহল্লি, চৈহরুনা তিং লাওনা পহল্লি। অর্জুননা মখুংমক্না মখোয়বু হাংহগা ময়াম্বদা য়েকু-ভিম্বং লৈত্রব সাম্রাজ্য অমা কংকনি থোরাংলিবহু অতৈ কনা অমবু হাংকদবা নত্তে;

মাহাক্না চান্নজরব শাগৈগী মীওইশিং, গুরুজনশিং মরুপ্-মপাং-শিং ঙাক্তনি। অসিগীস্থ মথক্তা—ভারতকী অতৈ অতৈ লমশিঙ্গী নিংথৌমচাশিং অসি মহৈ মহৈ য়াম্না নুংশিনজরিবনি; অদুবু হৌজিক্ত অকল-অথৌ পূম্নমকসি লালফম্ অসিদা মহৈ মহৈ য়েক্লবগুম্ পূন্লরে লালগীদমক্তা।

---

অর্জুননা মপুক্লিং খংঙ্গা ঙাখিবগী মরুওইব মরম্—

ক্ষেত্রিয় বীরঅর্জুনগী লান্ফম্গী অসিদা মপুক্লিং খংঙ্গা ঙাখিবা অসি করিননো? কদায়দগী কম্দৌনা অস্মুক য়াম্না ঙাগ্রিবনো? ঙাহংশিং অসিগী পাউখুম্দা মীশিংনা মশা মশাগী তোঙান্ তোঙানব মতশিং পীনৈ। অর্জুননা ঙাঙিবসি চুম্মি, ঙাফম্ থোকপনি, অস্মুম্না মাহাকপু থাগংলতুনা ঙায়বা য়াওই অদুগা অতোপ্প কাংবু অমনা—কৃষ্ণনা পাণ্ডব অর্জুনবু ক্ষত্রব লম্বীদা লম্জীংবিবনি, পাপ কর্ম্মবু শেংগংপনি, মতুংদা ইন্শিনবিবনি, অস্মুম্না কৃষ্ণবু নিন্দা তৌই।

খৃষ্টানধর্ম্মগী শান্তি, বৌদ্ধ ধর্ম্মগী অহিংসা, বৈষ্ণব ধর্ম্মগীনা ভক্তি মখোয়সি মশা মশাগী ধর্ম্ম সম্প্রদায়শিংতুদদি য়াম্ন ঙাংলব পাউতাকশিংনি। ধর্ম্ম পূম্নমক্না ঙাক্লি—'লাল তৌনবা ফত্তে। গুরুজনবু, মরুপ-মপাংশিংবু হাত্তোকপা পাপনি. তৌইগুম্বস্থং ধর্ম্ম লম্বীশিংনা পীরিব পাউতাকশিং অসি দ্বাপর য়ুগকী পাণ্ডব

কাংবূগী পুক্লিং রাখলদদি ফাওরম্‌দে, খন্থরুদে। মখোয়গী মমাংদা ৈলরিব পাঙ্‌থোকুফম্ থোক্লিব শিন্থা কর্ত্তব্য অহুতবু মখোয়না উরম্‌মি। মহুমক্তনা পুন্‌খিহুনা—হিংসা তৌরুদবনবু ফরিবরা নত্রগা লাল শোক্লহুনা গুরুজনশিং অমস্থং—অতৈ অতৈ মীওইশিংসিবু হাংলগা পাপ্ লংশিনববু ফরিবরা? অসি নত্রগনা পুন্নমকসি পূম্‌তোক্ তোক্‌থোক্লগা য়ুম্‌দা হন্‌খিবনা ফরিব্রা? অসিনচিংব চিংনব রাফম্‌শিং অসিগী খুদম্ অমত্তবু অর্জুনদা উবা ফংদে, মাহাক্লা হায়খ্রিব রাফম্‌শিং অসিদস্থ মহুগুম্ব রা অমত্তা য়াওদে।

গুরুজনশিং হাংপগী মহুত্তা ভিক্ষা নিহুনা চারগা হিংজবনা য়াম্ন হেন্‌না ফৈ, মসি অর্জুনগী চেংলব পুক্লিং রাখলনি। গুরুজনশিং অমদি মরূপ্ মপাংশিং হাংলুরবদি শোয়দনা পাপ, পুরগনি, রাফম্ অসি অর্জুন মশামক্লা কয়ারক্ হায়জগ্রবনি। হায়রিব অকোন্‌বগী রাফম্ অসিদি অর্জুন মশামক্লা পাঙ্‌থোকদৌরিব থবক্‌শিংহু য়েংহুনা হায়খিবা নত্তে—'কর্ম্ম ফলগী' মরীদা খন্থরুবদগী হায়খিবনি। মরম্ অসিনা অর্জুননা রাজরিবহু কোক্লনবগীদমক্ কৃষ্ণনা—"কর্ম্মফল" য়েংলগা থবক্ তৌগদবা নত্তে, ভৌগদৌরিব থবক্ অহুগী থৌওং মতাহু য়েংলগা—মহু তৌবা ম্নাই-ম্নাদে, লেপ্‌কদবনি, অস্থম্ব শিক্ষাসি মঙোন্দা পীবিখি। কৃষ্ণগী পাউতাক্ তারবদা অর্জুনগী মপুক্লিংদা কল্‌লব রাখল্ মরিথক্ কাওরকই।

(১) কৌরবকী লাম্মী তেঙ্গোলদা মকোক্ থোংলিব মীওই-শিংসি ঐখোয়গী নক্কুরব মরী ঙাক্তনি গুরুজনশিংনি ভক্তি তৌনফম্নি, পিক্লিঙৈদগী লোয়নরক্লব মরূপ ঙাক্তনি—মুংশিনফম্নি। মখোয়সি হাৎলগা য়েক্ল তিঞ্জং লৈত্রব সাম্রাজ্য ফংহনস্থ নুংঙাইবদি নুংঙাইররোই। মহুনা পুন্সি চুপ্পা অরাব অমস্থং নীংঙমদবগী মৈরীনা তত্তনা চাক্লগনি। মরূপ মপাং অমত্তা লৈত্রব পৃথিবীগী মপু ওইহনা নিংথৌ ওইনা পান্‌ববু করি কান্‌নগনি? কনানা পাম্‌গনি?

(২) নুংশিনরিব মীশিংবু হাত্তোকপদি ধর্ম্ম কায়বনি। চাননা য়েংথিনরব (আততায়ী) মীশিংবু লানফম্‌দা হাৎপদি ক্ষত্রিয়মচাগী ধর্ম্মনি।

(৩) মশা মথনতগী মরনাই কান্‌ননব থবক্ তৌবদি ধর্ম্ম কায়, ক্ষত্রিয়শিংনা মহু তৌফদে।

(৪) ইচিন্-ইনাওশিঙ্গা য়েংথিনরবদা অমস্থং মখোয়বু হাত্তোক্লবদা শাগৈসি লোয়না তুম্না মাঙ্‌লগনি, জাতিসি তুম্না মাঙলগনি। অস্থুম্ব থৌদো অসিদি—শাগৈ ঙাক্লিব, মজাতিবু ঙাক্লিব ক্ষত্রিয়শিংগীদি অচৌব পাপ্‌নি।

শীংথাগ্রিব রাকম্ মরিসি নত্তনা অর্জুনগী মপুক্লিং খংরা রাখিনবগী অতৈ মরম্ অমা লৈতে। রাকম্‌শিংসি খঙ্‌দনদি—কৃষ্ণগী উদ্দেশ্য অমস্থং মাহাক্না শীরিবশিক্ষাগী অর্থ খঙ্‌বা ওই-থোক্তে। খৃষ্ট বৌদ্ধ বৈষ্ণবধর্ম্মশিঙ্গা শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাগা করি করি

মান্‌নরিবা অমস্তুং মান্‌নদবা হায়বত্থ কোন্‌না নৈনরক্কনি। মতাং অসিদদি অর্জ্জুনগী ব্লাফম্‌সি কৃপা নৈনরগা মাহাক্কী মপুক্লিঙ্গী রাখল্‌তু শেংনা উথোক্লবা হোংনরি।

---

বৈষ্ণবী মায়ানা লাকৃশিল্‌লকৃপা—

অর্জ্জুন, অহান্‌বদ মপুক্লিঙ্গী অহাবশিংতু ফোঙ্‌দোরকই অতুগী মতুংদনা—মশাদা মহৌশাগী ওইনা পক্লিব মিনুংশি রাখল্‌ অমাদ থৌজালহৈব পুক্চেল্‌ অহুমক্লা খুদক্তুদা য়েংথিননিঙাই ভাব ( রাখল্‌ ) ওন্‌খি। পুক্লিং-রাখল্‌ হোংপ্রবদা কল্‌লব অর্জুনগী মপাঙ্গলতু ময়েং তারকৃখি। রাখিবনা মশাতু থকৃ-থকৃ নিকৃখি। মৃত্তি চুম্না লেপ্‌পা ঙম্‌খিদে। কল্‌লব মপাঙ্গোম্‌তুনা গাণ্ডীব লিরুং থাঙ্গংপা ফাওবা ঙম্‌খিদে। মপাঙ্গল্‌ শোন্‌থরে। মশাতু মৈচাকৃপগুম্‌ শারে। মমায়তু পূমকং-কংশিল্‌লে, মকোকৃ ঙাওরে।

গীতানা শীংথারিব অর্জুনগী শকৃকম্‌সি উকুরিব মীতু অহান্‌বদা কবিগী কল্পনা শক্তিগনা পংই ইরম্বনি, নীংতুনা মসিনা শুক্কাংলম্মি ; তশেংবমক্তি মতু নত্তে। শীংথারিব অর্জুনগী শকৃকম্‌ অসিদগী য়াম্ন খুল্লব অর্থ অম থোকৃই। অর্জুন মমাংংঙদা কৌরব কাংবুগা লাল কয়ারকৃ থেংনগ্রে, অতুবু মখোয়তুদদি—মঙোন্দা হৌজিকৃ

ফাওরক্লিব রাখল্ অসি ফাওরকুখিদে। কুরুক্ষেত্রগী লালজাউ হৌর-ক্লব তাঙ্গা অসিদা অর্জুনদা অস্থম্ব অওনব পুক্লিং রাখল্ থংফাও ফাওরকুখি। মপুক্লিং পূম্হোং হোংখি। কৃষ্ণনা মানা পাম্লিবহু পাঙ্-থোকৃহনননবা শীন্বনি। অর্জুনগী পুক্লিং রাখল্হু হোঙ্হনবনি। হৌজিক্তি অর্জুনগী থম্মোইনুংগী আত্মবলহু য়াকায়রে। মঙোন্দা থুপ্ন লৈব অখাং কন্বা নত্রগা উঙ্গল কন্ব মতৌহু মিকপ্ থোক্লে। অসিদগী ক্ষেত্রিয় মচা অমা ওইবগী তঙাই ফত্রব যোগ্যতা ( মতিক্ চাব মতৌ ) অমদি অঃাংব খুভম্দা কাজনীংব মতৌ, অসিনচিংব বীরক্ষত্রিয় অমগী তঙাই ফত্রব গুণশিং পূন্না ফুদোরক্লে।

অজ্ঞানগী পাম্বৈতনা অজ্ঞানবু কোকৃহনগদবনি। মহুতদা মশাহু নিংথিনা সংয়ম তৌবা ঙম্গদবনি। মরম্ অসিনা কৃষ্ণনা অর্জুনগী অজ্ঞান পূম্নমক্ কোকৃহনখ্রগা মাগী পুক্লিং হাখলদা লৈরিব বিবেক-বুদ্ধিহু নিংথিনা মপূং ফানা য়াকায়হনননবা হোং-নবিরি। অর্জুন মশাদা বিবেক-বুদ্ধি মপূং ফানা নিংথিনা য়াকায়-হল্লবদি মশাগী ভশেং ভশেংলব মরৌশিং মবুদ্ধিতনা হেকু তৌজবা ঙম্বা অক্লব থবক্কী অরাংব তাঙ্লব ভাঙ্গাহু থকু, কংলম্মোই। অসিগীস্থ মথক্তা—লালফম্দদি মীওইবগী মশাগী বিবেক্ বুদ্ধিস্থ লায়না মাঙইবনি, নম্থখ্রিবনি। মরম্ অহুনা অস্থম্ব তাঙ্গাসিদা মাবু য়াম্না চোকৃশিননা মথৌ শংদবা য়াদবনি।

যোগ সাধন তৌরহুনা মহুদা থর চংশিল্লব মীহুগী মপুক্লিং রাখল্ অমদি লম্চৎ-স্ভাবশিংদা মপোক্তৈগী মশাদা চুশিনহুনা

লৈব ফত্ত-ফত্রব হৈনবী লম্চৎ স্ভাবনচিংবশিং অহুবু ফগংলব মবুদ্ধি মরোশিংতনা নম্থুনা ভকৃথোকৃই। অফ-ফত্ত অনিগী অকন্ব লাল্ থেংনফম্ ওইরিব মীহুগী মরোশিংহু মাঙ্লকৃই। মসিবু নোংচুপলোম্গী সাহেবশিংনা "শয়তান্না ঙক্কংখিবনি হায় অহুগা কনাগুম্বনা "কামদেবনা ( অপাম-লুংশি শীল্লিব লাইনা) ঙক্কংপিরবনি অস্নুমস্তু হায় ফিভম্ অসিমক্তি অজ্ঞানদগী পোক্-পনি, শয়তান্না ভোবা নত্তে, কামদেবনা ঙক্কংপস্তু নত্তে। মসিদি ভগবান্গী লীলা মখল্ মখল্নি। মাহাক্না মনাই ভক্তগী অরান্ব থৌদোশিং তকৃথোকৃপিরগা মঙ্গল পীবিনবা শীন্বিরিবনি। মপুক্লিং শেংদোকৃহনবিবনি।

কৃষ্ণ [ মীওইবগী চৎন-লোলদা ] অর্জুনগী মরূপ্নি, সারথিনি অহুগা [ মনুং হুক্তিনব ৱাকম্দনা ] মাহাক্ অর্জুনগী থম্মোই-নুংদা লৈবনি, পূম্নমক্ খঙবিবনি। কৃষ্ণনা মাহাকৃপু অচুম্ব লম্বীদা লম্জীংবি। মহাক্না হান্না লৈরম্ব ফিভম্মতা অমস্নুং মহুদগী মাবু চীংথোকৃপিরহুনা হন্দোকৃহল্লগা পীবিরিব অনৌব ফিভম্মতা অনিসিগী কল্লব চৈফ্দা অর্জুন চাননা কঙাওনখি। মাহাক্ কবি কল্পনাগী চানব মচাক্ ওইখি—কবিনা পাম্লিবা ফিভম্ অহুদা লৈখি। মপাঙ্গলদি য়াম্ন কল্লিব অহুগা মাগীদমক্তা করিস্নু চিংনিংঙাই মরম্দি লৈব্রব করিগুম্ব শব্লাইদ্রব হায়দোকৃক্ষম্ খঙ্নদ্রব 'অরাব মতৌ' অমা লাল হৌরক্লবা তাঙ্গাহুদা অর্জুনদা কোঙ্দোরকৃই। মাগী অরাব মতৌ অহু কৃষ্ণনা মশাগী বৈষ্ণবী মায়ানা য়াম্ন থুনা লাক্শিনবিখি; মরম্ অসিমক্তনা অর্জুনগী মপুক্লিং-ৱাখল্ অহু অহুক্ য়াম্না [ থুস্নু থুনা ] হোঙ্খিবনি।

অধর্ম্মনা ধর্ম্মগী অজ্ঞাননা জ্ঞানগী ফিজোল শেংলহনা তৌব-ওম্ব মথৌনা উংলরবদা, তমথিরব তমোগুণনা তরু তরুরব সত্ত্ব-গুণগী শক্লোন পুররক্লবদা [চানব শকৃফমহ্ মমুংদা লোংশিল্লগা মপান্থোংদা অতোপ্প ফজব মতৌ অমা উংলহনা]— জ্ঞান হায়বহ্ ঐনি, ধর্ম্ম হায়বহ্ ‘নি, পুণ্য হায়বহুস্ম ঐহাক্কি অসি-নচিংবা ফিরেপ্ মতা অসি য়োরক্লবদি—ভগবান্গী বৈষ্ণবী মায়ানা মীহুবু চাননা লাকৃশিনবিরে, মাগী মবুদ্ধি মরৌশিংদা বৈষ্ণবী মায়ানা চংশিন্বিগ্রে, অস্মুম্না খঙ্নগনি।

---

বৈষ্ণবী মায়াগী লক্ষণ—

মীবু থৌজাল্বিবা অমস্মুং মীবু নুংশিবিবা ( স্নেহ পোক্পা ) থৌদৌ অনিসি বৈষ্ণবী মায়াগী পাশ্বনি, মাগী লক্ষণনি। মীওই-বনা মশাবু নুংশিজৈ, মজাতিবুস্ম নুংশিজৈ মসি হৌনশানি। চুম্না-চম্না নুংশিজবা, থৌজাল্বিবা অহুনা মীওইবগী পুক্লিং রাথল লোয়না তিংথোক্লে, হায়বদি য়াদ্রে। [ যোগ সাধনাদা নিংথিনা চংশিন্দ্রিব সাধককী ] মশাহু হায়বদি ইন্দ্রিয়শিং অহু মাগী তথক্-তথক্ল পুক্লিং রাথল্গী মখা হেক্ পোনখিবদা—ফনা ফজরম্ব মিনুংশিহু ইমক্-মক্শিনখি, য়াম্না শেংলম্ব প্রেম্ অহুম্ম মক্শিল্লি, পাপতনা পুম্ম্যোম্ য়োম্শিন্খি। মখোয়হু মওং য়াম্ন কায়রক্ই ওক্লব লীলা কয়ামক্লম্সু শান্নরক্ই। য়োম্ন

সাধনাদা মূল্লব যোগীগী মপুক্কিং ৱাখল অমস্তুং বিষয়াশিং ভোগ তৌগদৌরিব ইন্দ্রিয়শিং অহ্ মশা মশাগী বিষয়াশিংহুদা অমগা অমগা য়েংশি দনা চংশিনমিননৈ। যোগ সাধনাদা ৱাংনা চংশিনখ্রব মীওইনা তৌগোরকপ কর্ম খুৎ দি—মানা ইন্দ্রিয়শিংগী অমদি মখোয়গী বিষয়াশিঙ্গী থক্ মখা পোন্দে; মখোয়সিনা মাহাক্কী মখা পোল্লি। হায়রিব ফিভম্ মতাসি য়ৌরক্লবদদি যোগীশিংগী পুক্নিংদা শেংলব ভাব অমা পোক্লকুই। ইন্দ্রিয় পূমমক্সি শেংলব ভাব অহ্গী মখা পোল্লি; মসি বৈষ্ণবী মায়াগী খুদম্নি; মসিমক্ অর্জুনগী থবক্ থৌদৌশিংদা উবা ফংই।

— —

বৈষ্ণবী মায়াগী পিক্থরকপ মতৌ—

অর্জুননা হায়খরে—"লালশোক্লনবগীদমক্ তীল্লরিব মীওইশিং অসি মখোয়গী মরী মতা ঙাক্তনি, নুংশিনফম্ থোক্পনি, মখোয়সি হাংলগা খোয়গী করি কান্নগনি? লাল ঙম্লক্পগী নাপল কাবা, নিংথৌ ওইবগী লেম্জবা, ইনাক্খুনবগী নুংঙাইবা, মখোয় পুম্নমক্সি অমতা পামদে। মীয়াম্ পুন্না হিংমিন্নবা, পুন্না লৈমিন্নবা, পুন্না পুন্না ৱাজ্য ভোগ তৌমিন্নবা অস্মুহ মতৌ আসবুন, নুংঙাইবা হায়বগুদি। ঐগী মুপী, ইচা অমস্তুং মরী-মতা, মরুপ-মপাং মখোয় পুম্নমক্ অমিগা লোয়নবা য়াম্ন নুংঙাইনা লৈমিন্নগনি হায়না থাজক্লবদগী

মীওইবনা সাম্রাজ্যবু পাম্নরুবনি। পূম্নমক্সি ওন্‌ন-ৈতনরে। ঐখোয়না মখোয়গী মঙংলাঙ্গাদমক্তা সাম্রাজ্য ফংনীংলুব মীওইশিং ঐখোয়গী মরী-মতা, মরূপ মপাংশিংতুমক্লা ঐখোয়গা য়েক্লব ওইরদুনা ইমাংসিদা লেপ্‌পরে। কৌরব কাংবু পাণ্ডব কাংবু ঐখোয় পূন্‌না সাম্রাজ্য অমা লিংখৎমিন্‌নরগা মদু নুংঙাইনা ভোগ তৌমিন্‌নবগী মহুত্তা—মখোয়সিনা (কৌরবনা) ঐখোয়বু হাৎতোক্লগা নুংঙাইরগনি. খনদুনা হৌজিক্ ঐখোয় মাংদা লেপ্‌পরে। কৌরব কাংবুসিনা মনীং থুংজনবগীদমক্ এহাক্‌পু হাৎপ্রশনু। ঐদি মখোয়বু হাৎপা স্নুক্‌ঙম ঙমোই। মরোল অহুম্‌মক্তা সাম্রাজ্যগী মপু ওইব ফংলগনি হাৎনবসু এহাক্তি পবক্ অসি তৌররোই, পৃথিবী অসিতগী মপুওইবগী য়াকম্‌দি য়াম্নবু থাপ্‌প্রে।

> ন কাংক্ষে বিজয়ং কৃষ্ণ ন চ রাজ্যং সুখানি চ।
> এতান্ ন হনতুমিচ্ছামি ঘ্নতোঽপি মধুসূদন।
> অপি ত্রৈলোক্যরাজ্যস্য হেতোঃ কিং নু মহীকৃতে॥

"মধুসূদন য়েক্লবশিংসিনা ঐবু হাৎকে হাৎপ্রশনু, ঐনা মখোয়বু হাৎপদি মহাৎলরোয়। মরোল অহুম্‌মক্তা নি থৌরেল্ ওইবা য়ারব তাঞ্জাদু ফংদুনসু মদুনা হৌজিক্ করিবু কাননগনি?

—অস্নস্ন ভাব কোঙদোম্লিব অর্জুন অসি ময়ুক্‌চেল চাউই, মিনুংশি খঙই. মশাগী ওইজব থিদে, হায়বতাবমক্তি। মাহাক্ ঈ-তৈরব চিঞ্জাক্ চারদুনা নুংঙাইরিবনি হায়দুনা, শিবা ঙাইদুনা হিংববুদি লালকমদুদা মায়থিবনা ফৈ. মতম্ শাংনা অরাব খাংলদুনা হিংবনা ফৈ নত্রগা শিন্দোকৃথিবনা ফৈ। অর্জুন মসি পামজরবনি।

মহাভারত লালজাউ হৌরকপদা অর্জুননা খনখ্রিব রাখলশিং অসিমক্তি—মশাগী পুক্চেল্ পিকুথরকপা মতৌনি, মপাঙ্গল শোন্ বা উংথোকপগুম্বনি, নপুংসকী থৌদৌনি। মভাং অসিদা অর্জুনগীদমক্ খনর্থাবানিঙাই হাক্তম্ অমা লৈরে মহাক্দি—শৃগ্নগী মরী-মতা, শাগৈ নাতৈশিংবু মিন্নুংশি চাউক্লবগীদমক্ত, মখোয়বু থৌজালবিনীংবগীদমক্ত কৌরব-পাণ্ডব পূন্নমক্ য়ায় শিনরগনি খন্খিবন্ মপুং ওইখিহ্নুনা মশাগী স্বার্থ থাদোক্লে, থৌরাংলবদি মহু আনার্য্যশিঙ্গী চরিত্রনি, আর্য্যশিঙ্গী ফিদম্লিঙাই ওইরবা নত্তে অহুগা 'ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায়'—ধর্ম্ম ঙাক্লনবগীদমক্ত মশাগী স্বার্থ থাদোক্লপা, ভগবাননা পেন্বিনবগীদমক্ত কর্ম্ম তৌবা মখোয়সি ওইরগনা আযাগী ফজরব ফিদম্লিঙাই লম্চংনি। শাগৈ-নাতৈ, মক্লপ্-মপাংশিংবু নুংশিজরুব পুক্লিং-হাখলতগী মথা পোন্খিহ্নুনা অমদি ঈ তাখিবা কিখিবতনা ইশাগী ধর্ম্মবু হেক্ থাদোক্পা হায়বসিস্থ আর্য্যশিঙ্গী ময়ায় ওইব লম্চংনি, অরাংবনি হায়বদি য়াদে। ধর্ম্ম ঙাক্লবগীদমক্ [ ধর্ম্ম ঙাকুপভনা ইহান, হানব তৌগদব থবক্লি, হায়না লেপ্লহ্নুনা ] ভগবাননা পেনবিনবগীদমক্ ইশাদা চেল্লিব মিন্নুংশি, ইশাদা পক্লিব পাঙ্জদব কিন্দব মতৌ অসি পূন্নমক্সি লোয়না নম্থহ্নুনা থম্বা হায়বসিনা আর্য্যশিঙ্গী ফিদম্লিঙাই লম্চংনি। অর্জুনগী মপুক্লিং পিকুথরক্পা-শোন্থরক্পা মতৌশিং অহু 'অচুম্বনি' উংননবগীদমক্ অমুক্স্থ অস্সু। হায়রি—"ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংসিনা ফনা লাল্লবদস্থ, রাজ্যসি

মখোয়না মূনপ্রবদস্থ, সত্য-রাশক্ অমত্তা ঙাক্লক্ত্ববদস্থ ঐখোয়না মখোয়বু ঙাক্পিগনি।

হন্দক্ মাহাক্না শোক্লগদৌরিব লান্কম্সি ধর্ম্মযুদ্ধনি, ধর্ম্ম ঙাক্লনবগীদমক্তি, অধর্ম্ম মাঙহন্নবগীদমক্তি,, ভারত ভূমিসিমক্তদা ধর্ম্মতনা যুম্ফম্ ওইরব অচৌব সাম্রাজ্য অমা লিঙ্খৎনবগীদমক্ত-নি—হায়রিব রাফম্ পূম্নক্সি অমুক্তদ পূন্না ফংননব তান্বনা লালজাউ অসিগী উদ্দেশ্যনি—অস্নুম্ব থূপ্লব রাফম্ অসি অর্জুন পূম্নকাও কাওপ্রবনি, মশাতগী নুংঙাইনবা যুধিষ্ঠিরগী নুংঙাইনবা নত্রগা কৃষ্ণনা শীললিবা থবক্শিং পাঙথোক্লবগীদমক মাগী ময়াথং ঙাক্লবগীদমক্ নত্তে হায়বা করিমত্তা নীংশিংপ্রবনি। পাণ্ডবকী লাম্নী মকোক্ কৃষ্ণগী চান্নরবা মরূপ্ অর্জুনগীদি মশাগীদি—মশাগী অরাব-অকিব মিনুংশি থাংবরাব অসি পূম্নমক্ থাংলগা হায়রিব উদ্দেশ্য অসি ফংননব হোংনবতনা মরু ওইরিব মথৌনি।

---

শাগৈ মাঙখিবগী রাফম্—

অর্জুননা মপুক্লিং শোন্থরকুপা—লান্গী নীংহন্নরকুপগী মরম্ অস্নুম্না পীরি। মাহাক্ন হায়রি— "লালফম্ অসিদা ঐখোয়গী জাতি'পূম্ব অমস্নুং শাগৈ-নাত্তৈ 'পুম্ব লোয়না মাঙ-লগনি, অদুনা মসি অধর্ম্মযুদ্ধনি ধর্ম্মযুদ্ধ নত্তে। কুরুবংশগী কৌরব পাণ্ডব কৌব লৈব অনিমক্সি কাম্খুল মূৎলগনি, উররোয়। মিত্রদ্রোহস্থ মসিদগী পোক্লগনি।

শাগৈগী অহল-লমনশিংনা চৎনরম্ব ফিদম্নিঙাই লম্বী (ধর্ম্ম) থাদোক্লবদি—শাগৈ লৈখা তাই। তমোগুণতনা মাবু কুপ্‌শিল্‌লি। ধর্ম্ম কায়রক্লই—অরাজক্‌ ওইরক্লই। শাগৈগী মৌশিং মরম্‌চৎ ফংলক্তে; অদুমক্তনা নুপাশিংনা ওক্তব লম্‌চৎ চৎলক্লই। নুপা নুপী লাননা ফম্‌দিননরক্লই। অধর্ম্ম-পুত্র কয়া কয়া য়াওরক্লই। শাগৈ মাঙ্‌হল্‌লিব কাংবু দু—লেপ্‌নমক্‌ নরক্‌ তায়। জাতিধর্ম্ম, কুলধর্ম্ম পূম্নমক্‌ লুপথি।

অর্জুননা শাগৈ পূম্নমাঙ-মাঙ্‌ব তারে, হায়না অরাব ফোঙ্‌-দোক্লম্লগা—মখুত্তগী গাণ্ডীব লিক্লং থাদোক্লহনা দোলাইদা ফম্‌থখি। গীতা প্রথম্‌ অধ্যায়গী অরোয়ব শ্লোক্‌তা কবি বেদব্যাসনা অর্জুনগী ফিভম্‌ য়াম্না শেংনা অস্থুম্না উৎলি মহুদি—মাহাক্‌ অসি মপুক্লিং রামনখিবনা মবুদ্ধি মরোশিং 'পুম্ব পূম্‌মাঙ্‌ মাঙ্‌-লহনা ক্ষত্রিয় মচা অমনা তৌফম্‌ ইথোক্‌-থোক্তব অনার্য্যগী ওইরব থৌদৌ মতা অদুমক্‌ তৌরগে, হায়না চপ্‌ য়ুংনা লেপ্‌শবনি।

---

বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা—

অর্জুননা লাল্‌ অসিদা শাগৈ তুম্না মাঙ্‌বা তারে, হায়রিবা অসিদা ফজরব অদুগা লুম্ব লুরব ভাব অমা থুপ্‌না লৈরি। মহু গীতা নৈনরিব মীওইশিঙ্গী য়াম্ন কান্‌ননি। রাকমদি অসিনি "গীতাসি মুপ্‌নগী আধ্যাত্মিক তত্ত্বগী সীমানুংদতা লৈনবা তারবদি

—মাহাক্তুসিদি আধ্যাত্মিক তত্ত্ব পাউতাক্ পীবা নত্তনা অতৈ অমা পীদে, হায়না লৌবা মতারবদি—শোয়রে। পিকুমল্লি। মসিদগী হেন্দোকুপ ঋা কয়ামরূম গীতাদা য়াওরি। জাতি জাতিগী ওইব ধর্ম্ম, কর্ম্মশিঙ্গ। ঃাফম্‌শিং, য়ুম্বাল্লিব মীগী মশিঙ্গাংশিং অমদি—মী অমমম্‌গী ওইব (মরুম্নাই) মশিঙ্গাংশিং শম্না হায়বা তারবদা সংসারসিদা লৈরিঙৈগী কান্ননিঙাইগী (অভ্যুদয়গী) ঃাফম্‌শিং অতুগা অতৈ-অতৈ ফিদম্নিঙাই আদর্শ কয়ামরূমস্তু গীতাসিদা য়াওরি। মতৌ অস্তুম্না আধ্যাত্মিক তত্ত্ব (কল্যাণ) গী ঃাফম্ অমদি সংসারসিদা হিংলিঙৈতগী কান্-ননিঙাই (অভ্যুদয়) গী ঃাফম্ অনিমক পূন্না নৈনরবদি গীতাগী আদর্শ মপূং ফাই নত্রবদি—সংসার বিষয়াগী লম্বী অমস্তুং গীতাগী আদর্শ অনিসি তোঙান তোঙানব মায়গৈ অনিদা তোঙান্ তো-ঙাননা চংনখিবগা পাঙথক্ ওইরবনি, অসিদস্তু নত্তনা অর্জুননা য়াম্না কিজরিব ঋাকম্—শাগৈ পূম্‌গাঙ্ মাঙ্‌প্রগনি। অসিবুস্তু থৌশাদনা তুংওইনবা মতারবনি, গীতানা তাক্লিব পাক্-চাউরব ধর্ম্মসি য়ায়মক্ পিকুশিনখিবা তারবনি।

আদি শঙ্করাচার্য্যনচিংবা গীতাগী আধ্যাত্মিক তত্ত্বগী ব্যাখ্যা তৌরম্লিব কাংবূর্দা সংসারসি চাননা তুংওইনরবনি। মখোয়দি চানব য়ৌরব দার্শনিকশিংন নত্রগা শেংলব মপুক্কারব য়ৌরব ভক্তশিংনি। মখোয়সিদি গীতাদা লূপশিল্লগা মশা-মশাগী কান্নগদব (মশা মশাগা চানব) পোৎশিং বিষয়শিং অতুত থিরতুনা লৌখচ্ছখিবনি, মতুতদা পেঙবিবনি।

রাকম্ মতামক্তি মসিনা লোয়দ্রি, লোয়শিন্‌বা য়াদ্রি। গীতাসিগী রাংলব শিক্ষা অসিমক্তি—জ্ঞান-ভক্তি-কর্ম্ম অহুম্‌সিগী য়াম্ন মপুংফারব শিক্ষানি। মরম্ অহুনা—জ্ঞানগী, ভক্তিগী অমদি কর্ম্ম তৌবগী গুণ অহুম্‌সি পূন্না মশাদা লৈরবা মীওই অহুতনা হায়রিব শিক্ষাসি নিংথিনা লৌশিন্‌বা ঙম্‌গদবনি। গীতা তাক্লিব শ্রীকৃষ্ণ মপূম্ফারব জ্ঞানীনি অথোয়বা কর্ম্মীনি। গীতাসি তাকৃফম্ পাত্র—অর্জুন মপূম্ফায়ব ভক্তনি অথোয়বা কর্ম্মীনি। ( মঙোন্দা রাংলিব ) জ্ঞানচক্ষু অহু মপূম্ফানা পাঙ্-হন্‌নবগীদমক্ ধর্ম্ম ক্ষেত্র-কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জুনদা গীতা শিক্ষাসি শন্দোক্লা পীবিখিবনি। রাজনীতিগী অকনব সংঘর্ষ ( মুক্লরকুপ ইরাং ) অমনা 'গীতা শিক্ষা' অসি শন্দোক্লবগী মরু ওইরব মরম্‌নি। হায়রিব সংঘর্ষ অহুদা অর্জুনবু রাজনীতিগী ওইব চাউরব উদ্দেশ্য অমা পাঙ্‌থোকৃহন্‌নবগীদমক্ য়াম্ন মরু ওইরব খুংলাই ( যন্ত্র ) অম ওইনা শীজিন্‌নখি। মসিমক্ গীতাগী উদ্দেশ্যনি। কুরুক্ষেত্রনা গীতা শিক্ষাগী মফম্নি। শ্রীকৃষ্ণ অথোয়ব রাজনীতি হৈরব লান্মীনি। ধর্ম্মরাজ্য অমা লিন্থংপনা মহাক্কী মরুওইব উদ্দেশ্যনি। অর্জুন, অশেংব ক্ষত্রিয় রাজকুমারনি। রাজনীতি শান্‌নবা অমদি লাল শোক্লবা হায়বসি মহাক্কা চুনরব থবক্‌শিংনি তৌকম্মক থোক্লিব মশিঙ্গাংনি। গীতাসিনা তাক্লিব উদ্দেশ্যবু তুংওইনরগা, গীতা তাক্লিব মীগী মগুণ তুংওইনরগা অমদি গীতাশিক্ষাসি শন্দোক্লিবহুগী মরম অহুমকৃপুস্থ তুংওই-নরগা হায়বদি গীতাসিগী য়াংলেন শরুমক্ ওইরিব 'রাকমশিংবু

ভুংওইনবা থম্নগা—( মখোয়সু নিংথিনা খঙ্লুদনা ) গীতাগী ব্যাখ্যা তৌবা খক্তা য়ারোয়। মখোয়সি খঙ্লগা গীতাগী ব্যাখ্যা তৌগদবনি, মহুৎতদা মাবু খঙ্গদবনি।

তেংবান্বদা হেক্ত লৈরিব মীয়াম্ অসি স্থগী কাংলূপ মঙা খক্তা থোক্লা খায়দোক্লই ; মসি মতম কুইনগী মমাংদগী হৌনা চৎনরক্লবনি, মহুদি—(১) মীওই অমা ( মরনাই মী অমখক্তা ), (২) পরিবার ( ইমুং-মনুং ) (৩) শাগৈ ( কুল ) (৪) জাতি অমস্থং (৫) মীয়াম্গী কাংলূপ ( সমাজ )। কাংলূপ মঙাসিদা 'ধর্ম্ম' হায়বহু লিঙ্খৎনরিবনি। মাহাক্ত মসিদা মহয় য়াল্লিবনি। ধর্ম্মগী উদ্দেশ্যাদি ঈশ্বর ফংহনবনি। মাহাক্পু ফংননব লম্বী অনিনি—

১। বিদ্যা ( অমৃত )। ২। অবিদ্যা ( মায়া )।

১। অমৃত—অমাঙ-অতা নাইত্রব, মতম্ পুম্নমক্তা লেঙ্-দনা লৈরিব অহুবু ফংহনব ঙম্লিব—'জ্ঞান' অহু বিদ্যা কৌই। অসি নত্রগনা—অমাঙ্-অতা নাইত্রবহুবু মমুত্তানা খঙ্লহুনা মানা খুহুম্ চল্লিবা অহুবুস্থ ( ভক্তাধীন ) বিদ্যা হায়না খঙ্নগনি।

২। অবিদ্যা—মায়া হায়বসি করিনো ? হায়বা মমুত্তানা খঙদোক্পা অমদি মাবু নিংথিনা লাক্পশিনহুনা মাহাক্ত মশাগী ( সাধক্ অহুগী ) চাননা মথা পোল্হন্বা। হায়রিব লম্বী অনিসি আত্মজ্ঞান ফংননবগী অমদি ভগবানবু দর্শন ফংননবগী লম্বীনি। বিদ্যানা ব্রহ্মবু খঙ্হল্লি নত্রগা ফংহল্লি। অবিদ্যা

( মায়া ) বু থাদোক্লগনা সচ্চিদানন্দ ( পরমেশ্বর ) ফজি। নত্রগা পরব্রহ্মদা শৌন্‌খি। অবিদ্যাগী পাম্বৈনা মফম্-মতম্ পুম্নমক্তা আত্মা নত্রগা ভগবানবু দর্শন তৌজরদুনা—জ্ঞান অমদি শক্তি-নচিংবগী তুংনফম্ ওইরিব জগৎকী মবুঙোদুবু [ মান-মানা নীংজ-রুবা—পামজরুব মতুংইন্‌না ] গুরু-অপোকপ-অপোকপী-মচানুপা নুপী-মনাই-মরূপ-মপুরোয়ব-নুপী অসিনচিংব সম্বন্ধশিং অসিদগী অমা নত্রগা ময়াম্ ওইনা ফংজরিবনি। মখোয়সিগী খুদম্‌শিং রামায়ণ-মহাভারত-ভাগবত পুরাণনচিংবদা য়াম্ন য়াওরি। বিদ্যাগী উদ্দেশ্যনা শান্তিনি। অবিদ্যাগী উদ্দেশ্যনা প্রেমনি। বিদ্যা-অবিদ্যা অনি পূনব মতৌদুনা ভগবানগী প্রকৃতিনি। বিদ্যানা তাক্লিব লম্বীদু কায়দন চৎলগা বিদ্যামক্তা মশক্ ওইরিব পরব্রহ্মদু ফঙ্গনি। অবিদ্যানা তাক্লিব লম্বীদু কায়দনা চৎলগা অবিদ্যামক্তা মশক্ ওইরিব পরব্রহ্মদু ফঙ্গনি। অদুগা অমরোম্‌দা অমুক্ বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা অনিমক্ মশাদা পক্‌হনবা অমদি নিং-থিনা খুদুম্ চন্‌শিনবা ঙমজরব মীদুদি বাসুদেববু ফংলবনি। হায়রিব মীওইসিদি বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা অনিমক্কী থাংখৎলবনি ( অনি সিনা শোক্লবা ঙমদ্রবনি পুনশিনবা ঙমদ্রবনি )। বিদ্যাগী অরোয়ব পনথুংফম্ য়ৌগ্রব মীনা মসিমক্ ( বিদ্যাবু ) পাম্বৈনর-দুনা অবিদ্যাবু ( মায়াবু ) খুদুম চনশিন্‌বা ঙম্মি। ঋা অসি ঈশাবাস্যোপনিষদ্‌তা অসুম্না হায়রি—

অন্ধং তমঃ প্রবিশন্তি য়েঽবিদ্যামুপাসতে।
ততো ভূয় ইব তে তমো য় উ বিদ্যায়াং রতাঃ॥
অন্যদেবাহুর্বিদ্যয়া অন্যদেবাহুরবিদ্যয়া।
ইতি শুশ্রুম ধীরাণাং য়ে নস্তদ্বিচচক্ষিরে॥
বিদ্যাঞ্চাবিদ্যাঞ্চ য়স্তদ্বেদোভয়ং সহ।
অবিদ্যয়া মৃত্যুং তীর্ত্বাবিদ্যায়াঽমৃতমশ্নুতে।

—অবিদ্যাবু নীংলিব কাংবুনা অজ্ঞানতদা ( অমঙ্গরোম্‌দতা) চংশিল্লি মখোয়হু মিতাঙ্‌লবনি। বিদ্যাগী মহয় লৈ, অবিদ্যাগীসু লৈ। মহয় অনিসি তোঙাল্লৈ, অমগা অমগা য়েংশিন্ননদে। বিদ্যা অবিদ্যা অনিমকপু নিংথিনা খুদুম্ চনশিল্লব মী অদুতনা অবিদ্যানা মৃত্যুবু (শিববু) জয় তৌরগা বিদ্যানা অমৃতবু (অমাঙ্ অতা নাইদববু) ফংহল্লি।

মী পূম্নমকসি অহানবদা অবিদ্যা ( মায়া ) ভোগ তৌদুনা মঙোন্দগী ফংক্‌ম্ থোকপ পূম্নমক ফংলব তুংদা বিদ্যারোম্‌দা চংশিললি। মসিমক্ হৌনশা ওইরিব ক্রমবিকাশনি। নিংথিরব সাধকশিং, যোগীশিং, জ্ঞানীশিং, ভক্তশিং অমসুং কর্ম্মযোগীশিংনা মখোয় মখোয়গী লম্‌থুংকম্‌শিংদুদা য়ৌনকরগা অমুক হল্লক্লনা মীয়াম্‌দা পাউতাক পীরৈ, শক্তি হাপ্‌পিরৈ। ভগবানগী মপূম কারব অবতারনা নত্রগা অংশাবতারনা মতম্-মতম্‌দা নোঙ্গুম্বিরকদুনা পাউতাক পীবিরৈ। মীশিংদা শক্তি হাপ্‌পিরৈ, সাধুশিঙ্গী য়ৈথায়-থিন্‌গায় 'পুম্ব নম্‌থবিরৈ, অৱাব কোকপিরৈ।

অবিদ্যা-বিদ্যা, ভোগ-ত্যাগ, সংসারসিদা লৈন-লৈনা সন্‌ন্যাসী ওইবা, ইশামক্তদা (আত্মাদা) তেংবান্‌বগী জীব পুম্নমকপু উবা, মথোয়দা ঐহাক ইশামকুপু (আত্মামকুপু) উবা,ভগবান্‌দা জগৎপু উবা ঙম্নবা মতৌ অদুবুনি —"জ্ঞান" হায়রিদু ; মসিমক্ মীওইবগী অরোয়ব পন্‌পুংফম্ য়ৌনব অথোয়ব লম্বীনি, সাধকশিংনা তান্নরিবস্থ মাবুতনি। আত্মজ্ঞান অসি ফংনবা হোৎনবদা পুক্লিং হকচাংসি পিকথরকপা হায়বসিস্থ অচৌব পল্‌ অমনি। হকচাংসি ঐহাকীনি নত্রগা এহাক হকচাংসিমক্লি [হকচাংসিমক্ ঐহাক্লি] অস্থুম্না ইশাতগী ওইরব রাথল্‌ খঙবসিনা, পুক্লিং-হকচাং পিকথহল্লি। জগৎকী জীব পুম্নমকসি ঐহাক ইশামক্‌স্থনি, খন্‌বদি পুক্লিং-হকচাং চাওখংনবা [ পুক্সি চাওখৎনবা ] অহান্‌ব পাম্বৈনি। মীওইবা, মশামক্লা থেংনফম্ থোকপ অরা-নুংঙাই পুম্নমক্ মরিংজেল্‌ ফুদোক্লা থেংনজৈ।

হকচাংসিমক্ ঐহাক্লি, এদি মননি, ঐদি প্রাণনি, হকচাংগী পাঙ্গলসি ঐগী পাঙ্গলনি, হকচাংগী ফজবসি ঐগী ফজবনি, হক্‌চাংগী নুংঙাইবসি ঐগী নুংঙাইবনি, মনগী তথক্‌-তথক্‌পা মতৌ, নুংঙাইরবদা থোয়ন মকা লাম্বা মতৌ অদুগা মখল্‌ ম্নব বিষয়াশিং নিংঙাইদনা ভোগ তৌবতনা পুক্সিগী অরোয়ব উদ্দেশ্যনি, অস্থুম্ব অরান্‌ব রাখল্‌শিংদা নিঙাইদনা লৈথোক্লিবসিদি য়াম্না নেম্নব জ্ঞাননি। মসিদি খজিক মিকপ্‌ থোক্লক্‌পদা মঙাইরিবনি। থৌদো অসিবু আসুরী বৃত্তি—হিংচা রাইতম্বগী

অনেম্ব জ্ঞাননি, শীংথানৈ। থৌদৌশিং অসি হক্চাং-মন-প্রাণ মখোয়সি চাওখৎহন্নবগী অহান্ব থাক্থক্তনি, অনেম্বনি। মখোয়সি পাম্বৈনরগা মীওইব মশাদা শক্তি হেনগৎহনগদবনি অহুগী তুংদা মশাহু ভগবৎ সেবাদা কখোক্কদবনি। মরম অসিনা আস্থ্রী বৃত্তিবু (হিংবা-য়াইতম্বগী শাজৎপু) হান্না চাওখৎহন্বা হায়বসিবু মীওইব সভ্যতাগী অহান্ব চাওখৎপনি হায়নৈ কনাগুম্বনা। শাশিং, যক্ষশিং; হিংচাবশিং অমদি পিশাচশিং অসিনা চৎলিব লম্চৎ-শাজৎ রাখল্-নুংখল্ পূম্নমক্ অহুবুস্থ মীওইবনা মশাগী মরম্চৎনা অমস্থং অতৈ অতৈ থবক্শিংনা লোয়না ফোঙদোক্ই। মীওইবনা হায়রিব অনেম্ব অমোংপা লম্বীশিংসিদা হেক্ চৎপা য়াবমখৈ চৎলুরগা [সংসার বিষয়াশিংদা ঙম্বমখৈ চংশিল্লুরগা] কায়নথংদা মীয়াম্বু মশামক্কুম্না নুংশিরকই। ফত্তব [থৌদোনা মিৎ পাঙলব মীহুনা] মীওইবগী কান্নবগীদকক্তা মশাগী ওইজব থাদোরক্ই। মপুন্সিহু অস্থুম্না সেম্দোক্লব তুংদা অহান্বদা মশাগী পরিবারবু মশামক্কুম্না খল্লক্ই, মখোয়বু ঙাক্-শেন্বদা মথৎ্‌াই থাদোক্পা ফাওবা ঙম্মক্ই ; মহুমক্তদগী অচৌব পাউতাক ফংলহুনা মহাক্কী মিৎয়েং অস্থুম্ অস্থুম্ পাক্থোক্লক্ই। পরিবারদগী হেন্দোক্তুনা শাগৈগী মীওইশিংবু মশামক্কুম্না খল্লক্ই, মজাতি 'পূম্ববুস্থ মশামক্কুম্ন খল্লক্ই মখোয়গী মঙ্গলগীদমক্তা মশানা মশামক্পু কখোক্চরক্ই। চিত্তোরগী রাজপুতশিংগী বলিদান মসিগী খুদম্নি।

অহান্বদা অপিক্পা থাক্তগী হৌরগা মিৎয়েং অস্থুম্ অস্থুম্ পাক্থোরক্কুনা মরৌশিং মপুং ফারক্লব জ্ঞানগী মিৎ পাঙলব মী

অহুতনা পৃথিবীদা হেক্ লৈরিবা মীওইব জাতিগীদমক্তা মথরাই কথোক্লক্ই। মশাদগী হেন্দোক্তনা মচা-মুপী-শাগৈগী মীশিং ফাওবা কংথোক্লকুই অমস্থং কংথোক্হল্লক্ই। হায়রিব আদর্শ শিক্ষা মওং অসি বৌদ্ধ ধর্ম্ম অমদি খৃষ্টধর্ম্মগীস্থ মরু ওইরব শিক্ষানি। ইউরোপকী শিষ্টাচার চেংনা ঙাক্লহুনা নীতি কায়দনা চাওখংলক্লিব খোঙচংসিমক্স্থ হায়রিব শিক্ষা অসিগী মঙান্দগীনি। থাইনগী ইউরোপ মচাশিংদি মীওই অমনা পরিবারদা লুপ্শিন্বা, পরিবারনা শাগৈদা লুপ্শিন্বা হৈনরম্দে। মখোয়না মশা মশাতগী স্বার্থগী মমুংদত হিংনরম্মি, পুক্চেল্ চাউথোক্পা হৈনরম্দে। অনৌব মতম্গী ইউরোপ্ মচাশিংনা শাগৈবু জাতিদা, জাতিবু মীয়ামদা লুপ্শিন্বা হায়বসি, তৌগদবমক্কি, নিংথিজরব আদর্শনি থাজনরক্লে। টলষ্টয়নচিংব পণ্ডিতশিংনা অহুগা সোশ্যালিষ্ট, অনার্কীষ্ট-নচিংব রাজনৈতিক পদ্ধতিশিংনা হায়খ্রিব আদর্শ শিক্ষা হায়বদি পিক্লব স্বার্থগী সীমানুংদগী পাক্লব আদর্শ অমদা য়ৌখিনবা কন্না হোৎনরি। ইউরোপ্কী আদর্শগী ঙাংজনিঙাই থাক্তি মতাং অসিদা পূম্নোই লোয়রে। মখোয়দি অবিদ্যা (মায়া) তবু চেংনা থাজ-নীংজবনি অহুগা বিদ্যাবুদি মখোয়ন করিমত খঙদে। অন্ধং তমঃ প্রবিশন্তি য়েঽবিদ্যামুপাসতে — মিত্তাংবনা (জ্ঞান লৈতবনা) অমম্বদা অস্থুম্ অস্থুম্ চংশিন্খিবগুম্না অবিদ্যা (মায়া) তবু নীংলিবশিংনা অমম্বদা অস্থুম্ অস্থুম্ কা-হেন্না চংশিল্লি।

ভারতত্তদি— বিদ্যা অমস্থং অবিদ্যা অনিমক্ নিংথিনা নৈনৈ, মমৃত্তানা খঙ্নৈ। জ্ঞানীশিংনা অনি অসি নিংথিনা খুহুম্ চল্লি,

মখোয়না থাজে মহুদি অবিদ্যাতগী থবক থৌওংশিং হায়বদি 'পঞ্চ প্রতিষ্ঠা' পঞ্চভূত নত্রগা পঞ্চকোশকী থবকশিং অসি নত্তব, মখোয়সিদগী হেন্দোকু-থোয়দোকপ 'বিদ্যাপ্রতিষ্ঠা' হায়ব বিদ্যাতগী থবক-থৌরাং কয়া লৈরি হায়বদি বিদ্যাসিমক্না ময়েক-শেংনা ইঙ্গিং তৌহুনা তাক্লিব জ্ঞানগী মঙাল অহুত্তনা ভগবান্বু ফংহল্লি ফংবা ঙ৺ম্ন ভগবানবু খঙদনদি(ফংদনদি) অবিদ্যাবুস্নু খঙবা ঙম্দে, মহাক্পু খুহুম্ চন্বা ঙম্দে, [বিদ্যা পাস্নেনহুনা ভগবান্ ফংননবা থিরক্পদা লস্নীদা অহানবা থোঙ্ ওইনা অবিদ্যাবুস্নু খঙ্খিবা হৌনশানি]। অতোপ্পবু ইশামক্তুম্ খল্লিবা হায়বদি ঐহাক্না অতৈ মীওইবগা চপ্মান্নৈ হায়বা লেপ্লব (সমদর্শী) অহুতনা ভগবান দর্শন ফংজরিবনি।

ইশা ফহনগদবনি, ইশা ফরবদি পরিবার ফরবনি, পরিবার ফরবদি শাগৈস্নু অহুম্মফরবনি, শাগৈ ফরব তুংদা জাতি ফননব হোংনগদবনি. ইজাতি ফরব তুংদা মীওইব জাতিগী ফননব হোংনবা লায়না মহয় য়াল্লি, য়াফম্ অসি আর্য্যশিংগী শিক্ষাদা সামাজিক ব্যবস্থাদা মপূং ফানা লৈ। স্বার্থত্যাগ হায়বসিদি আর্য্যশিংগী লূ-তোংদা পকথ্রব হৈনবীনি। পরিবারগীদমক্ত ত্যাগ তৌবা, শাগৈগীদমক্ত ত্যাগ তৌবা, সমাজগীদমক্ত ত্যাগতৌবা, জাতিগীদমক্ত ত্যাগ তৌবা, মীওইবগীদমক্ত ত্যাগ তৌবা অস্নুম্না মথং মথং কাখৎলক্লগা অরাংব আদর্শ য়োৌগদবনি। মসিগী শিক্ষা মহা-ভারততা, গীতাদা, রাজপুতনাগী ইতিহাসতা, সাধু রামদাসকী 'দাসবোধ'তা য়াম্ন য়াওরি। মখোয়সিদা ত্যাগকী মগুণ শীংথারি।

'বিদ্যা'বু ফংননবা হোৎনরক্পদা অহানব থোঙ্ ওইরিব 'আবিদ্যা' বুস্থ ফংবা তাই, অদুবু মাগী (অবিদ্যা মায়াগী) লম্লোংদা শুক্কত্তুনা ঙাকুচাননা লৈরিঙৈদা ত্যাগকী রাংলব শিঙ্কাদু ফংবা ঙম্মদে। দোষ অসিমক্তনা ভারতবাসী মশাগী ধর্ম্মদগী লৈখা তারে, অরাব তারে, অরানববু অচুম্বগুম্ খনদুনা মদুদা তাওদুনা লৈরে। অবিদ্যাবু লাকুশিনবা ঙম্দরে ; বিদ্যাবু ফংবদি য়াম্না থাপ্প্রে।

---

শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরিব রাজনীতিগী উদ্দেশ্য।

ভারততা তারিব মীয়াম্সি অচৌবজাতি অমতগী মীশিং নত্তে। পিক্লব অমস্থং চাউরব জাতি ময়াম্ন লমদম অসিদা খুন্দাদুনা শীনব থুংনা লৈরিবনি ; অদুম্নদি ওইরগা জাতিময়াম্ অসিদা য়াম্ন ঙল্লিঙৈ মতম্দগী হৌন চপ্মান্নব সভ্যতা অমখক্, সংস্কৃত কৌব লোল অসিমখক্ অদুগা লুহোংবগী পথাপ্ অমখক্তমক্ লৈরক্ই। জাতি ময়াম্গী মীয়াম্ অদুবু অমত্ত ঙাইরব নীতি-নিয়ম্শিং অসিনা চেৎনা পুন্দুনা থম্লক্ই। মদুবু মীয়াম্না পুক্চেল্ তিংনা রাখল্ মান্নিনা লৌনরক্ই। তোঙান্-তোঙানব জাতিশিংগী মীয়াম্সিদা 'একতা' লৈহন্নবগী অকনব শক্উদব করিগুম্ব শক্তি অমনা কন্না থবক্ তৌরক্ই। মতম্ অমদা কুরুদেশনা, করিগুম্বদা পাঞ্চাল দেশনা, করিগুম্বদন অমুক্ কোশল দেশনা অদুগা করিগুম্বদনা মগধ জাতিনা ভারতকী

অশ্ূপ্পা নিংথৌ ওইহনা হায়না হুয়া লৈবাক ঙাক্ুনা পাল্-লশ্মী। লৈবাক্ ঙাক্লোলগী রাফম্শিংসিনা জাতি মান্নব মীয়াম্বু অমত ওইনা পুন্শিন্হবা হায়বসিদি অরায়বনি, তম্লবনি অহনা মরা চেঙবনি, মতম্ কুইনা কান্নদবনি। মসিদগী হেন্ন লুরিব, মীওইবগী পুক্লিং-রাখলদা, লু-তোং ফাওবদা চুশিন্খ্রব রাফম্ কয়া লৈরি, মখোয়হুদি চাম্থোক্পা কোক্তে। হায়রিবা রাফম্-শিংহুদি শাগেগী ধর্ম্ম অমস্তুং স্বাধীনতা অনিসিনি। পিরুব মী কাংলূপ্ অমথক্তগী স্বার্থ অসিমক্তনা মীয়াম্গী অপূনব 'একতাবু' খক্ মরাচেংহন্দে। হোংনরুব খুদিং মায় পাক্তে। হিরম্ অসিদা নুংঙাইরবা রাফম্ অমস্তু লৈরি মহুদি-ভারততা মীয়াম্গী একতা থম্নবা হোংনবা, য়েক্ল-তিন্নং লৈত্রব সাম্রাজ্য অমা লিন্নংনবা হোংন্বা হায়বসি পুণ্য কর্মনি অহুগা নিংথেম্-মচাগীদি তৌফম্ থোক্পা মথৌনি। নিংথৌ অমগীদি য়েক্ল-তিন্নং লৈত্রব সাম্রাজ্য অমা লিংখংতুনা প্রজা মীয়াম্হু পুক্চেল তীন্ননা লৈবাক্ মরা তপ্না পান্বা-পান্মিন্নবা হায়বসিমক্ অচৌবা পুণ্য কর্মনি, মপুন্সি মহয় য়াল্লবনি, অস্থুম্না চেংনা থাজনরিবনি। অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু ভারতকী একতাগীদমক্তা অস্তুক্কী মতিক্ কন্না মীয়াম্না হোংনরক্ই মহুদি য়ুধিষ্ঠিরনা সাম্রাজ্য লিন্নংলক্পহুদা চেদিরাজনা তেংবাস্কি পুণ্যকর্মনি নীংলহুনা। ভারততা একতা থম্বা, ধর্ম্মরাজ্য লিন্নংপা অসিমক শ্রীকৃষ্ণনা শাঃরিব রাজনীতিগী উদ্দেশ্যনি। মগধ লৈবাক্কী রাজা জরাসন্ধনা ভারততা একতা থম্নবা সাম্রাজ্য লিন্নংনবা কয়ারক্ হোংনখ্রবনি,

মহুদা মহাক্লা কা-হেন্না শক্তি লান্না শীজিন্নখি, অধর্ম্ম কয়া অত্যাচার কয়ামরুম পাম্নে ওইনখি; ফত্তব পাম্বেশিং শীজিন্নক্ল-বমক্তনা জরাসন্ধ মশানা পাম্জবহু ফংখিদে। শ্রীকৃষ্ণনা জরাসন্ধগী মপুন্সিহ্ ভীমগী মখুত্তা লোয়শিনহন্খি, মানা পাম্জরম্ব সাম্রাজ্যহুস্থু জরাসন্ধগা লোয়ননা মাঙ্মিন্নখি। অস্মুম্ব মতম্ অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা শান্ননীংলিব নীতিদা মপূং ওইনা মৈখায়রিবদি কুরু শাগৈনি। জাতিসিনা লমসিদা মতম্ শাংনা লূচীংহুনা লাকুই। মসিবু ইংলিশতা Hegemony কৌই; হায়বদি অধিকার' পুম্ব ইমান্ মান্নমা পূম্নমক্ মনীং মথা তম্না পাঞ্জরিব জাতিশিংবু লূচীংহুনা পাল্লিবা (কনাগুম্ব অমা) হায়বনি। অস্মুম্না সাম্রাজ্যবাদী লুচীংব অমা ওইনা মীয়াম্ব শাসন তৌহুনা পান্বা কুরু শাগৈ-সিদি চহি মতম্ য়াম্ন শাংনা হৈনরক্লবনি। জাতিসিদা চেল্লিবা মপাঙ্গল অমদি মহয়নচিংবগী নাপল অসি মমু মৈথেক্তিমখৈ ভারততা একতা থম্বা য়ারোই [ধর্ম্ম সাম্রাজ্য লিংখৎপস্থু য়ারোই] রাফম্ অসি শ্রীকৃষ্ণনা মমুত্তানা খঙ্লম্মি; মরম্ অসিনা মহাক্লা কুরু শাগৈ মাঙ্হল্লগে, রাশক্লম্মি। অসিদগী থোয়দোকপ অমনা ভারত সাম্রাজ্য অসিদা কুরু বংশ অসিগী মী-রোল্ কয়া-মরুম্দগী ফংজরক্লব মরা চেৎলব অচৌব অধিকার অমা লৈরি হায়ব শ্রীকৃষ্ণনা খকু কাওরম্দে। মমৈথংদা মহাক্লা যুধিষ্ঠিরবু কুরুবংশগী নিংথৌ ওইহন্খি। মরম্দি মহাক্ল শাগৈহুগী লাইনা থাব নিংথৌনি লুচিংবনি। শ্রীকৃষ্ণ য়াম্না ধর্ম্ম লৈবনি। মহাক্লা ফনা ওম্হুনম্বু, ফনমক্ নুংশিজহুনস্থু মশামক্কী শাগৈ—যহু শাগৈবু কুরু শাগৈগী মহৎ শীনহুনা পাল্হম্বা খকু হোৎনখিদে। [অসিদস্থু

নত্রি] যুধিষ্ঠীরবু থৈদোক্লগা চান্নরব অর্জুনবু নিংথৌ শক্ হাপ্‌খিদে। যুধিষ্ঠিরবু শাগৈ অহলনি, হায়বতনা নিংথৌ হেক্তা হাপ্‌পস্নু নত্রি, অদু ওইরম্লবদি অকায়বা কয়া লৈ। লৈবাক্ অসিগী মমাংঙৈদগী চংনরকৃইব চংনরোলশিং য়েংবদা অমদি মঙোন্দা চেল্‌লিব অফব মগুণশিং য়েংবদা যুধিষ্ঠির নিংথৌরেল ওইবা মতিক্ চাই। নিংথৌরেল অমা ওইবা তারবদি মশাদা ধর্ম্ম চেন্‌বা তাই, ধর্ম্ম ঙাকপা তাই, মাগী মরম্‌চৎ স্বভাব অদু মীয়াম্ন পাম্নব ওইগদবনি, চেকশিন্‌না লৈবাক্ ঙাকদবনি। হায়রিব গুণশিং অসি যুধিষ্ঠিরদা লোয়না লৈ। মহাকুসি ধর্ম্ম পুত্রনি, থৌজাল্ লৈবনি, সত্য-রাচুম্ শুবনি, হাশক্-প্রতিজ্ঞা ঙাকুপনি অদুনা মাবু প্রজা মীয়াম্ন পুকৃচেল্ তিংনা পাম্নবনি। মঙোন্দা করিগুম্ব অরাৎপ-অশোন্‌ব শর লৈবা থোক্লবস্নু মদু ভীম অর্জুন অনিনা কনামত্ত খঙ্‌হন্দনা খুম্‌জিল্‌লি শাসনদা করিগুম্ব ছিদ্র অমত্তা লৈহন্দে। মতম্ অদুদা পঞ্চ পাণ্ডবকা মান্ননা লিংবা অতৈ অমা লৈরম্‌দে। করিগুম্ব জরাসন্ধদু কন্‌থৎলকদরা চিংনদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মাবু লোয়শিন্‌হন্‌খিবনি, যুধিষ্ঠিরবু থায়নঙৈদগী চংনরক্ প 'রাজসূয় যজ্ঞ' পাঙ্‌থোক্‌হন্‌খি, অসুম্ন নিয়ম চুম্না ফোঙ্‌না নিংথৌরেল ওইহন্‌খি।

শ্রীকৃষ্ণ ধর্ম্ম লৈবনি, রাজনীতিস্নু হৈবনি, লৈবাক্ অসিগী মহৌশাদগী লৈজরকৃপ ধর্ম্ম অমদি চংনবীশিং ইকায়-কায়হন্দনা মানা পাম্লিব উদ্দেশ্যশিংদু ফংননবা হোৎনখিবনি। ভারততা থায়নদগী চংনরক্লিব নিংথৌ ওইনব চংনবী অসিদা করিগুম্ব

দোষ অমদি মরৈ। খুদম্ ওইনা—রাজসূয় যজ্ঞ তৌরহুনা অকন্ব লানফম্ জয় তৌরগা নিংথৌরেল্ ওইনখ্রিবশিংহুগী মচা-মস্নুশিংহুনা নিংথৌ খুভম্ ফংলহুনা নিংথৌ ওইরগা—করিগুম্ব মপাঙ্গল শোন্থ-রক্লবদি মঙোম্দা নিংথৌ ওইবগী মগুণশিং লৈরক্লবদি মকোক্কী লুহুপ্ ইরায়-লায়না লৈমায়দা তাবা তাবনি। মখোয়নবু কম্দৌনা মীখা পোন্না হিঙ্গনি? রাজসূয় যজ্ঞ তৌরগা নিংথৌরেল ওইবা হায়বসিদি শাগৈগী ওইনা ফংবা অধিকার নত্তে, মসিদি মপাঙ্গল কন্বতনা তেঁজবনি। মরম্ অহুনা পাঙ্গলতনা ফংবা সাম্রাজ্য পাঙ্গল ময়েং তারক্লগা মাগা কোন্ননা মাঙ্মিন্নখিবা হৌনশানি, কুইনা পান্বা য়ারোই।

শাগৈগী মচিন্নাওশিংনা খম্বল্লহুনা মাগী মায়য়োক্তা থবক্ কয়া তৌরকখি। যুধিষ্ঠিরবু নিংথৌফম্দগী তাহন্খি। মহুগী পাওখুম্ ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্ব ধর্ম্ম কায়ব থবক্ অমত পাণ্ডবপু তৌহন্খিদে। যুধিষ্ঠিরনা লৈখাতারকপা অমদি দ্বাপরযুগতা নিংথিনা মহয় য়ান্না শীজিন্নব য়ারম্ব রাজনীতিহু কলিযুগ অসিদদি চংনবা য়াররোই অসি পুম্নমক্ শ্রীকৃষ্ণনা খঙ্লম্মি। মরম্ অহুনা কলিযুগকা চানরবা নীতিশিং হায়বদি—ভেদনীতি, দণ্ডনীতি অনিনা মপূং ওইরব রাজনীতি শান্নরহুনা নাপল চাউরব ক্ষেত্রিয় মচাশিং নম্থরগা ধর্ম্ম সাম্রাজ্য অমা লিঙ্খৎলম্বনি। মখোয়গা মহৌশ্যাদগী য়েংথিনরকপ পাঞ্চালবু কুরু শাগৈগা লান্থেংনহন্খি। ভারত একতা পাম্জবা, ধর্ম্মরাজ্য লিঙ্খংপা পাম্জরিব যুধিষ্ঠিরবু দুর্য্যোধন্হোয়গী মায়য়োক্তা থবক্ তৌহন্খি শ্রীকৃষ্ণনা। কৌরব

পাণ্ডব কাংবু অনিসি সন্ধি তৌনবা য়ারোয় করিগুম্ব য়ানরক্লবস্থু মহু তুংকোয়না খক্ লৈরোয়, হায়বা মুন্না খঙ্লম্মি। অনিহু সন্ধি তৌহন্নবা খজিক্ হোংনক্লবতনি, মহু খক্ মহয় য়াল্লোই হায়বস্থু মাহাক্ অহুম্ মনীংশিংলিবনি। কুরুক্ষেত্রগী লালজাউ শ্রীকৃষ্ণগী রাজনীতিগী মহয়নি। কুরু শাগৈ মাঙ্খিবা, ক্ষত্রিয়মচা লোয়শিন্বা, য়েক্লব লৈত্রব সাম্রাজ্য লিঙ্খৎপা, ভারততা চেংলব একতা থম্বা; মখোয়সি শ্রীকৃষ্ণগী রাজনীতিগী উদ্দেশ্যনি। মহুগীদমক্তা ধর্ম্মরাজ্য লিঙ্খংনবগীদমক্তা শক্তি লৈরব অর্জুন অসি লাইমক্লা থারক্লবনি! মাহাক্লা চাননা লালগী—খুংলাই পূম্থা-থাদোক্লম্লবদি শ্রীকৃষ্ণগী রাজনীতি মহয় য়াল্লম্মোই। ভারততা একতা লৈরম্মোই, লম্সিগী তুঙ্গী করিগুম্ব লংলব ফিদম্বিঙাই আশা অমঙা ভাবনা শানিঙাই লৈরম্মোই।

---

মচিম্মনাও হাংনবা অমস্থং শাগৈ মাঙ্খিবা—

অর্জুন্না পুখৎলক্লিব রাকম্ পূম্নমক্ মশামক্কী শাগৈগী কান্নগদবত য়েংহুনা হোদোরকৃপনি। মজাতি 'পুম্বগী হায়বদি ভারত্তা লৈরিব মী'পুম্বগী[নত্রগা পৃথিবীসিদা লৈরিব মী'পুম্বগী] কান্নিঙাই রাখলদি মাহাক্ মতম্হুদা থন্খিদে। মশাগী শাগৈতবু নুংশিজক্লব রাখল্না মপুক্লিংহু হুম্হুনা পুখি। অওইবমক্লি—কুরুশাগৈ নুংশিজক্লবা অমদি মখোয়গী কান্নগদবতা খল্লুবনা অর্জুন্ মতম্ তাঙ্গাহুদা ভারত পূম্নমক্কী কান্নগদব রাকম্শিংবু তুংওইনখি।

মাহাক্ "অধর্ম্ম" কিবদগী ধর্ম্মবু থৌশাক্লদ্রে, খল্লুদ্রে, থাদোক্লগে থৌরাংলুরে। মাহাক্কী থৌদোমতা অসিমক্তি মহাপাপ্নি।

অর্জুন্না লালগী খুংলাই চাননা থাদোক্লম্মবা অদুগা দুর্য্যোধন্না ভারতকী নিংথৌরেল ওইনা অস্তুপ্পা শক্তি পায়রম্মবা অদু ওইরম্মবদি ফজবা পূম্নমক্ মাঙ্লমগনি। মাহাক্কী তুকচ্চনরব মরম্চংশিংদুনা ক্ষত্রিয় মচাশিঙ্গী আদর্শ চরিত্র পুম্নমক্ লোয়না নম্বাত্তনা মাঙ্হল্লমগনি। ভারতকী শাগৈ মচা-মচাশিং মশা মশাগী স্বার্থত মখল্লরমগনি, মহৈ-মহৈ য়াম্ন য়েংথিনরমগনি, মাঙ্মিন্নরমগনি। লম্ অসিদা শক্তি লৈরব ধর্ম্মরাজ্য অমা লিখ্খংপা য়ারম্মোই। আর্য্যসভ্যতা পূম্মাঙ্মাঙ্লমগনি। শ্রীকৃষ্ণ অমস্তুং অর্জুন অনিনা লিখ্খংলম্মিব ধর্ম্মরাজ্যসি মাঙ্খ্রবদি চহি লিশিং অনিরোম্গী মতুংদা ভারত্তা থোক্লকপ য়াবা উপদ্রবশিং অমদি মীওইবগী মাঙ্নিঙাই থৌদো কয়ামরুম্ হায়রিব মতম্ অদ্বাইমক্ত-দগী লেপ্নমক্ হৌরম্লগদবনি !!!

মচিন্নমনাও হাংনবা, শাগৈ মাঙ্খিবা, জাতি পূম্ব তূম্না মাঙ্খিবা—অসিনচিংব ফল্লব থৌদৌশিং (মহয়শিং) অসি কুরুক্ষেত্রগী লালজাউনা থোকুহনবনি। লালজাউ অসিমক্ কলিযুগ হৌরক্লব লমজীংব মরম্নি, মাগী ব্রাহৌদোক্নি। শ্রীকৃষ্ণনা কৌরব-পাণ্ডব কাংবু অনিদু সন্ধি তৌনহন্নবা য়াম্ন কন্না হোৎনরম্মি। পাণ্ডব মঙাগী লৈফম্ খুঙ্গং মঙাখক্ ফংলবদি মখোয় লাল তৌররোই, অসিয়ৌনা হোৎনক্লরবনি। ফিভম্ অসিদা য়ানরম্নবদি শ্রীকৃষ্ণনা ধর্ম্মরাজ্য অমা লিখ্খংনীংলিবদু ওম্লমগনি; অদুবু দুর্য্যোধন্না

য়েতুম্ মতোন্দা পক্পা লৈপাক্ লৈরিক্ অম ফাওবা পাণ্ডবতা পীরোয় হায়না শিখাং-খাংডুনা লৈপ্রবদুদা ভারত ভূমিগী ভবিষ্যগী ভাগ্যদু লালজাউ অদুদা শীন্নবা তাখি। মাহাক্না তুংগী ফিভম্ লেপ্পা তাখি। অদুমক্ নংলমদ্রবদি অধর্ম্ম চাউখংলম্গনি, "ধর্ম্মরাজ্য" লিঙ্খংপা য়ারগ্নোই। পরিবারগী কান্নগদবদু জাতিগী কান্নগদবদা অমদি জগৎ পুম্নমক্কী কান্নগদবদা লুপ্শিনহন্গ-দবনি। মচিন্মনাও অমদি পরিবার নুংশিবগী হাখল্তদা লুপ্তুনা মদুদা পেন্দ্না লৈথোক্পা অদুগা মদুমক্তুনা মরম্ ওইরদুনা মী কোটি কয়ামরূমগী তুঙ্গী পুন্সি মাঙ্হন্বা মতারবদি মদু থোক্কুব শীল্লুরিব মী পুম্নমক শাগেগা লোয়ননা নরক্তা তায়।

চুম্মি, কুরুক্ষেত্র লালজাউসিনা কৌরব-পাণ্ডব শাগে তূম্না মাঙ্হন্খরে; অদুম্দি ওইরগা শাগে-অসি পুম্তুম্-তূম্খ্রবস্থু করিগুম্ব ভারত লৈবাক্ অসিমা কল্হৌবা য়ারবদি—কুরুবংশ মাঙ্খিবদা করিস্থু অমাঙ্বা ওইদ্রি, মদুনা থোয়নবু কান্নরি। পরিবার মনুঙ্গী মীশিং অমগা-অমগা নুংশিননব প্রেম্ (মায়া) হায়ব অমা লৈ। মদুমক্তুনা শাগে মীশিংস্থু অমগা-অমগা নুংশিনৈ [ নুংশিনহল্লিবনি ]। হায়রিব প্রেম্ অসিদগী থোয়দোক্ন য়াম্ন ব্রাংলব আদর্শ প্রেম্ ( মায়া ) অমা লৈরি, মহাক্মক্তি য়াম্ন মগুণ লৈবনি। মাহাক্কী থৌদৌ মতাদি অসিনি মদুদি—"ইরৈবাক্ ইজাতিগী মফম্দা করিগুম্ব ফত্তব অমত্তা তৌরোয়, অমাঙ্বা থবক্ অমত্তা তৌরোয়, ইরৈবাক্মচাশিঙ্গা য়েংথিনরোয়, কনাগুম্ব মীনা ঐহাক্ ইশাগী করিগুম্ব মাঙ্ননব অমা তৌরক্লবস্থু নত্রগা ঐহাক্কী

আততায়ী ওইনা য়েংথিনরক্লবদস্সু—নত্রগা দেশ পুম্নমক্কী মাঙ্‌হনববু তৌরক্লবদস্সু অহুম্ব মীশক্ অহু লৈবাক্ অমগুদা হৌমিন্-কামিন্-নবনি, লৈমিন্নবনি, ইচিন্ইনাওমক্কি খন্না নুংশিনক্ষম্ থোক্কই অহুগা মাহাক্লা ঐভোন্দা ফুরক্লিব চৈকু পুম্নমকুস্সু খাঙ্গগদবনি। থৌদৌ অসি বৈষ্ণবী মায়াগী ফজরবা আদর্শনি। ধর্ম্মনা করিনৌ, অধর্ম্মনা করিনৌ? হায়না পংখন্দ খন্হুনা হেক্ নুংবংনবমথৈ লৈথোক্লবদি মীহুগী মরৌশিং-মবুদ্ধি মাঙ্‌শিল্লক্কই। মসিমক্কি পরিবার নত্রগা শাগৈ নুংশিনব হায়রিব প্রেম্ (মায়া) গী শুঙ্কাং হাখল্ অসিদগী পোক্লকপনি। ইশাতগী স্বার্থ থিবা, ইরৈপাক্মচা-শিঙ্গা য়েংথিনরুবা 'অধর্ম্মনি'। কনাগুম্ব ইরৈবাক্মচা অমমা অপোকপী ইরৈবাক্ অসিমক্কী মাঙ্‌হনব তৌরক্লবদা—মহুবু য়েংহুনা তুমিন্না লৈথোকপা নত্রগা মাবু শৌগংলুবা মহাপাপ্নি, অধর্ম্মনি।

ভারততা পাল্লম্ব পাঙল্ নিংথৌশিংবু শৌগংলম্ব ভারত মচাশিংবু মরৈবাক্ নুংশিজরব শিবাজী মহারাজনা লোয়শিন্খি। মাহাক্কী থৌদৌ অসি হেন্মল্লি, মখোয়না ফনা লাল্লবস্সু তুমিন্না য়েংহুনা লৈথোকদবনি, অস্মুম্ন হায়নবস্সু য়াওই। মসিদা খন্থগদবদি মহারাষ্ট্রসিদা পাঙল্শিংনা পানহুনা মরাচেংনা লৈরবস্সু মারাঠী অমগা অমগা প্রেম্ কায়নদনা চান্ননা লৈমিন্নরগা লোয়রে, অস্মুম্না পেনহুনা লৈথোক্লম্মবদি মীজাতিনা শোয়দনা নোক্লগনি। আমেরিকান্শিংনা মীনাইপ্রথা মুখংনব অকন্ব আন্দোলন্ তৌরম্মি, মী কয়া শিখি। থৌদৌসিবু পাল্লা? ইরৈবাক্মচা মশেল্ লাল্শোক্লহুনা হাত্তোক্লবদগী জাতিগী কান্নবা

থোক্প য়াওই, মতুগী মহৱহু অস্নুম্-অস্নুম্ পাক্থোক্লক্তুনা মমৈদদি জগৎ পূম্নমক্কী কান্নরব মহয় ওইরক্ই। ইরৈবাক্মচা মশেল নত্রগা ইজাতি মশেল মাঙ্হননখিবগী অমাঙ্বদগী জাতি পূম্ব [মমৈদ জগৎ'পূম্বগী] কান্নগদব মহৱহুবুনা থোয়ন হেন্ন লুম্না খন্নগদবনি।

মহাভারত মতম্দা ভারততা ঙসি খঙ্নরিব "জাতি" অসি লিংদ্রি। করিগুম্ব নিয়ম্-পথাপ্ ঙর ঙাক্লা চত্তুনা মতুগী শাসন্ মখাদা চপ্মান্ননা হিংমিন্নরিব [রাজনীতি মিংয়েংদা মপান্-থোংতগী ওইব মান্নব মতৌ খরা লৈবা উরিব] মীয়াম্ অত্তুবু "জাতি অমনি" হায়না খঙ্নরিব চৎনবিহু মহাভারত মতম্দা চৎনরম্দ্রি। মরম্ অসিমক্তনা শাগৈ পূম্নমকৃসি মীওইব জাতিগী পূন্ফম্নি—মীয়াম্গী কেন্দ্রনি, লৌনরম্নি। অহুমকুনি—ভীষ্ম, দ্রোণনচিংব মহৈ য়াম্ন হৈরবশিংসিনা পাণ্ডবকী মথক্তা লালহৌ-রম্নিবহু। খংনরিব হাফম্ অসিমক্তি পাণ্ডব কাংবুনা পুম্চুম্ চুম্নি, মখোয়দি ধর্ম্ম কায়জদবনি হায়বা অহললোল্ অসিনা মুন্না খঙ্লিবনি; অসিগীস্মু মথক্তা—অনৌব সাম্রাজ্য অমা লিংবা তারবদি ভারত'পূম্বসিদা একতা মরা চেংনা লৈহন্দবা য়াদে, মসিমস্তু মখোয়না তত্তনা নীংশিংলিবনি। শাগৈ হায়বসিমক্—জাতিগী তুংনফম্নি, ধর্ম্মগীস্মু লেম্জনা (আদর্শ ওইনা) মহয় য়ান্নফম্স্নুনি, অতুনা শাগৈ মাঙ্লবদা ধর্ম্ম কন্দুনা থম্বা অমস্মুং জাতি লিংহুনা নিংথিনা পান্দুনা লৈবা ওইথোক্তবনি, হায়বসিস্মু অহললোন্ শিংহুনা লেপ্নমক্ নীংশিংলম্নিবনি। মসিমক্তি 'ভ্রমনি'।

হায়রিব 'ভ্রম' অসি অর্জুন্দস্থ চুরম্মি, মহাকুস্থ [ অহান্বদা ] শাগৈতনা অথোয়বনি থাজরম্মি মসিতনা অরোয়বগুম্ খল্লম্মী। অনৌব যুগ অসিদদি ধর্ম্মগী লেম্জনফম্ অমস্থুং মাগী তুংনফম্ জাতিতনা মপুং ওইনরি। যুগ অসিগীদি জাতিবু ঙাকৃপা, মাবু মাঙদনব শেন্নবনা মরুওইব ধর্ম্মনি নত্রবদি মহাপাপ্নি। চাউরব মী কাংলুপ্ ( বৃহৎ মানব সমাজ ) অমা লেপ্নমক্ লিজ্বংনরক্প যুগ অমা লাক্খিবা য়ারি; অদুমক্ মওইরবদি জগৎকী অচৌ-অচৌব কর্ম্মীশিংনা, জ্ঞানীশিংনা, জাতিদুবু ঙাকুনবগীদমক্তা অকন্ব লালফম্ শোয়দনা থেংনরগনি। অস্থুম্না থাজনবা য়াই মহুদি শ্রীকৃষ্ণ মশামকুস্থ অচৌব আন্দোলন্কারী অমা ওইরদুনা অতোপ্পা অনৌব কুরুক্ষেত্র লান্ফম্ অমা শেম্বিরদুনা জগৎকী মঙ্গলগীদমক্তা য়াম্ন কন্না হোংনবিরক্খিগনি।

---

শ্রীকৃষ্ণগী রাজনীতিগী কান্নবা—

অহান্বদা, থৌজাল্-হাখল্ মখা পোল্লুবনা অর্জুন্না মখোয়গী শাগৈদু মাঙ্বা ভারে হায়না চপ্থুংনা থাজরম্মি। লাম্মী তেঙ্গোল্ অসি উরুবদা মহু হৌনশানি। শাগৈতগী ফননব হা খন্বা হায়বসিস্থ মহাভারত যুগকী ভারতবাসীশিঙ্গী হৈনবীনি। ঙসি বৃটিশ ভারতসিদা ইজাতিগীদমক্ ফননব হাখল্ খন্নববু ভারতবাসী পুম্নমক্কী তঙাইফদব অমা ওইরক্লিব অসিগুম্হনি। শাগৈ'পুম্ব মাঙ্বগা লোয়ননা জাতিগী সন্মান্ পুম্নমকুস্থ মাঙ্গ্রগনি।

মীয়াম্না হায়নরি—"অর্জুন্না লাল হৌরম্‌দায়দা কিখি।" কুরুক্ষেত্র লাল অদু ভারত লৈখা তাননবগী অমদি মীখা পোন্ননবগী মরম্মক্ ওইনখরে। মরিংজেল মথৌনা ফরব অমদি অতৈ-অতৈ গুণ কয়া চেল্‌লব ক্ষত্রিয়বংশ পূম্নমক্ মাঙ্‌খ্রবদা মখোয়গী তেজদু মুংখ্রবদা ভারতসিদা অমঙ্গল কয়া থোক্লকুই।

ভারতকী হিন্দু শিষ্য ময়াম্না মখোঙ্‌শোক্ল খুরুম্নরবী মীরৈবাক্ নুপী অমনা অস্নুম্না য়াম্না থাজনা হায়রম্মি—"ভারতকী ক্ষত্রিয়-মচাশিংনা (মখোয়গী তেজ শক্তিনা) মরায় চায়থরক্লবদা বৃটিশনা লম্‌সিদা মখোয় মশাগী সরকার লায়না লিঙ্খৎপা ঙম্‌খিবনি; মরম্ অসিমক্তনা লম্‌দম্ অসিদা ভগবান্না অবতার লৌখিবনি; মরায় চায়থরক্লিব শক্তিদু অমুক্ নৌনা হাপ্‌কৎপনা মাহাক্কী অবতারগী মপুং ওইব উদ্দেশ্যনি, হায়বা তায়।" হায়রিব রাফম্ অসিমক্তি নত্তে, অমনি। ঐখোয়না অচেৎপ মতকা লোয়ননা অস্নুম্না হায়-নীংই মদুদি—"ক্ষত্রিয় শক্তি শোন্‌থরকপমক্তনা লম্‌সিদা বৃটিশ সরকার লিঙ্খংখিবা নত্তে, মদুদি মতাংচানদ্রব রাফম্নি। নৈনরিব রাকম্ অসি মুম্না খঙ্‌দনা ইচম্‌চম্না শ্রীকৃষ্ণগী রাজনীতিদা দোষ লৈরে, হায়নীংবনি। শক্তি লৈবত্তনা লৈপাক্ শাসন তৌগদবনি হায়বসিদি (অস্নুম্ন শাস্ত্রব রাজনীতি মশাক্সিদি) ম্লেচ্ছবিদ্যানি, অনার্য্যাশিঙ্গী পুক্লিং রাখল্‌তগী পোথোক্লি। অনার্য্যাশিংদি হিংচা য়াইতম্ব পাঙ্গল্‌তবু (আসুরিক শক্তিতবু) মশামক্কী চানব মপাঙ্গল্‌নি, থাজই। অতৈ অথুপ্‌প মপাঙ্গল (আত্মবল) অম্না লৈরি হায়বা মখোয়না খক্ খল্‌লুদে। হিংচা-য়াইতম্বগী পাঙ্গল

(আস্থরিক্ শক্তি) অদুতবু স্বাধীনজীবন্‌গীদমক্ মরুওইবনি, অস্থুম্না মখোয়না থাজৈ অদুগা মসিমক্ জাতি অমা হিংননবগী মরু ওইরব য়ুম্ফম্‌স্থুনি হায়না লৌই।

স্থপ্‌নগী ক্ষত্রিয় তেজতনদি (ক্ষেত্রিয় মচাশিংগী মথৌনা মরিংজেল্‌তনদি) "ভারত জাতিগী তেজ" মপূং ফাদে, নিংথিনা ঙান্‌বা ঙম্‌দে। ব্রাহ্মণ-ক্ষত্রিয়-বৈশ্য-শূদ্র অস্থুম্না মীখল্ মরি খায়দোক্লিবসিমক্ ভারতবাসীশিংঙী য়াম্না লেম্‌জনিঙাই থৌদৌনি [মপূংফানা মিকপ্‌থোক্লব জাতিগী হৌনশানি]। মসিমক্তি মীওইব জাতিগী খ্বাইমক্কগী রাংলব নিংথিন ফিদম্নিঙাই ওইরব খল-পরিং অমা শাগৎপনি। সত্বগুণনা মপূং ওইরিব ব্রহ্মতেজনা রজোগুণ চেল্‌লিব ক্ষেত্রিয় তেজবু শৌগংলদুনা (ফ্দোংলদুনা) শেম্‌গৎলি ; মাহাক্না (সত্বগুণনা) মঙোন্দা (রজোগুণদা) জ্ঞান, নোলুক্পা, মীগী উপকার তৌবা অসিনচিংবা মমল্ নাইদ্রব অমৃত কয়া খিকুপিরগা —গুণ অনিসি তীন্‌নবদগী মমল্ নাইদন কান্‌নরব থৌদৌ অমা থোরকুপা হৌনশানি, শোয়দন থোরকুই। [থৌদৌ মতাদি অসিনি]—মথৌনা নৈরব ক্ষত্রিয় তেজনা, য়াম্ন মপুক্ তপ্লব অমদি য়াম্নস্থ ইংনা নৈতানা নৈজরব ব্রহ্ম তেজদুবু ঙাকুশেল্‌লি। মতাং অসিদা রাফম্ অসিমস্থ নীংশিংনিঙাইনি, মদুদি—ক্ষত্রিয় তেজ ইয়াও-ময়াওদ্রব ব্রহ্মতেজদুদি তমোগুণ নপ্রগা অতৈ অতৈ অরান্‌ব থবকুশিংনা খুদুম্ পুম্‌চন্ চনখিদুনা শূদ্রগী হৌনশা ওইরব য়াম্ন তোল্‌লব অদুগা নেম্‌স্থ য়াম্ন নেম্নব থবকুশিংদতা চংশিল্‌লি মদুনা হৈনবী ওইরকুই। কত্রব থবক্ত তৌথোরকুই। মরম্ অসিনা

ক্ষত্রিয় তেজ ইরৈ-মরৈত্রব লৈবাক্‌ অদুদা ব্রাহ্মণ লৈবা য়াদে ; মসি শাস্ত্রগী রানি। করিগুম্বদা ক্ষত্রিয় বংশনা মুংখিবা থোক্লবদি অহান্‌বদা, ব্রাহ্মণনা ক্ষত্রিয় শাগৈবু শেম্‌গংকদবনি। ক্ষত্রিয় তেজদা ব্রহ্মতেজ য়াওদবা য়াদে। ব্রহ্মতেজ ইয়াও-ময়াওদ্রব ক্ষত্রিয় তেজহুদি লাক্ল-ফানবা ইয়া য়াদে ; মাংগাকু চানব হিংচা য়াইতম্ব পাঙ্গল ওইরকুই। অহান্‌বদা, মাহাক্লা মীগী কান্নখিগদব পূম্নমক্‌ মুন্নবা মাঙ্‌হনখিনবা হোৎনৈ অদুগী তুংদা মাহাক্‌ মশামক্‌স্থু অদুম্‌ মাঙ্‌জখি। রোম্‌ লৈবাক্কী কবি অমনা অস্থুম্না হায়রম্মি—"হিংচা-য়াইতম্বগী লম্‌চং চংলিব মীনা মশাগী কা-হেন্নকল্‌লব মপাঙ্গল্‌ অদুমক্তনা মরম ওইরদুনা [মশানা থাক্‌চব লাংদুমক্তনা] মশামক্‌ অদুম্‌ মরুফংনা মাঙ্‌জৈ।" সত্বগুণনা রজোগুণবু শেম্‌গংপিগদবনি। রজোগুণনা সত্বগুণবু ঙাক্লদবনি। অস্থুম্না গুণশিংসি অমনা অমগী মতেং পাঙ্‌নদুনা চান্নরা চংমিন্নরবতদা মী-মীগী অমস্থুং জাতিগী মঙ্গল্‌ ওইরিবনি। সত্বগুণনা করিগুম্ব রজোগুণবু চাননা য়োংশিন্‌খ্রবদি নত্রগা রজোগুণনা করিগুম্ব সত্বগুণবু য়োংশিন্‌খিবা থোক্লবস্থু মখোয় অনিসিগা তত্তুনা লোয়্নরিব তমোগুণনা মশাগী ফত্র-ফত্রব থবক্‌ থৌদৌ কয়া ফোঙ্‌দোরক্ক্‌না মাহাক্লা মখোয়নিবু পূম্‌ক্কপ্‌ কুপ্‌শিল্‌লি, মানা তৌনীংবতা তৌরক্‌ই। [হায়রিব গুণ অহুম্‌সিদি ইথা-থানদবনি, মসি হৌনশানি]। ব্রাহ্মণনা কৈদৌঙৈদস্থু লৈবাক্‌ ঙাক্ক্‌না পানবা য়ারোই। করিগুম্বদা—ক্ষত্রিয়মচা অমত্তা মলৈত্রবদা শূদ্রনা নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক্‌ঙাক্‌পা তাবনি। তমোগুণদা পুংলুপ

লূপ্লব ব্রাহ্মণনা মশাতগী স্বার্থ পাঙ্থোক্লবদা ঙাওখিহ্না শূদ্রগী মনাই ওইবমক্ তাৱবস্ ওইখিগনি। তামসিক ব্রাহ্মণশিংদা চেল্লিব আধ্যাত্মিকী মগুণ অহ্না করিগুম্ব অফব থবক অমতা তৌদে, করিমত্তা তৌবা ঙম্দে। মরম্দি মখোয়গী তেজ-শক্তি পুম্নমক্ মকুশিন্খিহ্না মহুমক্তা ধর্ম্মবু লৈখা তাহন্নবগী মরম্ ওইনৈ। রাফম্ অমনা ক্ষত্রিয়মচা য়াওদনা শূদ্রমচা ঙাক্তনা শাসন্ তৌরিব জাতিহ্ থুনমক্ মীখা পোন্বা শোয়দ্রবনি। হায়রিব ফিভম্ মতা অসি নোংমদি ভারতকীস্ শোয়দনমক্ থোক্লরগনি। হিংচা-য়াইতম্বগী ওইব হকচাঙ্গা পাঙ্গল্তনা মতম্ ঙাইহাক্কী ওইনা ফ্রং হৌরুবা, ঐখোয় মঙাইরে. পাস্নোম্ তিংলুবা কুইবা খক্ য়াদে, য়াম্ন থুনা শোন্থরকুই। অস্নুম্ব পাঙ্গল্ মতাসিনা শাসন্ তৌরিব দেশ অহ্ য়াম্ন রাই। য়াম্ন থুনা লৈখা তাই। ভারতকী ইতিহাসতা অমস্নুং ইউরোপকী ইতিহাসতস্নু মসিগী খুদম্ কয়া লৈ।

মহাভারত মতম্দা হিংচা-য়াইতম্বগী শক্তিগী পোংলুম্না পৃথিবীসি লৈতারুদ্রবনি। আ-য়ৌনা লৈখা তারুরবনি। ভারতকী য়াম্ন মন্ত চাউরব ক্ষত্রিয় মচাশিংনা লম্সিদা অস্নুকী মতিক্ তম্থিনা শক্তি লান্না শীজিন্নরম্মি মহুদি হায়রিব মতৌহ্ মমাং-ঙৈদা ওইখিদ্রি অহ্গা তুংদস্নু ওইরক্লরোই থাজনরি। হায়রিব আস্নুরিক্ শক্তিহ্ পুম্নাঙ্-মাঙ্হল্লগা শ্রীকৃষ্ণনা মহাভারত মতম্হুদা নিংথিরব "ধর্ম্মরাজ্য" অমা লিঙ্খৎপিরম্মি; অহুমক্ নংলমদ্রবদি মথক্তা শীংথাখ্রিব ফত্রব ফিভম্শিংহুদগী অমা শোয়দনা থোক্লম্গদবনি। ভারত অসি ম্লেচ্ছশিঙ্গী মখুত্তা তাখিরম্গদবনি।

চহি লিশিং মঙারোম্‌গী মমাংদা থোকৃখিবনি কুরুক্ষেত্রগী লালজাউহ্নু অহুগা চহি লিশিং অনি চামঙারোম্‌গী মতুংদা ম্লেচ্ছ কাংবূনা লান্দারক্ত্‌না সিন্ধুতুরেল ৱাংমফাও তকৃশিল্‌লকৃখি। অস্মুম্না হায়বা তাবনি মহুদি—অর্জুন্‌না লিখুৎচরম্ব ধর্ম্মরাজ্যহু চহি লিশিং অনি চামঙারোম্‌ হিংলম্বনি। ফিভম্‌ মতাদি—ব্রহ্ম তেজনা মনুংদা শৌগৎলগা ক্ষত্রিয় তেজনা মপান্দা থবকৃ শীন্দ্‌না রাজ্য অসি লিংলম্বনি—শাসন্‌ তৌরম্বনি। মহাভারত মতম্‌দগী লৈরব্রুব ক্ষত্রিয় তেজহু ভারতভা চহি লিশিং অনিরোম্‌ হিংলম্মি, মাতনা শাসন্‌ তৌরম্মি। চন্দ্রগুপ্‌ত, পুষ্যমিত্র, সমুদ্রগুপ্‌ত, বিক্রম্‌, সংগ্রাম্‌সিংহ, প্রতাপ্‌, রাজসিংহ, প্রতাপাদিত্য, শিবাজী অসিন-চিংব মহাপুৰুষশিংনা মশাগী ক্ষত্রিয় তেজতনা লৈবাকৃ ঙাক্লম্মি, ফংচিল্‌লক্ত্‌ব দেশকী ফিভম্‌শিংবু মসিতনা শেংদোক্লম্মি। হায়রিব মতম্‌শিংহুদা গুজরাটকী লান্‌ফম্‌দা অমস্তুং ঝান্সীরাণী লক্ষ্মীবাঈগী মোংফম্‌-মৈরীদা হায়রিব ক্ষত্রিয় তেজগী মৈরীহু লোয়শিন্‌খি। হায়রিব মতম্‌ অদ্বাইদা, শ্রীকৃষ্ণনা মহাভারত মতম্‌দগী হেৎনা শেম্‌-গৎতুনা পুখৎচরক্লব রাজনীতিগী ফজরব আদর্শশিংহু, পুণ্যগী মশকৃ ওইরব ধর্ম্মরাজ্যহু অমদি মাহাকী বিজয়শিংহু পুম্নোই লোয়শিন্‌খি। শ্রীকৃষ্ণগী মায়পাক্লবা রাজনীতিহুগী মতুংসিদা অমুকৃ জগৎ পূম্নমকৃপু নিংথিনা লমজীংবিরহুনা, মসিদা শান্তি মউলিংবিব ঙম্বা মগুণ লৈরব মতিকৃ-মঙাল্‌ চাউরব নেভা অমা ফাওরকৃপা য়াম্নমক্‌ তঙাইফদে। মাহাক্‌ অহু 'অবতার পুরুষ' অমগুম্না মথৌনা লৈবস্তু ওইগদবনি। মাহাক্তনা মাঙ্‌থরক্লব মম্‌শিল্‌লক্লব ব্রহ্ম

তেজহ্নৈ নোনা অমুক্ন য়াকায়হন্‌বিবা ঙম্‌গদবনি। মাহাক্না ক্ষত্রিয় তেজবু [ রজোগুণগী শক্তিবু ] মথৌ শংলহনা শেম্‌গৎপিগদবনি। শ্রীকৃষ্ণনা ভারতকী ক্ষত্রিয় তেজবু কুরুক্ষেত্র লালফম্‌গী ঈ-গী সমক্রুদা ইরায়-লায়না লোয়শিন্‌বিরম্‌দে, য়াম্না থাক্তুনা থম্বিরম্মি। লালফম্‌হুদা হিংচা-য়াইতম্বগী পাঙ্গলবু (আসুরিকবলবু) নম্‌থবিরগা ব্রহ্ম তেজ অমস্যুং ক্ষত্রিয় তেজ অনিমকৃপু নিংথিনা য়োক্‌খৎ-পিরম্মি। আসুরিকবলগী মতেংতনা য়াম্ন ময়ায় কারিব মণ্ডকু হায়গংলিব ক্ষত্রিয় শাগৈবু লোয়শিল্‌লগা অথোয়-নাপল কারিব ক্ষত্রিয় শাগৈগী রজোগুণতগী ওইব মথৌনাশিংহু মচেৎ-মচেৎ থুগায়রম্মি। রাফম্‌ অসি শ্রীকৃষ্ণগী রাজনীতিদা ময়েক্ন শেংনা উনরবনি।

জাতি মশেল্‌ খংনববু, মখোয়না হেক্ন তৌজবয়াব ভোগ মথৈ লোয়না তৌহল্‌লহুনা—মখোয়ন পাম্‌জব, হৈনজবা পূর্নমকু ময়েং তাহল্‌লগা—তম্‌থিরব ক্ষেত্রিয় শাগৈবু নিংথিনা লাকৃশিন্‌বা নত্রগা লোয়শিন্‌থিবা হায়বসি অচৌব য়াওল অমা পুরক্নবগীদমক্ন য়াম্ন তণ্ডাইফদবনি, মসি ফস্নু মফরিবনি। রোম লৈবাক্কী শাগৈ কয়ামরুম্‌ মখোয় মশেল খংনবদা মাঙ্‌মিন্নথি ; মহুতদা লম্‌হুদা সাম্রাজ্য মুথৎলহুনা রাজতন্ত্র লিম্বংপা য়াখি। ইংলণ্ডদা অঙৌব আদর গুলাব অমস্যুং অঙাংব আদর গুলাবকী রাথোক্নগী মীয়াম্‌ পংথক্ত খংনরক্লবদা মরিশ্‌ব এড্‌রার্ড, নিপালশ্‌ব হেনরী অমস্যুং রাণী এলিজাবেথ মখোয়সিনা মথং-মথং মজাতিবু নেম্‌থহন্দ্‌না নিংথিনা ঙাকৃশেন্দ্‌না পুরক্‌পনা—হৌজিক্‌ উরিব ইংলণ্ড অসিগী

য়ুম্ফম্‌সি মরাচেৎপা ঙম্‌হৌরিবনি। থেংদৌশিং অস্সুমা কুরুক্ষেত্রগী লান্‌ফম্‌হুদা ভারতকীস্সু—ঙসিগী ভারত অসিগী য়ুম্ফম্ থোন্‌বা হৌখিবনি।

কলিয়ুগ্‌সিদা ভারত য়াম্ম লৈখা তারে, হায়বসি য়াদব কনা লৈরোয়। ঐখোয়না ৱাফম্‌সিমস্তু য়াবা তাবনি মহুদি—ভারত অসি লৈখা তাহন্‌নবগীদমক্‌ ভগবাননা লম্‌সিদা অবতার তৌবা নত্তে। মাহাক্তি ধর্ম্ম ঙাক্লনবগীদমক্‌ জগৎপু কন্‌বিনগীদমক্‌, মীয়ায়াম্বু চুম্না লম্‌জীংবিনবগীদমক্‌ অবতার তৌবিবনি। মসিদগী অমুক্‌ থোয়দোক্লিব ৱাফম্ অমনা—কলিয়ুগসিদা ভগবাননা মশাগী শক্তি-তেজ অয়াম্বগা লোয়ননা অবতার তৌবিরি। মসিগী মরম্ অসি ওইরম্বা য়াই মহুদি—কলিয়ুগ অসিদা মীওইব জাতিসি য়াম্ম কা-হেন্‌না লৈখা তানিঙাইনি, অধর্ম্মনা কা-হেন্‌না চাউখৎপ মতম্নি। মরম্ অসিনা মীওইব জাতিবু নিংথিনা ঙাকৃপিনবগীদমক্‌, অধর্ম্ম মাঙ্‌হন্‌নবগীদমক্‌, ধর্ম্ম চাওখৎহন্‌নবগীদমক্‌ অর্মদি 'কলিগী' য়াম্ম মনীং-মখা তম্বহু থিংননবগীদমক্‌ য়ুগ অসিদা ভগবাননা কয়ারক্‌ হন্‌না অবতার তৌবিরি। শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবমতম্ অহুমক্তদা 'কলিনা' শাসন তৌহনা পান্‌বস্তু হৌখ্রবনি, মাহাক্কী মতম্ ওইরক্লবনি। শ্রীকৃষ্ণবু কলিনা কিখি।

কলিয়ুগতদি কলিগা মীয়াম্‌গা ইতত্তনা লাল থেংনৈ। আ-তুংদস্তু থেংনরক্‌খিগনি। লালফম্ অসিদা ভগবাননা মীওইবগী মতেং পাংবিনীংলহনা পূর্ণ অবতার তৌবিরি নত্রগা মাগী মগুণ খজিক্ত ময়াওরব 'অংশাবতার' কয়ামরম্ য়াম্ম তোরনা থাবিরক্‌ই।

কলিগা যুগ অসিগী মীশিঙ্গা শোক্লরিব লালজাউসিদা ভগবাননা য়াম্ন মরুওইনা শীজিন্নবিরিব খুৎলাইশিংদি—ব্রহ্মতেজ, জ্ঞান, ভক্তি অমসুং নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবা মখোয়সিনি অহুগা মখোয়সিবু করম্ব মীনা কম্দৌনা শীজিন্নফম্ থোকপগে হায়বগী চানব খুৎ-সুশিং অহু শংশংনা উৎপিনীংলহুনা ভগবান মশামক্লা মীওই মপোক্লা শ্রীবসুদেবগী মচাওইনা অবতার তৌবিখিবনি। ভারতপু নিংথিনা ঙাক্তুনা থম্বা, মীওইব জাতিগী কল্যাণগীদমক্ য়াম্ন তঙাইফদে। অতৈ অতৈ লৈবাক্শিংনসু মসিতবু খৌরাংনা ঙাইনৈ। ভারত ভূমিসিবু ভগবাননা কুরুক্ষেত্র অহুমক্তদা নিংথিনা ঙাকপিখিবনি। কুরুক্ষেত্র লালফমগী ঈগী সমক্রু অহুমক্তদা—তুংদা ওইরক্কদব অনৌব জগৎ অমগী লীলা ফম্বাক্লা "মতম্গী শকফম্" লৌবিরিব "বিরাট পুরুষনা" (পূর্ণাবতার ভগবানমক্লা) মীয়ামগী কান্নগদব লীলা শান্নবা হৌবিখ্রবনি।

---

গীতাগী দ্বিতীয় অধ্যায় (ক)

সঞ্জয়না হায়খি—

মখিং অনিমক্ পি-না পীকৃথল্লব, য়াম্ন রারব, থৌজাল্বি-নিঙাইমক্ ওইরব পাণ্ডবার্জুনগী শকফমহু উরগা মধুসূদননা অসুম্না হায়খি—(২/১)

অর্জুন, অসুক্য়াম্ন চৈহক্লনা বানরব মতম্সিদা আর্য্যশিঙ্গী ফজরব লমচৎ ইনৎমক্রব, স্বর্গ ফংহন্নিঙাই ওইক্রব, য়াম্ন থিংচৎ

থিনিঙাইস্থ ওইরব থৌদৌশিং অসি নহাক্না কদায়দগী কম্দৌনা তৌথোরক্লিবনো ? (২/২)

পার্থ, হৌজিক্ য়েক্লব লাম্বা পারম্দায়সিদা—নহাক্ন খংশোন্ শোন্থরক্লিব নুপাথোক্তব মতৌ তৌথোরক্লিবসি য়াম্ন পক্চদে, থাদোক্উ। হৌজিক্ রাকম্থোক্কে, হৌগংলো ; লাল শোক্লরো। (২/৩)

অর্জুন চাননা রারে, মপুক্লিং পিকৃথরে, থৌজালবিনিঙাই ফিভম্মকু ওইরে হায়রা শ্রীকৃষ্ণনা উবিখি। মরম্ অসিদগী মাহাক্না অর্জুনগী তামসিক ভাব অদু কোকৃহন্নবগীদমকু ক্ষত্রিয় মচাশিংদা হায়ক্ম্ থোক্লিব রাকম্ অদুমকু হায়বিরদুনা মাহাক্কী মপুক্লিং থৌগংপিখি। মদুমক্না অর্জুনদা মহৌশাদগী চেল্লিব রাজসিক ভাব অদু য়াকায়রক্লদুনা মাহাক্কী তমোভাব ( শুম্মং রাখল ) অদু কোকৃহন্বিরিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না শেংনা হায়খি—"নহাক্কী নতৌসিদি নখোয়গী মী পূম্নমকু য়াম্ন রানরগনি, নহাক্লবু খুংলাই থাদোক্লবদি পূম্নাঙ্ মাঙ্লগনি। করিগীদমক্তা নপুক্নিং-রাখল্ পিক্থরক্লিবনো ? মসিদি পাপ্নি। অনার্য্যশিঙ্গী থৌদৌনি। মসিনা হিংলিঙৈদনা মিংচং থিরগনি, অদুগা শিরবদস্থ স্বর্গ কাররোয়। মসিমক্তি নপুংসক্কী মতৌনি। নহাক্তি নথৌনা ফবনি, লাল ঙম্গল্লবনি, থৌনা ফরবী কুন্তীগী মচানি। নহাক্লবু অস্বস্থ রা হায়ক্ম্ থোকৃপরা ? শোন্থরনু, হৌগংলো, নথৌ পাঙ্থোক্লরো।

কৃপা অমসুং দয়া—

কৃপা অমসুং দয়া হায়বা অনিসিগী অর্থ তোঙানবে। মখোয়গী শীজিন্নফম্ মতুং ইন্না অর্থ লেপ্পে। ঐহাক্ না ইশামক্তা হায়রিবা নত্রগা কনাগুম্ব অমগী অৱাবদু উরগা—খাংদুনা লৈথোকপা ওয়ক্ত্রনা মহু কোক্লব থবক্ পায়ক্লিবহু—কৃপাগী থৌইন্শিন্নি দয়াগী নত্তে। থৌদো অসিদা অহানব পাড়া তম্লগা মহাক্তা লম্ অস্থম্-অস্থম্ পাক্লথোক্লক্লদুনা ইরৈপাক পুম্নমক্তা অৱাবা কোক্লনবা হোৎনরক্লই। মমৈদনা মীওইব জাতি পুম্নমক্তা অৱাবা কোকপি-ননবা কন্না হোৎনরক্লই। মসি 'দয়াগী' থবক্নি। মীগী অৱাবদা নত্রগা হায়রব মতৌ হেক উরুবদা থোয়ন হেন্না পুক্নিং হাশিন্-বিরিব মতৌদুবুনা 'কৃপা' কৌই। কাতারতা—হাবা, চিংনবা, পুক্নিং পিকৃথরকৃপা, মিপাইবা মতৌ মখোয়সি 'কৃপাদগী' পোকৃপনি 'দয়াদগী' নত্তে। দয়া, মপাঙ্গল কনব মীগী ধর্ম্মনি অদুগা কৃপানা মপাঙ্গল শোনবগীনি। "দয়ানা" মপুক্নিং-হাথল 'পুম্ব পুমওন্-ওলহল্লদুনা—বুদ্ধদেবনা মপা-মপা, মরুপ্-মপিক্তা অমদি নুপী-অঙাং পুম্নমকৃপু হাহল্লম্লগা জগৎ'পুম্বগী অৱাবা পুম্নমক্ কোকুহন্নবগীদমক্ ময়ুম্ থাদোক্লনা বনদা চৎলগা লাই নীংখি। দয়াগী মতেংনা কালীদেবীনা অসুরবু (লাইগী য়েংথিনববু) জয় তৌবিরদুনা অৱাবা কোকুহন্খি। পাণ্ডব অর্জুননা "কৃপাগী" থৌইন্শিন্না লালগী খুংলাই থাদোক্খি।

অর্জুনগী থৌদৌসি অনার্য্যশিঙ্গী মরম্চৎনি, আর্য্যগী নত্তে। অনার্য্যশিংনা 'রাজসিক্তী' হাথল্ মখা পোন্খিদুনা, মশাতগী

অমদি স্বপ্নগী মাহাক্কী শাগে-নাতৈগী কান্নগদব থবক্তা পুক্লিং চংই। মীয়াম্গী থক্ থল্লুদে।

চখোল্লবা মীনা মশাদা দয়া পোক্লবদা—অৱাব কোক্সায় লান্থেংনৈ, মীহুগী সেবা তৌই। মীগী কান্নবদা মপুন্সি ফাওব কখোক্ই কৃপাগী ৱাখলদগী মথুত্তগী খুংলাই থাদোক্লিব মীহু ধর্ম্মদগী মমায় নৈথোক্লবনি। কপ্না-কপ্না তুমিন্না ফম্হনা নৈরগা স্বপ্নগী মপুক্লিংতদা 'ইথৌ তৌরি' পুণ্য তৌরি নীংজরিব মীহু নপুংসক্লি—নুপী-নুপা অমত্ত ওইদ্রবনি। মসি বিষাদনি। মসিনা করিগুম্ব থবক্ অমত্তা ওইবা য়ারোয়। বষাদ পোক্লিব মীহুদি পাপ্ লঙ্জরবনি। হায়রিব থৌদৌশিংসি থাদোক্লগা লাল থেংনরিব মীওই অহু জগৎ'পূম্বগী অৱাব কোক্লনবগীদমক্ 'ধর্ম্ম' ঙাক্লিবনি, অস্ত্রুম্না শীংথানরি। মসিখক্তনি, শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা তাক্পিখিব গীতাগী সারাংশ।

---

গীতাগী দ্বিতীয় অধ্যায় (খ)

অর্জুননা হায়খি—হে মধুসূদন, পূজা তৌনফম্ ওইরিব ইবুধৌ ভীষ্ম অমদি দ্রোণ গুরুবু লালফম্লি হায়হুনস্লু কম্দৌনা হাংকদগে? মখোয় হাৎপগী মহুত্তা ইপুন্সি চুপ্পা ভিক্ষা নিরহুনা হিংবনা ফৈ। মখোয়সি হাংলুরবদি ধর্ম্ম অমদি মোক্ষ কৌব অথোয়ব পুরুষার্থ অনিমক্ মাঙ্হনপ্রগা—স্বপ্নগী অর্থ অমদি কাম অনিতবু ফংনবা হোৎনবা তারবনি। মখোয়সিদি য়াম্ন নেম্বনি, অহুগীস্লু মথক্তা ঙ্গ নৈতরবা বিষয়াশিংনি। হিংলিঙৈতগী ভোগনি, শিবগা মম্বনি।

মরম্‌ অসিনা হৌজিক্‌ জয় পরাজয় অনিসিদা করম্বু পাক্ষম্‌ থোক্লিবনো ঐহাক্‌ খঙ্‌জদরে।

পুক্লিং-বাখল্‌ য়াম্ন শোন্থরক্লে। ইশাগী ক্ষত্রিয় স্বভাব'পুম্ব মাঙ্‌খরে। ধর্ম্ম অধর্ম্ম করিমত্তা খঙ্‌দরে; পংশিন্খরে। মরম্‌ অসিনা ঐহাক্কী মঙ্গল ওইগদব অরেপ্‌পা অমা তাক্‌পিয়ু। ঐসি নহাক্কী শিষ্যনি, নঙোন্দা চংজরক্লবনি, পাউতাক্‌পিয়ু।

---

অর্জুননা তাক্‌পিরো হায়জরক্‌পা—

শ্রীকৃষ্ণনা মথক্তা তাক্‌পিখিব ৱাফম্‌শিংহু অর্জুননা লোয়না খঙ্‌খি। মাহাক্লা রাজনীতিগী ফিরেপ্‌ য়েংলহুনা শ্রীকৃষ্ণদা তর্ক-বিতর্ক কয়া তৌরম্মি। মাগী আপত্তি পুম্নমক্‌ শ্রীকৃষ্ণনা ককৃথংখি। অদুবু অর্জুন চপ্‌চানা মপুক্লিং পেন্‌খিদে। অর্জুননা শ্রীকৃষ্ণদা চংজখি—"ঐহাক্‌ ক্ষত্রিয় মচানি, অদুবু "কৃপাগী" মখা পোল্‌লুবনা—ইথৌদগী মায় ওল্‌লক্‌পা হায়বসি মুপা থোক্ত্রবনি, মিংচৎ থিরবনি, ধর্ম্ম কায়রবনি, অদুম্নদি ওইরবদা তৌগদৌরিব থবক্‌ মতাসিদি থম্মোইসিনা ইয়ামক্‌ য়াজনীংদে। ঐনা খল্লে মদুদি—গুরুজনশিং হাৎলুরবদি—ধর্ম্ম, মুক্তি অমদি পরলোক্তা ফংলুগদব মহৈ পুম্নমক্‌ মাঙ্‌লগনি, মসিদি অধর্ম্মনি, মহাপাপ্‌নি। হৌজিক্‌ ঙাইহাক্ত কান্‌নবনি। মসিমক্তনা মরম্‌ ওইরহুনা পরলোক্তা অৱাব কোঙ্গায় থেংনরুরগনি। গুরুশিং হাৎলগ ফংব ভোগতি মহুদা ঈ-গী মহাও য়াওবা শোয়ত্রবনি। মহুনা কম্‌দৌনা

শান্তি ফঙ্গনি? ঐঙোন্দা পৃথিবী 'পুম্বগী সাম্রাজ্য পীবিরবস্থু, স্বর্গ জয় তৌরগা ইন্দ্রমক্ ওইহল্লবদস্থু ঐহাক্ শান্তি ফংলরোয়। ঐহাক্ য়াম্ন ৱারে, তোন্থরে, ইশাগী লম্চৎ-স্বভাব মাঙ্খরে, তৌকম্ খঙ্দরে ;, অহুনা চংজরক্লবসিনি, মঙ্গলগী লম্বীহু তাকৃপিয়ো।"

শ্রীভগবান্মক্তদা পুক্লিং ৱাখল্ চপ্যুংনা চংজববুনি—গীতানা তাক্লিবা "যোগ সাধনা" হায়বহু। মসিবু [ অতৈ অতৈনা ] আত্ম সমর্পণ নত্রগা 'আত্মনিবেদন' হায়নৈ। শ্রীভগবান্বু গুরুনি, মরুপ্নি, লম্জীংবিরিবনি নীংলহুনা অতৈ অতৈ ধর্ম্মশিং থাদোরক্লব —ধর্ম্ম-অধর্ম্ম, সত্য-অসত্য মঙ্গল-অমঙ্গল অসিনচিংব মীওইবগা থানব লৈত্রব বিষয় পুম্নমক্ ইখন্ খল্লুদনা—মশামক্কী জ্ঞান, কর্ম্ম অমস্থুং সাধনাগী মহয় পুম্নমক্ শ্রীকৃষ্ণদা লোয়না কখোক্লিব 'মী অহু' গীতানা তাক্লিব যোগ সাধনাগী য়াম্ন মতিকৃচারব অধিকারীনি। অসিদগীস্থু হেন্না য়াম্নমক্ মরুওইরিব ৱাফম্দি অর্জুননা অস্থুম্না হায়রিবসিনি মহুদি—ভগবান্, ইবুঙোনা গুরুজনমক্ হাৎলু তাক্পিরবহুস্থু ঐহাকী ধর্ম্মনি লৌজরে ; মরম্ অহুনা ঐহাকী অনিশ্রুব "হেন্ফত্রব শিন্থা" হায়বহু করিনো? মহুগী মরীদা শন্দোক্লা তাকৃপিয়ু। তাকৃপিরিব ৱাফম্ অহু কায়দনা থৌদা ইঞ্জগে।" অর্জুনগী অস্থুম্ব শ্রদ্ধা-ভক্তি অসিমক্তনা মাহাক্লা মতম্ অহুগী মহাপুরুষ-শিংদগী পুম্হেন্ হেল্লিবনি। মাহাক্ গীতা-শিক্ষাগী 'অথোয়বপাত্রঅমা' ওইরিবনি।

অর্জুননা হঙ্খ্রিব ৱাহংশিঙ্গী পাউখুম্ দ্বিতীয় অধ্যায়গী ৩৮

শূব শ্লোক্‌ ফাওবনা—মাহাক্না তৌরকপ তর্কশিংবু ককথংখি অহুগা শ্লোক্‌ ৩৯ দগীদি—চানব গীতা শিক্ষাহু পীবা হৌখি। অর্জুনগী আপত্তি ককপ মমুংসিমক্তদস্মু মমল্‌ নাইত্রব শিক্ষা কয়ামক্সম্‌ য়াওরি, মখোয়হু খণ্ডনা গীতা খণ্ড্‌বা য়ারোই।

সঞ্জয়না হায়খি—শ্রীকৃষ্ণদা (দ্বিতীয় অধ্যায়গী) ৱাফম্‌সি হায়রম্লগা—'ঐহাক্‌ লাল তৌজররোয়' হায়রহুনা, তুমিন্না লৈখরে। শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন্‌ নোক্লহুনা তেঙ্গোল অনিগী মরক্তা ৱানা ফম্লিব অঅর্জুনদা থৌশাদনা অস্মুন্না হায়খি—"ৱাবিফম্‌ থোক্তবদা নহাক্না ৱাবিরি; নহাক্‌ য়াম্ন জ্ঞান লৈরব মীগুম্না অরুব ৱাফম্‌ কয়া পুখংলহুনা মরৈ য়েংলি। নিংথিনা তত্ত্ব জ্ঞান লৈরব মীশিংদি—শিগ্রব অমস্মুং হিংলিব মীশিঙ্গীদমক্‌ করিমত্তা ৱাদে।

ঐহাক্‌সি মমাংদৈদা লৈরম্‌দবা নত্তে। নহাক্‌স্মু নিংথৌশিং-সিস্মু মমাংদৈদা লৈরম্‌দবা নত্তে অহুগা ঐখোয় পুম্নমক্‌সি শিরব মতুংদা অমুক্‌ ওইরক্লরোয় (পোক্লরোয়) হায়বস্মু নত্তে। জীবাত্মানা কায়দোংফম্‌ ওইরিব হক্‌চাংসি অঙাং ওইরিদৈ, ইন্‌খংলক্‌পা, মপুং মরৈ ফারক্‌পা, অমস্মুং অহল্‌ ওইরকপা—ফিভম্‌শিং অসি মথং মনাও নাইনা ওইরকইবনি হোঙ্‌বা নাইরিবনি। মতম্‌গী খোঙ্‌চং তুংইন্‌না—হক্‌চাং অসি জীবনা থাদোক্লগা অতোপ্‌প হক্‌চাং অমা অমুক্‌ ফংই—মসিদা জ্ঞানীদি করিমত্তা ঙক্তে। ইন্দ্রিয়শিং-সিগা মখোয়গী বিষয়াশিংহুগা থেংনরুরবদা মাগী মাগী মখৌশিংহু পাঙ্‌থোরক্‌ই—মখোয়হুমক্তি অনিত্যনি, লেংত্রব অমত্তা নত্তে। জ্ঞানীশিংনা—ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী বিষয়াশিঙ্গা থেংনরুম্নবদগী

পোক্লক্ইবা ঙাইহাক্কী নুংঙাইবশিং অদু—ফংলবমক্তদসু মশাদা অরা-নুংঙাই থক্ পোক্তে। পুম্নমক্ ইমান্-মানন্না খল্লি। মাহাক্ অদুমক্তি মৃত্যুমকপুসু জয় তৌরবনি।

ওইদবনা (অনিত্যনা) অওইবা ( নিত্য ) ওইবা থক্ য়ারোই। অমাঙ্-অতা নাইদ্রব পোংনা মাঙ্বা থক্ হৌনদে। নিত্য অমদি অনিত্যসিদা কুপ্লব খেন্নব অমা লৈ, মতুবু জ্ঞানীতনা খঙ্ই। আত্মাদি মাঙ্দে, মাঙ্হন্বা ঙম্দে অদুগা মঙোন্দা জগৎ পুম্নমক্ হাপ্চিন্বসু য়াই। হক্চাংদি মাঙ্বা নাইবনি [হোঙ্বা নাইবনি] মাহাক্কীদি অসিনা মলোয়রে হায়বসীমা লৈতবনি। অর্জুন, লাল শোক্লো, আত্মাসিমক্ জীব অমবু হাংপা ঙম্লিবনি অদুগা হক্চাংনা মাঙ্বদা মাহাক্কুসু লোয়ননা মাঙ্মিন্নরিবনি, অসুম্না থাজরিব মীশক্ অনিমক্ ঙাওরবনি, অপঙ্বনি। আত্মানা কনামতুবু হাত্তে, মাবু কনামত্তনা হাংপসু ঙম্দে, ওইথোক্তে। আত্মাদি পোক্পা-শিবা লৈতে, মাঙ্দে নিত্যনি, য়াম্না শিরবনি। হক্চাংনি মাঙ্লিবদি। মাহাক্তি ময়েং তাথবা, চাউখংপা লৈতবনি, অসি খঙ্লবমীনা—কনানা কনাবু কম্দৌনা হাংহন্গনি নত্রগা হাংকনি ? মীওইবনা ফি-মন্ হুন্দোক্লগা অহন্ব হোঙ্ই, জাবাত্মানা অমন্ব হক্চাং হুন্দোক্লগা অনৌব হক্চাং অমদা চঙ্খি। মাহাক্পু খুং-লাইনা কক্থংপ, মৈনা চাক্থেক্পা, ঈশিংনা চোংহন্বা, নুংশিংনা কংহন্বা ইঙম্-ঙম্দে, নিত্যনি, লৈতারবনি, পুম্নমক্তা শীন্বা থুংলিবনি, ফোঙ্দোক্তবনি, করিগুম্ব পাম্বৈ অমত্তনা মাবু তাক্লিঙাই ওইদবনি, মীওইবগী অচম্বা রাথল্না লাম্বা ফংদবনি। আত্মাবু নহাক্না মতৌ অসুম্না খঙ্ঙু, রাক্লরসু।"

জগৎকী প্রাণী পুম্নমক্ হন্‌ন হন্‌ন পোকুই-শি ; মহুগীদমক্‌স্থ নহাক্লা রাবিক্লগনু। মপোক্ নাইরিব পুম্নমক্ শিবা শোয়দবনি। শিখ্রিব পুম্নমক্ অমুক্ পোক্‌ই। থাদোক্‌প ইম্না-ময়াদ্র হিরম্ অসিগীদমক্ রাক্লবা কান্‌নদে। থরাইপান্‌ব পুম্নমক্‌সি জগৎ সৃষ্টিগী মমাংদা অমত্তা ফোঙ্‌দোক্লম্‌দে। সৃষ্টি অসি লৈরিঙৈদা অহুক্ উনবতনি। সৃষ্টিসিগী অরোয়বদা (প্রলয়গী মতম্‌দা) পুম্নমক্‌সি থুপ্‌চিন্‌খিনি—অমত্তা উরোয়। ইতত্তনা চংলিব মহৌশাগী খোঙ্‌চং অসিগীদমক্তা হারুকম্ থোক্তে। আত্মাগী মরীদা কনা-গুম্বনা ইঙক্‌-ঙক্লা য়েংলি, কনাগুম্ব অমনা ইঙক্‌ঙক্লা করিগুম্ব খরা হায়রি অহুগা অতৈনা ইঙক্‌ঙক্লা পংতা তারি। ফনা য়াম্ন হোৎন-হুনস্থ মাহাকপু কনামতনা খঙ্‌বদি ইঙম্ ঙম্নদে। আত্মাদি মতম্ লৈবখিবিক্তা হক্‌চাং পুম্নমক্তা শীন্‌বা থুংনা লৈ, অহুনা থরাই-পান্‌বশিঙ্গীদমক্তা করিমত্তা রাবিকম্ থোক্তে। (গীতা—২/১০-৩০)

---

শিবগী ওইদব মতৌ (মৃত্যুর অসত্যতা)—

হায়খ্রিব রাফম্‌শিংসি মুন্‌না খন্‌থক্লরব মতুংদা অর্জুন মরম্ ইচা-চাদনা চিংনরে, মশাদা চাউরব 'ভ্রম' অমা চুরে। মাগী মতৌহুদা শ্রীকৃষ্ণ মোমোন্ নোক্‌খি। মরম্‌দি—মীওইব জাতিনা মতম্ কুইনদগী 'ভ্রম' তৌনরক্‌প রাফম্‌হু (চময়রক্‌পহু) অর্জুননা গুসিতা ময়েক্‌শেংনা মপুক্লিং তিংনা ফোঙ্‌দোরক্‌পদগীনি। হায়রিব 'ভ্রম' অসিমক্তি শ্রীকৃষ্ণগী মায়াদগী পোক্‌পনি। জগৎ অসিদা হেক

ওইরিব ওন্নবশিং, ফত্রব রাখল্‌শিং মখল্‌ মখা য়াম্লব অরাবশিং, অমস্তুং মীওইবগী মপাঙ্গল্‌ শোন্‌থরকপ মতৌশিং—মখোয় পুম্নমক্ অসি মাগী মাগী কর্মশিংহুগী ফলভোগ তৌরবতদা মখোয়দুবু ( কর্ম্ম ফল্‌শিংহুবু ) ময়েং তাথহন্‌গদবনি। মসিগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা মীওইববু মায়াগী মখা পোল্‌হল্‌লিবনি। মথরাই পাম্মূজবা, শিব কিজব, অরা-নুংঙাইবগী মখাপোন্‌বা, অপাম্‌-পাম্‌দ য়াম্ন খঞবা— অসিনচিংবা অজ্ঞানগী (ওন্নব পুক্নিং-রাখনগী) মতৌশিংহু অর্জুনদা লোয়না লৈরে হায়বসি মাহাক্না ঙাংথোরক্লিব রাঙাংশিংনা মাহাক্না তৌথোরক্লিবা থৌদৌশিং অহুনা নিংথিনা ফোঙ্‌দোক্লে। হায়রিব হিরম্‌শিং অসিদা অর্জুন মীয়াম্‌গী মহুং শীল্‌লিবনি। হায়রিব 'অজ্ঞান' অসিমক্‌ মীওইবগী পুক্নিদগী ( মরৌশিং-মবুদ্ধিদগী ) পূম্‌কোক্‌-কোক্‌হন্দূনা মখোয়বু ঙান্‌থোক্‌হন্‌বা য়াম্না তঙাইফদে। মীওইবগী ফত্ত-ফত্রব থৌদৌশিংবু মাঙ্‌হন্‌গ্রগা মখোয়বু অফ-অফব থবক্‌শিং হৈনহন্‌গদবনি। হায়রিব অচৌ-অচৌব লুস্নু-লুরিব থবক্‌শিং অসি পাঙ্‌থোক্লবগীদমক্‌ শ্রীকৃষ্ণনা অবতার ভৌবিরিবনি। গীতাশিক্ষা অসি পীবিরিবনি। অহানবদা অর্জুনগী "ভ্রম" অহু পূম্‌কোক্‌ কোক্‌হল্‌লগা ( নিংথিনা ভোগ তৌহল্‌লগা ) কোন্‌না গীতা শিক্ষাসি পীখি।

অর্জুন, শ্রীকৃষ্ণগী মরুপ্নি [ গীতা শিক্ষাগী মতাংদা ] মাহাক্‌ মীওইব জাতিগী মহুংশীন্‌বনি; অহুনা মঙোন্দা গীতা শিক্ষাসি মশকপান্‌না খুদম্‌ ওইনরহুনা তাকৃথিবনি—অর্জুন অসি মতম্‌ অহুগী খ্বাইমক্তগী হেন্‌না মতিকচারব পাত্রনি। মসিদা রারিবদি—

গীতা তাকৃখিব চহি অস্মুক্ য়াম্ন কুইপ্রব মতুংসিদস্মু মাবু নিংথিনা লোয়না লৌশিন্‌বা ঙম্লব মতিকৃচারব পাত্রদু ঙসিফাওবা থোরক্লি । অর্জুনস্মু গীতাগী অর্থ নিংথিনা মপুংফানা লৌশিন্‌বা ঙম্‌খিদে। মাগী মপুক্লিংদা মতমদুদা ফাওরকৃখিব অরাবশিং মিপাইব মতৌ, অমদি পূক্লিং শোন্‌থব মতৌ পুম্নমক্ ইকায়-কায়দন [ নত্রগা মদুদগী থরবু হেন্‌না ] ঙসিগী মীওইব জাতিসিনা কলিযুগসিদা লোয়না ভোগ তৌরিবনি। খৃষ্টধর্ম্মনা—'প্রেম' বৌদ্ধধর্ম্মনা 'দয়া' অদুগা ইস্লাম্‌ধর্ম্মনা 'শক্তিবু' মথোয়-মথোয়গী খুংলাই ওইনা শীজিন্‌নদুনা কলিযুগকী অরাবশিং অমদি মিপাই-নরিবশিং অসি কোক্লনবা হোংনৈ।

হৌজিক্ অসিমক্তি—চংলিব কলিযুগ অসিমকী মনুংসিমক্তদা 'সত্যযুগকী অহানব তাঙ্কক্' অদু হৌগংলক্লবনি। ভগবান্‌না অমুক্‌স্মু হন্‌না ভারতপু মরুওইনা কুরুবংশবু, মথোয়গী ধারা মীরোল্‌শিংবু গীতা শিক্ষাসি পীবিররগদবনি। মদুবু নিংথিনা মতিকৃচানা লৌশিন্‌বা ঙম্‌জরদুনা নিংথিনা শীজিন্‌নবা [ পুন্সিদা পান্‌শিন্‌বা ] ঙম্লবদি ভারতকী মঙ্গল ওইগনি, জগৎপূম্বগী কল্যাণ ওইগনি, শোয়রোয়।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—"অর্জুন, নহাক্না পণ্ডিতকী মতৌগুম্বা পাপ পুণ্যগী বিচার তৌবা শারি।" হিংলিঙৈ অমদি শিরব মতুঙ্গী মরীদা লুর-লুরব রা কয়া ঙাংলি। জাতি অমনা চাওখংলকৃপা নত্রগা লৈখাতারকৃপা হায়বসি কম্‌দৌনা ওইরক্লিবনো, হায়বদু পুথোক্লবা হোংনরি, অদুম্নদি ওইরগা নহাক্না ঙাংথোরক্লিবা

ৱাঙাংশিং অসিদা মপুংফারব জ্ঞানী অমনা ঙাংগদব তত্ত্বজ্ঞানগী ৱাফমদুদি ইয়াও-য়াওদে। অদুদ নত্তনা—নঙ্গী ৱাশিংসিদা—তম্থিরব 'অজ্ঞান' য়াম্ন য়াওরে, মদুনা পঙ্খ্রব নতৌ ফোঙ্দোক্লে। চিংনগনু, ইকাইগনু। শেংন-শেংনা হায়দোকৃউ। নহাক্ থম্মোই শোল্লি; ৱামন্খিবনা নশাদু থক্-থক্ নিক্লি। নবুদ্ধিদুস্মু ইফক্-ফকুচিন্খরে। নহাক্না তৌরিব নতৌসিনদি হৌজিক্ করিমতা কান্নরোয়। অৱাবা হায়বসিদি মীওইবগী থম্মোইদগী পোকৃপনি। মীওইবনা মশা-মশাগী ওইব মীশিংবু হিংনা নত্রগা শিনা কায়নবা য়াম্ন কিজে হিংলিঙৈদদি মীওইবগী পূর্ন্সিসি মমল্ য়াম্মি, মাহাক্না তৌগদব থবক্স্মু মশীং য়াম্মি। মীওইবনা, মশাগী ওইব করিগুম্ব ফরব থবক্ অমা পাঙ্থোক্চবদা য়াম্ন হরাওজে; মনীংথুংদ্রগা ৱাজে। অমুক্ ৱাবা, অমুক্ নুংঙাইবদি মীওইবগী হৌনশানি। করিস্মু ৱাবিফম্থোক্কব মীশিংগীদমক্তা নহাক্না ৱাবিরি। জ্ঞানীশিংদি হিংলিব অমদি শিত্রব কনাগুম্ব অমত্তগী মরীদা থক্ ৱাবিদে। মখোয়না হাফম্ অসি নিংথিনা মুন্না খঙ্ই মদুদি মীওইবগীদমক্ শিবা লৈতে। হিংনা কায়নবা লৈতে, অৱাবা লৈত্তে; মরম্দি ঐখোয়দি অমরনি, ঐখোয়দি 'অমৃতনি', ঐখোয়দি আনন্দগী মচা-মগুশিংনি। শিবা-হিংবা অমদি অৱাবা নুংঙাইবা মখোয়সিনা মরম্ ওইরদুনা ঐখোয়সি প্রকৃতি লাইরেম্বীগী লীলা ফম্বাক্ অসিদা কেকুলোংপি শান্নবা লাক্লিবনি। মসিদা ঐখোয়না অমুক্ নোক্পা, অমুক্ কপ্পগী অভিনয় কয়ামরুম্ উৎলি। য়েক্লবা-মরূপ্ কয়া শেম্নদুনা—লাল অমুক্ শোক্লে,

অমুক্ চান্নৈ, অমুক্ ইরাং লাংই, অমুক্না ইংনা লৈমিন্নৈ। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না লীলা ফম্বাক্ শকুফম্নরিব তেংবান্‌বসিদা মথল্ মথল্‌গী রসশিং শৌশিন্ননরি। মতম্ খর পূন্না হিংমিন্নরম্বগা থুনমক্ [ অনিত্যজন্ম ওইবনা ] হকুচাংসি থাদোক্লম্বগা মহৈ মহৈ চৎনখি—মফম্‌দি কনামত্ত খঙ্‌নদে। অসুম্ব থৌদো অসি মীওইবগী য়াম্‌থ্রব লীলাশিঙ্গী মরক্তগী মতম্ ঙাইহাক্তদা পাঙ্‌থোক্‌খিব পিক্লব লীলা অমথক্তগী রাফম্নি। ঐখোয় লৈরম্মি, ঐখোয় লৈরি, ঐখোয় লৈখিগনি—অসুম্ব মতম্ মতম্‌গী লীলাশিঙ্গী রাফম্‌শিং অদুগা লিরব (সনাতন), অরেপ্‌প (নিত্য মাঙ্‌বা নাইদ্রব (অনশ্বর) মখোয় পূম্নমক্‌সি প্রকৃতিগী লীলা মনুঙ্গী থৌদোক্ ( রাফম্ ) ঙাক্তনি, অদুনা মখোয় পূম্নমক্‌সি প্রকৃতিনি। মতম্ অহুম্‌গী লীলাশিংবু মখুত্তা পায়দুনা শান্নরিব জীবশিঙ্গী শিবা-চৎবগী রায়েল্-পথাপ্‌শিংবুসু মখুত্তা পায়রদুনা শীন্‌বিরিব, শম্না হায়রবদা প্রকৃতিগী থবক্-থৌদো পূম্নমক্‌সিবু মখুত্তা পায়রদুনা পূম্‌শিন্ শিন্‌বিরিব জগদীশ্বর অমা লৈরি। জীবশিঙ্গী অঙাংওইরিঙৈগী ফিভম্, মথোন্‌কারকুপ মতৌ, অমসুং মন্‌থরকুপ মতৌ—অসুম্ব হক্‌চাঙ্গী হোঙ্‌বা নাইব থৌদোশিং (খোঙ্‌চৎশিং) অসি জগদীশ্বরনা শান্‌নবিরিব লীলাশিংনি। জীবনা হান্‌নগী হক্‌চাং থাদোক্লম্বগা অতোপ্‌প হকুচাং অমা ফঙ্খিবগী লীলা অমসু লৈরি, মদুগী মিং 'শিবা' হায়না খঙ্‌নৈ। মিংসি হেক্‌তাবদা মরণশীল ওইরিব মীওইব ঐখোয় হেক্ত কিনৈ, মদুগীদমক্ য়াম্ন বানৈ। —ভগবান্‌না শান্নরিব লীলাসিগী চানবা তত্ত্ব অমদি মাগী চপ্‌চাব মওং-মতৌদু

ফিগৈশেংনা খঙ্লব কনাগুম্ব মী অমনা শিবগীদমক্ খক্ ৱাদে, খক্খিদে।

অঙাংনা পাখং ওইরক্পবু [ হান্নগী শক্ফম্ হোঙ্খিববু ] 'শিবনি' হায়না লৌবা তারবদি মহু চাউরব 'ভ্রমনি' হায়ব তাবমক্সি, মসি অরাবনি !! ঐখোয়গী নুংশিজরব অঙাং শক্ফম্ অহু হৌজিক্ কদায়দা চৎখরে ? ইখঙ্ খঙ্হৌদনা কম্দৌনা অস্মুক্ শাথিনা হোঙ্খ্রিবনো ? পাখং অসিদি অঙাংহু নত্তে। ঐখোয়গী স্নাগী থাজহু কদায়দা চৎখরে ? অস্মুম্না ৱারুবদা মীনা ঐখোয়বু নোক্লগনি ! অপংবনি হায়নগনি !! মরম্দি মীওইবগী ফিভম্ অমদগী অমা হোঙ্বদি প্রকৃতিগী নিয়ম্নি। নান্থোক্পা ইয়া ময়াদ্রবনি। [ মসিদা থোয়দোক্প খঙ্জিন্গদবদি—] অঙাঙ্গী হক্চাংদা, পাখঙ্গী হক্চাংদা অমদি অহল্ ওইরক্লবদস্মু—ফিভম্ ইহোঙ্-মহোঙ্দ্রব নুপা অমখক্ ( জীবাত্মা অমখক্ ) লেঙ্দনা লৈরিবনি, মহাক্তি মতম্ পুম্নমক্তা লেঙ্দবনি। হোঙ্ফম্মক্ থোক্লিব মপান্থোঙ্গী শক্ফম্সিনা হোঙ্খিবদা ঙক্নরিবা,মী শিবদা কিনরিবা অমদি ৱানরিব—মীচম্গী মতৌশিংহুবু আধ্যাত্মিক তত্ত্ব খঙ্লব জ্ঞানীশিংনা নোক্ই, মখোয়হুবু য়াম্ন পংথ্রবনি হায়। মরম্দি—জীবাত্মানা করিগুম্ব হক্চাং অমদা লৈফম্থোক্প মতম্ খরা লৈরম্মগা অতোপ্প হক্চাং অমা অমুক্ ফজিবা হায়বসি প্রকৃতিগী নিয়ম্নি, হোঙ্ফদ্রবনি। স্থুল শরীরদস্মু সূক্ষ্ম শরীরদস্মু পুরুষ অমা ( নিত্য আত্মা অমা ) লেঙ্দনা লৈ। মপান্থোঙ্গী হক্চাংনা হোঙ্বা নাইররদস্মু—মাহাক্না মাবুদি খক্ শোক্উবা

লৈতে, য়াদে। [স্থূল শরীর শূক্ষ্ম শরীর অনিমক্তা আত্মা অমখক্তনা লৈবনি ; শরীর অনি পল্লুবদি—ক্রমবিকাশ নত্রগা মীওইব পুন্সি লোয়শিল্লক্ত্না অনৌব হকুচাং হোঙ্লম্দায়গী থৌদৌগী বা মীংশিংনবগীদমক্তনি ]। ঐখোয় মীওইবদি 'অমৃতগী' মচানি—অমাঙ্-অতা লৈতবনি ; অহুনা শিগদৌরিবনা কনানো ? কনাগুম্ব অমবু শিননব হাংকদৌরিবনা ( কত্র্'াহুনা ) কনানো ? [ অসিদস্থু নত্তনা ] মৃত্যুনা ( শিব কৌব থৌদৌহুনা ) ঐখোয়বু শোকুপকাওবা ঙম্বা নত্তে। মৃত্যু ( শিবা ) হায়বা য়াহৈসিমকু অর্থ য়াওদ্রব খোঙ্গেল্নি। মৃত্যু হায়সি 'ভ্রমনি' মৃত্যু লৈতে। ঐখোয়দি অমরনি। অমৃতস্য পুত্রাঃ!

---

মাত্রা—

আত্মাদি লেঙদবনি, প্রকৃতিতন লেঙবনি। লেঙ্-ওৎপতনা হৌনশা (মশিঙ্গাং) ওইরিব প্রকৃতিসিদা লেঙদ্রব আত্মা লৈরিবনি। প্রকৃতিগী মনুংদা লৈমিন্নরিব ইন্দ্রিয় মঙা [ মনগা থান তরুকু ] পান্থনরগা মাহাক্না ( আত্মানা ) উবা ঙম্মি, তাবা ঙম্মি, মনম্ নম্বা ঙম্মি, মহাও লৌশিন্বা ঙম্মি শোকু-শয়বা ঙম্মি। শম্না হায়রবদা —বিষয়শিংবু ভোগ তৌননবগীদমক্তা আত্মানা (পুরুষনা) প্রকৃতিদা চংজে, মাগী মতেং নত্তনা পুরুষনা করিগুম্ব বিষয় অমত্তা ভোগ তৌবা থকু ঙম্দে। মীওইবনা ভোগ তৌরিবা—মখোল্, মহাও, মনম্, শকুক্ম্, শোক্নবা—মখোয়সিবু তন্মাত্র কৌই। তন্মাত্র মঙা-সিবুনি—ইন্দ্রিয় মঙাহুনা ভোগ তৌনিঙাই বিষয়াশিং হায়নরিবহু।

মঙাসিগী মথকুথোংব 'মন' কৌব য়াম্ন মরুওইরব ইন্দ্রিয় অমা লৈরি। মাহাক্কী বিষয়াদি সংস্কারনি, হায়বদি—ইন্দ্রিয় মঙানা [মিং-নাকোং-নাত্তোন্-লৈ-উন্শা মখোয়সিদা লৈরিবা—মখোয়-সিমক্না মিং ওইনা খঙ্নরিব জ্ঞান ইন্দ্রিয়শিংনা] হেক্ তৌরিব থবকুশিংন্থু—মাগী মাগী বিষয়াশিংদা চাক্তারিবন্থু 'মন' অসিমক্তুনা লোয়না মচাতানা শেংন শেংনা খঙ্জিন্‌বনি। অসিনি, অন্থুনি হায়বা চপ্চানা লেপ্থোকৃপনা মাগী মথৌনি। বুদ্ধিগী মথৌদি য়াখল্ খন্‌বনি। তন্মাত্র মঙা, মনগী সংস্কার, বুদ্ধিগীনা য়াখল্ খন্‌বা—থবকুশিং অসিগী অপুন্‌ব কান্নবনা (থবক্ন) করিগুম্ব য়াফম্ অমবু বিষয় অমবু নত্রগা পোং অমবু নিংথিনা খঙ্জিন্‌বা হায়রি-বসিনি। ইন্দ্রিয়শিংনা মশা মশাগী বিষয়াশিং ভোগ তৌববু অশম্বা য়াহৈদা [ মসিদা পুরুষ ( আত্মা ) স্থ য়াওরিবনা ] প্রকৃতি অমস্থং পুরুষ অনি তীন্নবনি; অনিগী সম্ভোগনি, অনিনা হরাওনা চাক্তামিন্নবনি, হায়নৈ। অনিগী লীলা মপান্ নাইদে, শীংথাবা ঙম্নদে।

প্রকৃতি-পুরুষ অনিগী ভোগ মখল্ অনিনি—(১) শুদ্ধভোগ, (২) অশুদ্ধভোগ। শুদ্ধভোগতদি অ্ৰা-নুঙাই, অয়িং-অশা অসিনচিংব তুমা-তুমাশিং লৈতে। পুরুষ মশাগী হৌনশানি আনন্দ হায়বসি, মসি য়াম্ন লিরব ধর্ম্মনি, আনন্দ ভোগ তৌববুনি শুদ্ধ ভোগ হায়রিবন্থু।

অশুদ্ধ ভোগতদি—অৱা-নুংঙাই, অয়িং-অশা, অরাম্-খৌরাং, অপাম্-পাম্‌দ, অসিনচিংব ইন্দ্রিয়াশিং অমদি মখোয়গী বিষয়াশিঙ্গা

মরী লৈনরিব তুমা-তুমাশিংসি লৈ, ইরোয়-লোয়নৈ। হায়রিব তুমাশিংসিমক্তা অশুদ্ধ ভোগ তৌরিব ভোগী অহুবু য়াম্ন রাহল্লি, ঙাইহাক্ লৈতনা মপুক্লিং লাংতক্লহল্লি। অশুদ্ধ ভোগ তৌননব মক্ত ওইরিব মরম্দি—থোয়দোক্ল ঈখৌ লাংবনি [ তৃষ্ণানি ] সংসারগী বিষয়-বাসনাশিং য়াম্ন পাম্লিবা কামগী মখা পোল্লিব কামী পূম্নমক্—শেংদবনি (অনেস্বনি) অশুদ্ধ ভোগীনি। নিষ্কামী—সংসারগী বিষয়াশিংদা পুক্লিং-রাখল্ ইচং-চংলুব্রব মীহুদি শেংলবনি (রাংলবনি)। মাহাক্তি শুদ্ধ ভোগীনি। অপাম্বদগী শাওনীংলকৃই অহুগা বিষয়হুবু খম্বল্লকুই। অশাওব-খম্বন্ব রাখল্শিংগী মখা-পোল্লব পুরুষনা ইন্দ্রিয়শিঙ্গী বিষয়াশিংদা ভত্তনা মায়ওন্-শিল্লি। মখোয়গী লাংদা থুই। মাহাক্কী মপুক্লিং মরাং হৌহুনত লৈ। মশাদা চুশিনগ্রব ফজ্রব দোষশিং অহুমক্তনা মীহুনা সংসারগী বিষয়-বাসনাশিং থাদোকৃপা খক্ ঙম্দে।

---

ইমান্-মান্নবা—সমভাব।

শ্রীকৃষ্ণনা আত্মাদি নিত্যনি, তাক্লগা, অজ্ঞানগী অফা-অপূন্-শিংবু [ নত্রগা ভ্রমশিংবু ] ইরায়-লায়না কোম্থোক্লব পাম্বৈস্তু পীবিরি। বিষয় ভোগ তৌক্লবা হায়বদি—শকৃফম্ উবা, শম্নবা, মনম্ লৌবা, মহাও লৌবা, মখোল্ তাবা অহুগা মখোয়সিদগী পোক্লকৃপা অপাম্-পাম্দ, অবা-নুংঙাই, ঐগী-মীগী অসিনচিংব তুমাশিং অসি অনিত্যনি, তাকৃপিরি। মখোয়সিমক্তি হৌবা

লোয়রবা নাইবনি ; মখোয়সিদা পুক্নিং চংলুবা লাল্লি। মীওইবদি মহৌশাগী ওইনা অনিত্য বস্তুশিংদা পুক্নিং চংই। অপায় ফংলগা হরাওই, ফংদ্রগা ৱাই—মসিবুনি অজ্ঞান হায়রিবছু। অজ্ঞানসিদা লুপ্লব মীনা—আত্মাদি অমাঙ-অতা লৈতবনি, লিরবনি, আনন্দ স্বরূপনি হায়বা কাওথোকুই। মীওইবনা ঙাইহাক্-ঙাইহাক্কী ওইরিব বিষয়াশিং ভোগ তৌবদা ভ্রম চুরহুনা, মহুদা ময়াম্ভ কারহুনা লৈথোকুই, মখোয়হু কায়নরগা নত্রগা ফংদ্রগা ৱাই। করিস্থু লৈতব বিষয়াশিংসিদা শুস্কাংলুদনা [ভ্রম তৌরুদনা]—মখোয়গা (বিষয়াশিংগা) থেংনরকপ মরী থাংনরকপ পূম্নমক্ ইরাঙ্গৈ-লাঙ্গৈনা খাংবা ঙম্লবা হায়বদি—অরা-নুংঙাইবদা, অয়িং-অশাদা, অপাম্-পাম্দবদা, মঙ্গল্-অমঙ্গল্দা—তুমাশিংসিদা করিগুম্ব অরা-নুংঙাইবা, পেন্‌ব-পেন্দব ৱাখল্ অমত্তা মপুক্নিংদা ইপোক্-মপোক্ত্রব—পূম্নমক্তু ইমান্-মান্ননা খল্লহুনা পেন্‌থোক্লব, মতম্ লৈবথিবিক্তা মপুক্নিং ইনুংন্নুংঙাইনা লৈথোক্লব মী অহু অপায় অমদি য়েংথিবনচিংব পুক্নিং ইহুল্শিংদগী পুম্নান্-নান্‌থোক্লবনি। মাহাক্ অজ্ঞানগী ৱাংমদা লৈরহুনা মাগী অফা-অপুন্ পূম্নমক্ ককথংলগা—লেঙদ্রব পুক্নিং-ৱাখল্ অমদি অথোয়ব নুংঙাইবহু ফংই।

'অমৃতত্বায় কল্পতে'

---

সমতাগী মঙ্গুণ—মান্নবগী কান্নবা।

সমতা, গীতাগী অহান্ব শিক্ষানি। মসি গীতানা তাক্লিব সাধনাগী মরুওইব মতাং অমনি। গ্রীক্কী 'ষ্টোয়িক্' কৌব কাংলুপ্ অমনা ভারতকী 'সমতা-শিক্ষাসি' ফংলগা ইউরোপ্তা 'সমতাবাদ' শন্দোকৃখিবনি। গ্রীক্কী ফিলোসোফর এপিক্যুরস্না—শ্রীক্ৃষ্ণনা শন্দোকৃখিবা পাউতাকৃশিংদগী মতাংখর লৌরগা—'শান্তি ওইনা ভোগ তৌবগী শিক্ষা'—Epicureanism ( ইপিক্যুরিনিজম্ ) নত্রগা ভোগবাদ শন্দোকৃখি। সমতাবাদ অমস্তুং ভোগবাদ অনিসি থাইনা, ইউরোপ্তা শিষ্টাচারনা মপূং ওইরবনি, য়াম্ম ফরব মত অনির্নি, অস্তুম্না লৌনগ্রবনি অতুগা হৌজিক্কী অনৌব ইউরোপ্তস্তু —মত অনিসিমক্না অত্তোপ্প ( অনৌব ) শক্লোল লৌরতুনা— Puritanism ( প্যুরিতানিজম্ ) অমস্তুং Paganism ( পেগানিজম্ ) অস্তুম্না মতম্ কুইনদগী পোপা-পোপা ওইনা চংমিন্নরি। লিরব মত অনিসিবু মীয়াম্না য়াম্ম পাম্না নৈনরি হৌজিক্ফাওবদা। গীতানা তাক্লিবমক্তি—করিগুম্ব থবক্ অমা পাঙ্থোক্লবগী—সাধনাদা (কন্না হোংনরকৃপদা)--সমতাবাদ (ইমান্-মান্নবা), শান্ত (পুক্লিং তপ্পা) অমস্তুং শুদ্ধ ভোগ মখোয় অস্তুম্সি—স্থমগী হাহৈ খেন্নবতনি, মনুঙ্গী ভাবতি অমত্তনি। সমতানা থবক্কী কারণনি, শুদ্ধ ভোগনা মতুদগী ওইরকৃপ থবক্ অতুনি। সমতা নৈরবদা আসক্তি মাঙ্খি —বিষয়াশিংদা পুক্লিং খক্ চংদে, অপাম্ব-য়েংথিবনচিংব ভাবশিং মথন্-মথনত্ত হত্তিঙখি। আসক্তি মাঙ্গ্রবদা—'শুদ্ধতা' পোক্লকুই। শেংলব মীনা তৌরিব ভোগ অতুদি ( শুদ্ধ ভোগতদি ) করিগুম্ব

আসক্তি অমত য়াওদ্রবনি। মাহাক্ শেংলবনি। মাহাক্কী মপুক্লিং ব্রাখল্দা 'সমতাগুণ' অসি লৈরবনি; মাহাক্কা আসক্তি অমস্তুং অপাম্ব-য়েংথিবনচিংব ব্রাখল্শিঙ্গা পুন্না লৈমিন্নবা থক্ য়াদে। সমতাসিমক্ শুদ্ধিগী পোকৃফম্ মরুনি।

---

ব্রাদবা ওস্বা—দুঃখজয়।

গ্রীক্কী ষ্টোয়িক্ কাংলুপ্না ফনা পাম্‌হুনস্তু ব্রাদনবগী চানব পাম্বৈহুমক্তি খঙ্বা ওম্খিদে, অস্তুম্না মখোয়না অশোন্ব মতৌ অমা ফোঙ্দোক্লরি। মখোয়না অব্রাববু খংলাক্-লাক্শিন্নবা, মখোঙ্না খংনোঙ্গ-নোঙ্গহত্তুনা জয় তৌননবা য়ায় কন্না হোংলৈ; অদুবু মহয়দি থক্ য়ান্দে, মরম্দি মহু প্রকৃতিগী মায়োক্তা চংপনি। গীতানা হায়রি—প্রকৃতিং য়ান্তি ভূতানি, নিগ্রহঃ কিং করিষ্যতি। জীব পুম্নমক্ মশা মশাগী হৌনশা-প্রকৃতি অদুগী মতুংইন্না চংলি, হিংলি মীওইবনা মহৌশাগী ওইনা হৈনজরক্লব লম্চং-স্বভাবকী মতুংইন্না ব্রাববু তারবস্তু নুংঙাইবু-নুংঙাইবা তারবদস্তু—ওইরক্ ওইরক্লিব ফিভম্ মতাহুদা অদুম্ হিংই, হিংবা ভাবনি। কত্তবু অপাম্ব মতুংইন্না খংলাক্-লাক্শিল্লুবা হৌনদে, য়াদে, মহুনা করিদি কান্নগনি?

অব্রাববু অমুক্তদা খংলাক্-লাক্শিল্লুবদা মীওইবগী থম্মোই খংকং কংশিল্লকই কন্থংপা হেল্লকই। মিনুংশি পল্লক্কে—

মুংশি য়াখল্ তুংওইনরকুই। মশামক্তদা অয়াবা ফাওরক্লবমক্তদস্থ মমিত্তগী পি-তাদে, অয়াবা ফোঙ্দোক্তে। মমৈথংদদি—"মসিদি করিমত্ত নত্তে," হায়না ইরাঙ্গ-লাঙ্গনা খাংদোকৃপদা হৈনরকুই ইমুং-মমুঙ্গী অয়াবা, মরূপ্-মপাঙ্গী অয়াবা, ইজাতিগী অয়াবা অসিনচিংব সংসারগী মখল্-মখা য়াম্লব অয়াবশিংগী চৈক্ষু-চৈনাশিংদু মপুংফানা খঙ্লবদস্থ মপান্থোংদা খক্ উংথোক্লুদনা তুমিন্না ইথন্ত ইপুক্লিংতদা খাংজগনি, অস্থুম্ব পুকৃচেল্ অসিমক্তি মপাঙ্গল্ য়াম্ন কন্ব মীগী নাপল্নি—আস্থরিক সাধনানি (হিংচাব লাইনীংনি)। তৌববুদি মায়গৈ অমরোম্দা মসিগী কান্নবস্থ মলৈ। ক্নাগুম্ব মীনা স্থপ্নগী ভৌতিক্ উন্নতিতবু পাম্নবদি— আস্থরিক্ সাধনা অসিনা থবক্ পাঙ্থোক্লে অদুগা মসিমক্ অয়াব কোক্লব মতিক্চারব পাস্বৈমক্তি নত্তে, মসি অয়াংব শিক্ষাস্থ নত্তে অয়াব কোক্লবগী মতিক্চারব পাস্বৈমক্তি জ্ঞান, শান্তি অমস্থং সমতা মখোয় অহুম্সিনি।

সমতাগী মফম্দি বুদ্ধিনি, চিত্ত (পুক্লিং) অমদি প্রাণ (থবায়) নত্তে। বুদ্ধিনা চাননা লৈতারবদা চিত্ত প্রাণ অনিস্থ অহুম্ মেম্-থজখি। প্রেম্নচিংবস্থ—ময়াং হৌখিদে। প্রকৃতিং যান্তি ভূতানি তেংবান্বগী জীব পুম্নমক্ প্রকৃতিদা লোয়না চংজরিবনি, হায়রিব থৌদৌ মতা অস্থুম্না—প্রেম্নচিংব পুক্লিং মওং কায়হন্নবগী প্রকৃতিগী থবক্ ময়াম্দগী ইশাসি পুম্নান্-নান্থোক্লবগী অমত্ত ওাইরব পাস্বৈদি পরব্রহ্ম [ পরমেশ্বরদা ] তীন্শিন্থিবনি। মহুতনা—অফা-অপুন্গী লাংতম্না পিকৃথন্না লৈরব প্রক্তিগী তম্পাকৃথক্সিদা লৈন লৈন

মঙোন্দগী চাননা তোপ্প-তায় তাহনা তোঙান্না লৈথোক্খিবা খক্ ওইথোক্তে। থোংলব মতৌবু মথাদোক্প্রবদি মাগী মহুৎ কল্লব মতৌনা (কঠোরতানা) শীজিন্নখিবা হৌনশানি, শোয়দ্রবনি। কনাগুম্বনা অৱা মৈচাক্ খাংনা খাংনা মনুংদা মহুম্ লোৎশিন্নবা হোংনৈ। অহুম্ব মনুঙ্গী মৈচাক্ অহুনা মীওইবগী পুক্নিং-ৱাখল্ লোম্হল্লি, থম্মোই কংশিল্হল্লি। মতৌ অসুম্না অৱাববু খংনম্-নম্থরুবদগী অতৈ অতৈ অৱাব কয়ামরুম্ অমুক্ চোংথোরকুই হেন্গংলক্ই।

---

গীতাদা বিশ্বরূপ দর্শন।

"বন্দে মাতরম্" কৌব ৱারেংগী মতাং অমদা মরূপ্ বিপিন্চন্দ্র পালনা "বিশ্বরূপ্ দর্শনগী ৱাবু কবি কল্পনাতনি, চানব ওইথোক্-খিব নত্তে" অসুম্না ইরি। মসি ঐখোয় য়ানীংদে। বিশ্বরূপ দর্শনদি গীতাগী থোয়দোক্-হেন্দোক্ল কান্নরব মচাক্নি। অর্জুনগী মপুক্নিংদা চিংনরম্ব 'পুম্বহু—করি তৌগদনো, পোলেপ্কম্ খঙদনা কঙাওনরিব মতৌহু শ্রীকৃষ্ণনা কল্লব তর্ক-যুক্তিনা তক্থোক্-পিখি, মঙোন্দা মপুংফারব জ্ঞান পীবিখি।

জ্ঞান লৈরব অর্জুনন অন্তর্য্যামী ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী চান্ব শক্কম্হুমক্ মপুংফানা—মমিং খিংনা লোয়নশূনা উজনীংলম্মি। মরম্দি অসি ওইবতায় মহুদি—হৌজিক্ অর্জুনগী মমাংদা শ্রীকৃষ্ণনা ইনশিল্লক্প থৌদা কয়া লৈরে, অহুবু মখোয়হু মহাক্ মমুত্তানা খঙ্ত্রি, করিনো, কম্দৌনা থবক্ পাঙ্থোক্কদৌরিবনো? মহুগী

মহয়না করি ওইরগদনো ? অমত্তা খঙ্‌ঙ্গ্রি। মাহাকৃপু লম্‌জীং-বিরিব শ্রীকৃষ্ণনা পীরিব থৌদাঙ্গ হেক্ক হিক্তোকৃপস্থ য়াদ্রি। অর্জুন, হৌজিক্‌ নুং অনিগী মরক্তা হা ওললে। থবক্‌ হেক্ক পায়খৎপস্থ য়াদ্রে, হেক্ক হন্দোকৃপস্থ য়াদ্রে; নিংজিং-মাংজিংননা য়ায়া রানা খাংলে। অর্জুনগী অস্থুস্থ ফিভম্‌ মতা অসি মুন্‌না খঙ্‌বিরঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণনা—মশাগী বিরাটমূর্ত্তিঙ্গ উহন্‌বিনীংই, অঙ্গগা তৌফম্‌ খঙ্‌দ্রঙ্গনা মখুত্তগী খুৎলাই থাদোক্লগা তুমিন্‌না ফম্লব অর্জুনন মাগী মওং-মতৌ অঙ্গমক্লস্থ বিশ্বরূপ দশ´ন তৌজনীংবা ফোঙ্‌দোকৃখি, মঙ্গবু অন্তর্যামী ভগবান্‌না তরংনা উবিখি, মনাইগী নীংবা থুংহন্‌বিখি।

বিশ্বরূপ দশ´ন হেক্ক ফংবদগীদি অর্জুনগী চিংনব পুম্নমক্ক কোকৃখি। মম্মস্থ পুম্নমক্ক ঙানখি। ভ্রম-মোহ পুম্নমক্ক মাঙ্‌খি, মপুক্লিং লৈতাখি। মতাং-ফিভম্‌ অঙ্গ য়ৌরবতদা—অর্জুন গীতাগী রহস্যবু নিংথিনা লৌশিন্‌বা ঙম্লব, গীতা শিক্ষাগী মতিকৃচারব পাত্র অমা ওইখি। বিশ্বরূপ দশ´ন ফংদ্রিঙৈ মমাংদা—শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকৃপিখিবশিংঙ্গদি চুম্ন সাধক্‌ অমগী কান্‌ননিঙাই ওইরব লাইনীং লম্বীতনি, জ্ঞানগী মপান্‌থোঙ্গী ওইবা পাউতাকৃশিংনি। বিশ্বরূপ দশ´ন ফংলব মতুংদা অর্জুনদা পীবিরিব পাউতাকৃশিংসিদি—অচম্ব অমতা নত্তে, থোয়দোক্লা ধুম্লব জ্ঞান অঙ্গনি, পূর্ণসত্যানি, য়ায় মতম্‌ শাংনা কান্‌নরগদব শিক্ষানি। মরম্‌ অসিনা গীতাদা বিশ্বরূপ দশ´নগী কান্‌নবা য়ায় চাউনা লৈ, অচম্ব কন্নবা খক্ক নত্তে। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াব হাকম্‌ অমা লৈ মঙ্গদি—যোগ সাধনাদগী

ক্ষংনরিব য়াম্ন চিংলেম্না মপুংফারব শিক্ষা অদুগা মখল্-মখা য়াম্লব ভারতকী দর্শনশিঙ্গী মখল্-মখা য়াম্লব মতশিং ( লম্বীশিং ) অসি পুম্নমক্কসি মতাং-মতাংঙ্গা মতুংইনন্না। মফম্-মতম্গা চান চাননা ] কবিগী ( দার্শনিক্কী ) কল্পনা লোয়না ওইরক্কই। মখোয়সিদগী গীতা শিক্ষানা থোয়দোক্লিবদি—গীতাগী বিশ্বরূপ দর্শনদি—ক্ষনা মখল্-মখা য়াম্লব মতাংশিং ফিভম্শিং থেংনরবদস্সু মাহাক্কী কান্নবদু খক্ক হোঙদে, সত্যানি, সত্য ওইদুনা অদুম্ লৈহৌখিগনি, কল্পনা—ভাবনা পংশা-শাজিন্বা নত্তে। নীংশিংহৌগদব ৱাফম্ অমস্তু লৈরি মদুদি—বিশ্বরূপ দর্শনগী সত্য ব্যবহারিক্ক জগৎকী সত্যগুম্বদি নত্তে—য়াম্নমক্ক প্রাকৃতিক ওইরব সত্যদু নত্তে। বিশ্বপ্রকৃতিগী মন্থুং চল্লিব ভগবান্গী বিশ্বরূপ অদু ব্যবহারিক্ক সত্য—হায়বগা তৌবগা মান্নরবা চাননা চান-চুনরব প্রাকৃতিক্ক সত্যদু ওইবা ঙাদে। অদুনা—বিশ্বরূপতি কারণ জগৎকী ( উরিব জগৎ অসিগী হৌফম্ মরূগী ) সত্যনি। হায়রিব কারণ জগৎকী শকক্ষম্ অদুবু দিব্যচক্ষুতদা মমি তায়, মাঙনা উবা ঙম্মি। দিব্য-চক্ষু ফংজরব অর্জুননা নিংথিজনা উজখিৱবসি—কারণ জগৎকী বিশ্বরূপ অদুনি।

---

সাকার-নিরাকার—শক্লাইবা অমস্তুং শক্লাইদবা।

সাকার ( শক্লাইবা ) নিরাকার ( শক্লাইদবা ) অক্ষুম্না লাইনীং লম্বী (উপাসনা পদ্ধতি) অনিথোক্লা লেপ্পরি। ভগবান্গী সাকার

উপাসনা তৌবমীশিংনা মশা-মশাগী ৱাখল্ পরিং তুংইন্না মাহাক্না শকুফম্ কয়ামরুম্ লেপ্লরি, ৱাহৈগী তুলিকানা শকুফম্ কয়ামরুম্ য়েক্লরি, মূর্ত্তি কয়া পুথোক্লরি, ঈড়াংনরি। থৌদৌশিংসিদগী মনুংহুক্তিনা চংশিল্লক্তুনা—[মখোয়না নীংলিব অহুতনা অথোয়বনি হায়নীংবদগী] নিরাকারব্রহ্মগী শাংনা তাক্লিব তত্বশিংদুগী তোঙান্-তোঙান্‌ব ব্যাখ্যাশিং তৌথোক্লহুনা ব্রহ্মগী নিগুর্ণতত্ত্বু শীংথানদে, য়ায়মক্ য়ানীংদবা উংলি সাকারবাদীশিংনা। ৱাফম্শিং অসিবু য়ানীংদবা উংলহুনা নিরাকারবাদীশিংনা অসুম্না অমুক্ হায়রি—মখোয়না তর্ক অসি পীরি মহুদি—“ব্রহ্মগী মওং-মতৌ, শকুফমচিংব শীংথানরিবা, মূর্ত্তি পুথোক্লিবা অহুগা ৱাহৈগী তুলিকয়া য়েক্লরিবশিং অসি রূপকনি, উপমা অহুক্ পীবনি” [উপমা অলঙ্কারনা ফজনা খঙ্হন্নবা হোংনবনি, মখোয়সিনা অরোয়বা নত্তে, মীয়ামগী পুক্লিং-ৱাখল্ চাংশিন্‌বা য়ানবা শেম্লব অরায়ব পান্থৈতনি] মতৌ অসুম্না সগুণ ব্রহ্ম নীংলিব অমসুং নিগুর্ণ ব্রহ্ম নীংলিব মী কাংলুপ্ অনিসি মতম্ য়াম্না শাংনদগী য়েংনহুনতা লাকুই, লোয়বা নাইদে।

সাকার-নিরাকার লম্বী অনিসিগী মরীদা য়েংনব লোয়দ্রিবসিমক্তি উপাসকশিঙ্গী মিংয়েং খুবদগী পোকৃপনি। মপুং ফাদ্রিব থোপ্‌কী পোখোক্লি। ৱাফম্ অসি সাকারব্রহ্ম নিরাকারব্রহ্ম অনিমক্ নিংথিনা খঙ্লগা ব্রহ্মগী শকুফম্ নত্রগা মওং-মতৌদি অসিনি হায়ন চপ্‌চানা লেপ্‌পহুনা হায়রম্বা-তাক্লম্বা ৱাফম নত্তে। অনিসিদা—অসিনা ‘সত্যনি,’ অহুনা ‘অসত্যনি’ হায়না চপ্‌চানা

লেপ্‌পা ঙম্বা কনাগুম্ব অমত্ত য়াওদ্রি ঙসিফাওবদা। করে, শাস্ত্রগী যুক্তি-তর্ক নচিংবশিঙ্গী মতেংনা লেপ্‌কদব অমা লেপ্‌পগা— 'অসিনি,' 'অদুনি' হায়বা অচেৎপা ফিরেপ্‌ মলৌরবদস্তু—"ব্রহ্ম জ্ঞানগী অরোয়ব প্রমাণনি, অরেপ্‌প শকুফম্নি, হায়না মীয়াম্না য়েৎনরিব কাংব্‌ অনিসিমক্তস্তু চেৎনা থাজনরিব ভগবান্‌গী—নিত্য-সত্য-স্বরূপ সচ্চিদানন্দ স্বরূপ অদুবু কনানা কম্‌দোনা মাঙ্‌হন্‌বা ঙম্‌গনি? হায়বদি—শীংথারিব মাগী শকুফম্‌ অসিবু (সচ্চিদানন্দ স্বরূপ) য়াদবদি (মসিবু লাল্‌লি হায়বদি) থকু ওইথোক্লোই; মসিবুদি—বিষয়সিদা য়েৎনরিব কাংলুপ্‌ অনিমক্তস্তু লৌনফম্‌ থোকুই [লৌনরি]।

মীওইবগী, অরাংব থাকী ঋষিশিংমকীস্তু মহৌশাগী হৈনজবী অমা লৈ, মদুদি—মাহাক্না নিংথিনা খঙ্‌লুরব পোৎ অদু তুঙ্গী মীয়োলদা তেংনা তাক্লম্মি, শেংনা খঙ্‌হন্‌বিরম্মি। মঙোন্দা লৈরিব জ্ঞান পুম্নমক্ লোয়না শন্দোক্লম্মি। শাগোল্লনা থকু মাঙ্‌মিল্লখিদে। মসি মীওইবদা পক্লিব মগুণনি। নির্গুণব্রহ্মগী, নিরাকারব্রহ্মগী, পরব্রহ্মগী, ভগবান্‌গী—হায়নীংব মিং অমা হেক্তা মহায়রশি মাহাক্না মশকু-মওং চপ্‌চানা খঙ্‌লুরবা মীদুনা—"অসিমক্তি," "অদুমক্তি" অমা তাক্লস্বা শোয়দ্রবনি, তাক্লম্ফম্‌ থোক্লিবনি; অদুবু লাইবক্-থিবদি—য়েৎনরিব বিষয়সিদা চপচানা খঙ্‌লব, মপূংফারব কনামত্তা য়াওখিদ্রি। সাকারতত্ত্ব নিরাকারতত্ত্ব অনিবু মপূংফানা অরাংপ লৈতনা হৈখিব কনাগুম্ব অমত্তা লৈদ্রি, লৈরকদবস্তু যান্দে। সীমা লৈতব ব্রহ্মদুবু কনানা কম্‌দোনা করিগুম্ব সীমা অমদা পুশিন্‌গদগে?

ব্রহ্মগী নিগুর্ণত্ব, অমদি নিরাকারত্ব—মতৌ অনিসিদগী করিগুম্ব—অমত্তবু শীংথানীংদ্রবদি লৌশিন্নীংদ্রবদি—মহু সাধকু ওইদ্রে। মসিদি ভগবান্বু থৌশাদব মতৌ ওইরে।

কনাগুম্ব সাধক্লা মাগী মবুংঙোদি সাকারনি, নীংজরগা মাগী মফম্দা মাহাকু জগৎকী কর্ত্তানি, পুম্নমক্সিগী মপুনি, মাহাকুপু করিগুম্ব অমত্তনা লাকুশিন্বা, ফাজিন্-পুন্শিন্বা ইয়া-য়াদবনি। নিরাকারনি—হায়না নীংজরগস্থু মাহাকুপু করিগুম্ব অমত্তনা লাকুশিন্বা, ফাজিন্-পুন্শিন্বা ইয়ায়াদবনি [ অদুগা অমুকুস্থু মাহাক্তি সাকার-নিরাকার শকৃফম্ অনিমক্কী মখা পোন্বস্থু নত্তে]। ভগবান্দি সর্ব্বশক্তিমান্নি। মিৎনা উনরিব প্রকৃতি অমস্তুং উবা ফংদবা প্রকৃতি অনিমক্কী ( ব্রহ্মাণ্ড অসিগী ) য়াংমদা লৈবনি। প্রকৃতিগী নিয়ম্শিংনা ফাজিন্নবা হোংনরুবদি অজ্ঞাননি, নোক্নি-কম্নি। ভগবান্ নিরাকারনি, সাকারস্থুনি, মাবু করিগুম্ব পাম্বৈ (শক্তি) অমত্তা তাকুপা ইওম্ ঙম্দবনি। মাহাক্লা কনাগুম্ব সাধকু অমদা সাকার ওইনা উহন্বি—মশামক্কী য়ায় মপুংফারব শকৃফমদু অসিনি হায়না চপ্চানা খঙ্হল্লি। মাহাক্তনা ব্রহ্মাণ্ড পুম্বসি শীন্ব থুংলিবনি। মাহাক্তি মফম্-মতম্ অনিমক্তগী থোয়দোকুপনি। অনিসিনা মাবু তাকুপা অমদি শাজিন্-পুন্শিন্বা ইয়া য়াদবনি। শাস্ত্রগী করিগুম্ব যুক্তি-তর্ক অমতনা মাবু তাকুপা অমদি শোক্লবা ঙম্দবনি। মফম্ অমস্তুং মতম্ অনিসি ভগবান্গী লীলা শান্নব খুংলাইশিংনি। মাহাক্লা অনিসিতনা জগৎকী জীব পুম্নমকুপু লীলা শান্নরিবনি, অদুম্নদি ওইরগা জগৎকী জীবশিংনা মাহাকুপু

শান্নবা নত্রগা ফাজিন্বা থক্ ঙম্দে। মীওইবনা মশানা পুথোকচবা [ঋষিশিংনা তাক্লম্বমকপু ওইরবস্লু] দাশ নিক বিচারশিং অমদি অতৈ-অতৈ তর্ক-যুক্তিশিং পান্থৈনরহুনা মফম্ মতম্গী ফজরব মচু লাংলব মথল্-মথল্গী লীলাশিং অহুদগী মশানা মশা-মকপু নান্থোক্লবা হোৎনবা মহয় য়াল্লহুনা নান্থোকচরক্লবনি, হায়না ফনা থাজজহুনা লৈথোক্লবদস্লু—[ হায়বদি ভগবান্গী লীলা-শিঙ্গী মমিফাওব তাত্রব করিগুম্ব মফম্-মতম্ অমদা থুগ্না লৈজরবনি, হায়না থাজহুনা লৈথোক্লবদস্লু—মহুনা করিমত কাপ্পদে, স্বপ্নগী 'ভ্রমতনি' ]। অন্তর্যামী ভগবান্না ঐখোয়না তৌ.রিব থৌদৌশিং অহুবু মনুং-মপান্ লোয়না খঙ্বিরহুনা [ (মামোন্ নোকপিরি ] 'ঐখোয়গী ইমাংদা, ইতুংদা, নাকল্দা, অরাপ্পদা, অনক্পদা (মফম্ পূম্নমক্তা) মাহাক্নী 'বিশ্বরূপ অহু' তত্তনা উৎপিরি। মাহাক্তি জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিদগী পুম্থোই-থোইদোক্-হেন্দোকপনি, মসিদগী মাহাক্না রাং-চাউবনি। ঐখোয়গী থেল্লব পুক্নিং-হাখল্ অমদি বুদ্ধি লৌশিং অসি ভগবান্না লায়না মায়থিহল্লি। নৈনরিব রাফম্ অসিগী সারাংশমক্তি—"ঐহাক্তি ভগবানবু খঙ্বা ঙম্রবনি, খঙ্লবনি, হায়রিব মীহু করিমত্তা মখঙ্দ্রবনি অহুগা ঐদি ভগবানবু খজিক্কুং খঙ্লে নত্রগা ঐদি ভগবানবু করিমত্তা খঙ্দে হায়রিব মী অহুদি চানব জ্ঞানীনি, নিংথিনা জ্ঞান লৈরবনি।

---

বিশ্বরূপ দর্শন।

শক্তি নীংব ( শাক্ত ), কর্ম্ম তৌরিব কর্ম্মযোগী, লীলা পুরু-ষোত্তমগী লীলা শাননমব খুৎলাই-যন্ত্রশিল্পী মশক্ লৌরহনা মাগী থৌদাশিংবু থবক্ 'ওইনা হেক্-হেক্পাঙ্‌থোক্লিব মীওই—মথোয় ময়াম্‌সিনা সর্ব্বশক্তিমান্ ভগবানগী মপুংফারব 'বিশ্বরূপ-অহু' শংশংনা দর্শন ফংজবা য়ায় ভগাইফদে। মসিভনা মপুগী থৌদাশিংবু থবক্ ওইনা পাঙ্‌থোক্লিবনি। মপুগী থৌদাদি য়ায় মাংজৌননা ফংবা য়াই, অহুমদি ওইরগা বিশ্বরূপ দর্শন হেক্ ফংদ্রিমথৈদি—থৌদাশিংহু থবক্ ওইনা পাঙ্‌থোক্কে, পাঙ্‌থোক্লীংব ( উৎসাহ ) পোক্কে। খুদম্ ওইনা—মপুগী থৌদা ফংজবা ফাওবদি সুখগী থৌরীদি লৈরে, মহুনা পুনগদবহু পুন্দ্রি, থবক্ শীজিননদ্রি, হায়ব-গুম্বনি। মাহাক্না পাঙ্‌থোক্হন্‌নীংলিব থবক্কী থৌদা ফংলগা মপু মাগী চানব শক্ফম্—বিশ্বরূপ অহু উদ্রিবা তাঞ্জা অহু ফাওবদি মাগী কর্ম্মশিক্ষা—থবক্ তাক্লক্পগী অহানব থৌরাং ভৌরা হৌগৎ-লক্পা ভান্‌ফম্ অহুখক্তনি। বিশ্বরূপ দর্শন তৌবনা থৌদাশিংহুগী চানব থবক্ তৌব হৌরক্পনি।

'বিশ্বরূপ দর্শন' হায়বসিগী মওং-মতৌ য়াম্মি, অমথক্তা নত্তে। মান-মানা নীংজরিব লাইহুগী (ইষ্টদেবগী) বিরাট্ মূর্ত্তিহুগী বিশ্বরূপ অহু সাধক্ অহুগী পুক্লিং-বাখল্‌দা অমদি থোপ্-থম্মোইদা নিংথিনা ভান্‌থোক্ই। সাধক্কী পুক্লিং-বাখলগী মথা পোল্‌লি। কালী নীংব মীনা কালীদেবীগী বিশ্বরূপ দর্শন ফংজবা য়াই। মাহাক্না জগৎ পুম্নমক্কী শক্ফম্ 'পুম্ব মশাদা লোয়নরিবী [ মতোন্দগী জগৎ

অসি থোকৃহনগ্রিবী-শেম্খ্রিবী ] ইমাগী মুপী শকৃফমহু শংশংনা উগনি। শাক্তনা কল্পনা তৌরিব 'বিশ্বরূপগী' মশীং লাকুণমগ্রব জীবশিঙ্গী হকৃচাংশিং, চোয়না তারব মুরব শম্লাংনা অতিয়া কৃপ্‌শিল্‌লিব মতৌ, ঈ-তৈরব থাংশাং পাম্নরিবী, জগোই-শারিবী, অকিব মীনোকৃ নোক্লিবী ; অসিনচিংব সাকার উপাসনা তৌরিব শাক্তনা পাম্জবা মূর্ত্তি অমদি মাগী লৈতেং শূনা য়াওরব বিশ্বরূপ ওইগনি। মসি কবিগী অচম্ব কল্পনা নত্তে, মহৃয় য়াব্রব বর্ণনাস্থু নত্তে। মসিদি কালী মাতানা মশামক্লা মশাবু মপুংফানা উশোকৃপনি ; কালি মাতাগী প্রকৃতিক্‌ বিভূতিনি। মসিদি 'দিব্যচক্ষুতনা' উবা ঙম্মি, অতৈনা ঙম্দে। দিব্যচক্ষুনা উরুবহু লোল্‌না ফোঙ্‌দোরক্‌পনি। অর্জুনকালীগী বিশ্বরূপ উখিদে। কালীমক্কী শক্লোল্‌ পুবিরিব শ্রীকৃষ্ণগী সংসার 'পুম্ববু সংহার তৌব ওস্ব 'বিশ্বরূপ অহু' দিব্যচক্ষুনা উখিবনি। অমগুনি। মপান্‌থোঙ্গী ব্যবহারিক্‌ জ্ঞান মাঙ্‌গ্রহুনা—সমাধিদা লৈরিঙৈদা উখিবা নত্তে। শ্রীকৃষ্ণনা লালফম্দা অর্জুনদা উহন্‌খিবহুমক্‌ ইকায়-কায়দনা ব্যাসদেবনা মপুংফানা বর্ণন তৌরম্বনি। মঙ্‌ নত্তে, ভাবনা পংশা-শাবা নত্তে, সত্যনি—নিংথিনা মিকপ্‌ থোক্লিঙৈগী সত্যনি [ পুম্নুম্নুন্নব ব্যবহারিক্‌ সত্যনি ]।

---

কারণ জগৎকী শকৃফম্—

সর্ব্বশক্তিমান্‌ ভগবান্‌না জগৎ অসিদা কোঙ্‌না লীলা শান্নবগীদমকৃ পান্থৈ অহুম্থকৃ পালোয়নবিরম্মি। (১) জাগ্রৎ

(২) স্বপ্ন (৩) সুষুপ্তি। মাহাক্না শান্নবিথিব লীলাশিংগী মমিংস্থ হায়রিব পাম্বে অহুম্ অসিগী মমিং লৌরগা থোন্থি। জগৎ সৃষ্টিগী মনুংদা লৈরিব জীবশিঙ্গী মপাঙ্গল্-মরৌশিং, অমদি অবস্থানচিংবগী মতুংইন্না—কনাগুম্ব জীবনা জাগ্রৎ অবস্থাদা লৈ, কনামনা স্বপ্ন অবস্থাদা লৈ, অতৈনা সুষুপ্তি অবস্থাদা লৈ; অস্নুম্না জগৎকী জীবশিংনা হিংলিব মতৌ অসিবু পৌরম্মা মথল্ অহুম্নি, লেপ্পরি।

পাম্বে অহুম্হু শন্দোক্না নৈনসি—

১। ভগবান্গী জাগ্রৎ—মতম্দা লৈরিব জগৎ অসি স্থূল জগৎ কৌই।

২। ভগবান্গী স্বপ্ন-মতম্দা লৈরিব জগৎ অদুবু সূক্ষ্ম জগৎ কৌই।

৩। ভগবান্গী সুষুপ্তি মতম্দা লৈরিব জগৎ অদুবু কারণ জগৎ কৌই।

ভগবান্গী জাগ্রৎ মতম্গী স্থূল জগৎ অসি মাহাক্কী পিক্লব কলা মচেৎ অমথক্কনা লীলা শাম্বে। মাহাক্কী শক্তি মচেৎ অমত্তনা পুম্নমক্পসি পুবিরিবনি। স্বপ্নগী সূক্ষ্ম জগত্তস্থ মাহাক্না মপুং ফানা লীলা শান্নৈ অদুগা সুষুপ্তিগী কারণ জগৎ অসিদি অনৌকিকনি, মীওইবনা খঙ্বা ঙম্লিব মফম্-মতম্নচিংবগী বাংমদা তোপ্পা-তাম্না বাংনা লৈবনি।

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা হায়খি—"ঐহাক্না ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংসি হান্না হাত্তোক্লবনি।" বাফম্ অসিগী মতুং ইন্না মীওইবগী চৎনবিদদি—দুর্য্যোধন্নচিংবশিংহু কুরুক্ষেত্রদা উকম্ থোক্ত্রবনি মতম্গা মথোম্নহু শিনা উরগদবনি, তৌইগুম্বস্থং মথোম্নহু—লাম্নীলক্কা

য়াওরি, হিংলি, লালগীদমক্ শেম্ শারি, মখোয়হু কনামত্তা ভেক্ কায়ব্রি অহুবু—শ্রীকৃষ্ণনদি—"ময়েবেতে নিহতাঃ পুর্ব্বমেব নিতিভ্ত-মাত্রং ভব সব্যসাচিন্।" অস্নুম্না তাকুপিরি; মসি অসত্য নত্তে, করিগুম্ব ৰাকম্ অমগী মপা লাক্তুনা পংহায় হায়খিবস্নু ( উপমান-চিংবস্নু ) নত্তে। মসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ফোঙ্দোকুপিরিব রহস্তদি—হুর্য্যোধনন্নচিংব ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংহু ঐহাক্লা কারণ জগত্তা হাং-তোকুপ্রবনি, অসিনি স্থূল জগত্তা হাংখিবা নত্তে। ফোঙ্না লান্‌কম্‌হুদা হাংপদি নিয়ম্না য়াদে, মহু তৌস্নু তৌখিদে। হায়রিব কারণ জগংকী ৰাকম্ অসি উরিব জগং অসিদা, ঐখোয় ময়াম্‌গী থবক্-থৌদৌশিংদা, [মশক্ ইউউদনা] ইয়াও-য়াওরিবনি, পুম্নমক্তা মাগী মমি ইতা-তারিবনি অহুগা কারণ জগং অসিগী নিয়ম্, মাগী শকুফম্, মাগী দেশ-কাল অমদি - মমিংশিংদি ঐখোয়গী জগং ( স্থূল জগং ) অসিদগী পুম্‌তোং-তোংঙাল্‌লি। ফিভম্ মতা অসিদা ঐখোয়না খঙ্গদবদি—ভগবান্‌গী 'বিশ্বরূপ' হায়রিবসি কারণ জগং অহুমকী শকুফম্নি, মহুবু মাহাক্লা—উবা-খঙ্বা য়ানা ফোঙ্দোক্লকুপিবনি। অহুনা 'বিশ্বরূপতি' দিব্যচক্ষুভনা উবা ঙম্নি, অতৈনা ঙম্‌দে।

---

দিব্যচক্ষু—

দিব্যচক্ষু হায়বসি করিনো? মসিমক্তি কল্পনাদগী পোক্লকুপ নত্তে অহুগা করিগুম্ব অমগী মপা লাক্তুনা উপমা পীরহুনা পংহায়

হায়রবস্থ নত্তে। মসিদি যোগ সাধনাদগী ফংনবনি, ইচম্‌চম্না ফংব য়াবা নত্তে। মীওইবনা, যোগ সাধনাদগী দৃষ্টি মখল্ অহুম্ ফংবা ঙম্মি (১) সূক্ষ্মদৃষ্টি (৩) বিজ্ঞানচক্ষু (৩) দিব্যচক্ষু।

১। মীওইবনা, তাইবংদা, করিগুম্বদনা মঙ্দা পুক্লিং রাখল্তনা (কল্পনাতনা) শাগৎলিব মানশিক মূর্ত্তি (পুকুথোক্ শকুফম্) অদুবু সূক্ষ্ম দৃষ্টিনা মরম্ ওইরদুনা উবা ঙম্মি।

২। মীওইবনা, সমাধি তৌরিঙৈদা (চেৎনা লাইনীংলিঙৈদা) সূক্ষ্ম জগৎ অমদি কারণ জগৎ অনিগী মরক্তী ওইবা নত্রগা অনিসিগী মনুং চন্ব—শক্লাই-চুনাইরব শকুফম্শিং অদুগা ইঙ্গিত্তনা কোঙ্-দোক্লরদুনা খঙ্নরিব শকুফম্শিংদুবু বিজ্ঞান-চক্ষুনা মরম্ ওইরদুনা উবা খঙ্বা ঙম্মি -পুক্লিং-রাখল্দা।

৩। মীওইবনা, দিব্যচক্ষুনা মরম্ ওইরদুনা কারণ জগৎপু লোয়না শূনা খঙ্বা ঙম্মি, সমাধি তৌরিঙৈদস্থ মসিনা খঙ্নরিবনি। মীওইবগী অচম্ব মিৎ অসিদগীদি দিব্যচক্ষুনা য়াম্না থোয়দোক্-হেন্দোক্লা খঙ্বা ঙম্মি। মীওইবগী মিৎ-নাকোংনচিংব ইন্দ্রিয়শিংনা উব-খঙ্বা ইঙম্-ঙম্ত্রবদু দিব্যচক্ষুনা উব-খঙ্বা ঙম্মী। দিব্যচক্ষু অসিগী মতেংতনা—অর্জুননা মশাগী জাগ্রৎ অবস্থাদুমক্তদা ভগবানগী কারণ জগৎকী মনুং চল্লিব 'বিশ্বরূপ' অদু দর্শন তৌখি ; মদুতদা মাহাক্কী চিংনব 'পুম্ব কোকুখি। হায়রিব 'বিশ্বরূপ দর্শন' অসি চানব ব্যবহারিক-সত্যাদুমক্তি নত্রবস্থ মঙোন্দগীদি য়াম্ন য়াংলব সত্য অমনি, কল্পনা নত্তে।

---

পুরাণ—

উপনিষদ্‌শিংনা হিন্দু ধর্ম্মগী প্রমাণ ওইনবগুম্ পুরাণস্তু অহুগা শ্রুতিনস্তু ধর্ম্ম অসিগী চেৎলব প্রমাণ ওইনৈ, মখোয়সিনা মাহাকপু চুম্শানা শোগৎলি। মখোয় অহুম্সিনা কোন্নরক্রবদা স্মৃতিনা ধর্ম্ম অসিবু শোগৎলি—মাহাক্ন মতিকচার-চারব প্রমাণশিংগী। হায়রিব শাস্ত্র মখল্ মরিসিগী শীজিন্নফম্ আদর্শশিংদি ইমান্ মান্নদে। শ্রুতিগা য়েৎনরক্লবদা—অমনা-অমগী ব্রা কক্লরক্লবদা শ্রুতিগী ব্রা লৌগনি, মাবু অথোয়বব প্রমাণ ওইনা লৌগনি। যোগ সাধনাদা সিদ্ধ ওইরব, দিব্যচক্ষু ফংলব ঋষিশিংনা মমিংনা শং-শং উরক্লবা নত্রগা অন্তর্য্যামী—জগৎ গুরুশিংনা ঋষি মথাং-মথাংশিংদা নিংথিনা চুশিন্না হৈহল্লম্লব—মখোয়না তৌথোরকুইব থবকশিংদা নিংথিনা মমি তাবা উনরব বিদ্যাশিং অহুবুনি শ্রুতি ( বেদ ) হায়না খঙ্নরিবসি। মতম্ কুইনগী মমাংদগী মীওইবগী বিদ্যাশিং, মরোশিংশিং অমদি অনুভব-জ্ঞানশিংবু মীয়োল্ মী-থাং কয়া কয়াদা মহৈ-মহৈ শীন্নরহুনা (অমনা অমদা তাক্নরহুনা) নিংথিনা লেঙ্দনা ভাক্লক্লিব মীওইবগী মহৈহুবু স্মৃতি হায়না খঙ্নৈ। মসি মশক কয়া হোঙ্গ্রবনি, কয়ারক শেম্‌দোকপ্রবনি। অনৌ-অনৌব মত কয়া হাপ্চিন্‌গ্রবনি। মতম্-মতম্গী কান্নরব থবক কয়ামক্নম্ মাহাক্তনা পাঙ্থোক্লক্লবনি। মরম্ অসিনা মাহাকসিস্তু শ্রুতিগুম্না ফিরেপ্ তানা লেপ্লবনি। স্মৃতি অসিমক্তি মীওই কয়ানা নত্রগা কনাগুম্ব মতিক মঙাল্ চাউনা বিদ্যা লৈব মীওই অমনা শেম্বনি।

স্মৃতিলক্তা পুরাণনা অথোয়বনি। উপনিষদকী আধ্যাত্মিক

ভব কয়ামরূম্ ঋষিশিংনা পুরাণশিংদা হাপ্চিন্দ্না লেংলম্মি, নৈনরম্মি। মখোয় ময়ামত্তুগী মরক্তা—ভারতকী ইতিহাস, হিন্দু ধর্ম্মনা চাউখৎলকপগী রারী অমস্তুং মমাংগৈ মতম্গী ভারতকী রায়েন্-পথাপ্শিং চংনবিশিং, যোগ সাধন, ঈড়াৎ-পূজা অসিন-চিংবগী মরু ওইরব রাকম্ কয়ামরূম্ পুরাণশিংদা য়াওই। পুরাণ লেংলম্মিব মীশিংসি অয়াম্বনা সিদ্ধ পুরুষশিংনি, সাধক নত্তে। মখোয়না মতম্ শাংনা তান্শিল্লকপ মরোশিংদু পুরাণশিংসিদা পুন্না ইশিল্লম্মি। বেদ অমস্তুং উপনিষদ্শিঙ্গী ব্যাখ্যা পুরাণশিংনা তৌই। মূলগ্রন্থগা-মাবু ব্যাখ্যা তৌরিব লাইরিক্কা চপ্ মান্নবা হৌনদে। মী অমনা তৌব ব্যাখ্যাগা অতোপ্পা অমনা তৌরকপগস্তু মানন্বা হৌনদে।

বেদ অমদি উপনিষদতা য়াওরম্দব রাকম্ নত্রগা পোৎ অদু হিন্দু ধর্ম্মগী মচাক ওইনবা য়াদে, লৌফদে; অদুমদি ওইরগা অনৌ-অনৌব ঋষিশিংনা পুথোরক্লিব নাতৈ-প্রমাণ চারব অনৌব রাখল্-বিচারশিং অদুদি—করিগুম্বদা পুরাণশিংমক্তা মান্নদ্রবদস্তু লৌশিন্বা য়াই। [ পুরাণদি বেদ-উপনিষদ্কী ব্যাখ্যানি, রাসি লৌরগা ] লাইরিক্কী ব্যাখ্যা তৌবা হায়বসি মীদুগী মেধাশক্তি, জ্ঞান অমদি মহৈদুদা তাঙ্জবনি। বেদব্যাসমক্তা লেঙ্লম্ব পুরাণ লৈরম্মবদি—মাবু শ্রুতিমক্তা ( বেদমক্তা ) চপ্ মান্নবা ইকায়খুম্ন-রম্গনি। রোমহর্ষমক্তা লেংলম্ব পুরাণ ফখিদবদগী হৌজিক ফংলিব পুরাণ ১৮ ( তরানিপাল্ ) অসিবু অমগা অমগা থাক চপ্ মান্নবা ইকাই খুম্ননা লৌনদে। যোগসিদ্ধ ওইরব মীওইনা লেংলম্বদগী

বিষ্ণুপুরাণ অমদি শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণ অনিসিভবু ৱাংনা লৌনৈ, মগুণ য়াম্না লৈ হায়নৈ।

অগ্নিপুরাণ অমদি শিবপুরাণ অনিমক্তগী মার্কণ্ডেয় পুরাণনা য়াম্ন হেন্‌ন মগুণ লৈ। আধ্যাত্মিক তত্ত্বশিং শীংথাবদা নৌনা লেঙ্‌লম্ব পুরাণ শিংদগীদি বেদব্যাসনা লেঙ্‌লম্ব পুরাণশিংনা মগুণ য়াম্ন হেল্‌লি ; ফনা মগুণ হন্‌থহ্নমকপু—অনৌ-অনৌব পুরাণশিং অসিদস্থ হিন্দু ধর্ম্মগী য়াম্ন মরু ওইরব ৱাকম্ কয়ামরূম্‌দি য়াওরি, মাবু য়াম্ন ইকায়খুম্নরি ; মরম্ অসিমক্তনা মখোয়সিস্থ নিংথিরব সাধকশিং অমদি য়োৌরব ভক্তশিংনা লেঙ্‌লম্বনি, থাজনরি।

ইংলিশ এডুকেশনন্তা মফংব মীশিংনা ভ্রমতনা থল্‌লব মিথ্যা প্রচার অমা পুরাণশিঙ্গী মরীদা অস্থুম্না তৌরহ্না মশাগী য়াম্ন পংজরব মতৌ উথোক্লি, মহ্নদি মখোয়না বৈদিক ধর্ম্ম অমদি পৌরানিক ধর্ম্ম, অস্থুম্না হিন্দু ধর্ম্মগী মখল্ অনি পুথোক্লবা কন্‌না হোৎনরি। অমনা বেদনা য়ুম্ফম্ ওইবনি অহ্নগা অনিশুবসিনা পুরাণনা য়ুম্ফম্ ওইবনি, হায়রি। মসিমক্তি অচৌব ভুলনি। [ লেখা অসি হৌগৎলকপদা ময়েকশেংনা তাকখরে ]।

---

প্রার্থনা—

সাধক, সাধন, সাধ্য অহুম্‌সি মপুংফানা মহয় য়াম্লনবগীদমক ধর্ম্ম-অর্থ-কাম-মোক্ষ—পুরুষার্থ মরিসি তঙাইফদে। অমত ৱাৎপা য়াদে। হায়বদি মীওইবগী পুক্নিসি মহয় য়াম্ননবগীদমক লিক

কায়দনা চংফম্ থোকৃপ লম্বীশিংদি—অচুম্ব লম্বী (ধর্ম্ম) লল্ (অর্থ), অপাম্ব ( শাস্ত্রন য়াবা কাম ) অমস্বুং অয়ান্-খুভম্ ফংবা ( মোক্ষ ) মরিসিনি। পাত্র ( সাধক ) অহুস্মু য়াম্ন মতিকৃচারব 'পাত্র' ওইগদবনি। হায়খ্রিব লম্বী মরিসি মথং-মথং কায়দনা চংখংকদবনি। পুরুষার্থ ( লম্বী ) মরি অসিদগী কনাগুম্বনা ধর্ম্মতবু পাম্বেনরহুনা অতোপ্‌প অমনা অর্থতবু পাম্বেনরহুনা, অতোপ্‌প অমনা ধর্ম্মনা য়াব কামতবু পাম্বে ওইনরহুনা অহুগা মখোয়সি নত্তব কনাগুম্বনা স্বৃগ্নী মোক্ষবু পাম্বে ওইনরহুনা ( মাতবু লাইনীং ওইজরহুনা ) পুন্সি মহয় য়ান্ননবা হোংনৈ। সাধকনা মশাগী সাধন অমস্বুং সাধ্য অনিমকৃপু খুহুম্ চন্ননবা হোংনৈ। মসিমক্তি ভিন্নকুচিহ্নি লোকঃ—মীওইবগী পামজব মখল্ য়াম্বদগী লাইনীং-লম্বীশিং য়াম্মিবনি। লম্বী য়াম্বগী মতিকৃ লমথুংফম্ ( সাধ্য) স্বু য়াম্মি। মসি হৌনশানি। অহুম্নদি ওইরগা লম্বী য়াম্মিবসিমক্তি শুন্নগী মপান্থোংদনি। সাধক মখল্ ময়াম্না—ফংলুগদৌরিব সাধ্য অহুদি অমখক্তনি, অনিশুদে। মরম্ অসিনা ভগবানন্না—"সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণম্ ব্রজ," অস্মুম্না তাকৃপিখ্রিবনি। তাকৃপিরিব ৱাকম্ অসিমকু অমত ঙাইরব সাধ্য অহুবু য়োননবনি। হায়রিব 'মামেকম্' অমস্বুং 'সাধ্য অমা' হায়রিব ৱাকম্‌শিংসি অত্তে অমা নত্তে—শুন্নগী "আত্মতুষ্টিগীদমক্তি" হায়বদি ইশামক্তা সাধন তৌজরিবা অহুতনা ঐহাকু ইশাসি পুম্‌পেন্ পেঙববুনি। ৱাকম্ অসিবু যাজ্ঞবল্ক্য ঋষিনা মাগী নুপীদা ( গার্গীদা ) অস্মুম্না হায়খি মহুদি—[ বৃহদারণ্যকোপনিষদ্ ] "জগৎ পুম্নমকৃসি আত্মাগীদমক্তি

(ঐহাক্কীদমক্তি) নুপী ঐগীদমক্তি, লল্ ঐগীদমক্তি, নুংঙাইব ঐগীদ-মক্তি, অয়াবা ঐগীদমক্তি, পুন্সি ঐগীদমক্তি, শিবা ঐগীদমক্তি। মরম্ অসিনা আত্মা (ঐহাক্) হায়বসি করিনো? য়াহং অসি য়াম্ন লুই, অহুম্নদি ওইরগা মসিগী পাউখুম্ন্থ খঙ্ ননবা হোৎনগদবনি।

(১) "আত্মজ্ঞান" ফংননবগীদমক্ অস্পুক্ য়াম্ন কঃা হোৎন-রুবনা করিবু ক্বান্নগনি? সংসারসিদা হিংলিঙৈদা পুন্সি নুংঙাইনা মরাং কায়না পান্ননবত হোৎনগদবনি, ইমান্নব অতৈ অতৈ মীশিঙ্গী চাওখৎননব হোৎনগদবনি। অস্নুম্না চেৎনা থাজরব মী কয়া লৈরি। মসিদগী হেন্দোক্লহুনা—(২) হক্চাং অসিমক্ আত্মানি, অহুনা হক্চাং অসিগী নুংঙাইহন্বত হোৎনরগা লোয়রে। য়াকম্ অসি চেৎনা থাজরব মী কাংবু কয়া লৈরি। য়াকম্ অনিসিমক্ মীওইব পুন্সিসি নেম্নব থাক্তা চীংথরগা চানব হিংচা-য়াইতম্বগী পুন্সি মরেল্ অমদা হিংহন্নবগীদমক্তি। মসিদা খর পাক্লা খন্থবা তারগনা—ঐগী নুপীহু আত্মাগুম্বনি নীংলুরগা— ঐহাক্সি মাগী মখা পোন্বা তারবনি, মাগী মনীং থুংননবা হোৎনবা তারবনি, মহুদা অচুম্-অয়াল্ পুম্নমক্ তুংওইনবা অহুম্মতারবনি।

কনাগুম্ব মীনা ইরৈপাক্ অসি আত্মাগুম্বনি (ইশামক্ম্বনি) হায়না লৌরগনা—মানা অস্নুম্না চাউথোর্কনি মহুদি—"ঐহাক্সি ইরৈবাক্কী ফননবত খল্লিবনি, চাউরব মী অমা ওইরবনি। ইতিহাসকী লামায়দা ঐগী মিংসি স্নাগী কালীনা ইহৌরগনি।" মরম্ অসিনা ইরৈবাক্কী য়াইফনবা হোৎনবদা মীরৈবাক্কী অমাঙ-অভা থোক্লবম্ থোক্প্রশনু, স্নুম্নগী ইরৈবাক্কী ফননবত মহোৎনরগে।

মীরৈবাক্তগী লল্-থুম্ মুল্লগা ইরৈবাকৃ অসি ইনাকৃ খুল্হল্লগে [ মসিমক্তি হেন্মল্লবনি ]।

লীলাশিং শান্ননবগীদমক্ত মীগী মপোক্তা পোকৃপিরিব সাকারব্রহ্ম—ভগবান্মকৃপু আত্মাহুমক্লি ( নত্রগা এহাকৃ ইশামক্লি ) অস্থুম্না নীংজরবদি নত্রগা ভগবান্মকপু—মীওইব ঐঙোন্দা লৈরিব জীবাত্মাগুম্বমক্লি নীংনা নুংশিজরবদি মাগা এগা (পরমাত্মা-জীবাত্মা) অনি অমতা ওইরে। অস্থুম্ব থৌদোমক্কী ওইরব 'প্রেম্' অহু য়াম্ন বাংলবনি। মসিগী চানব পাত্র অহু ভক্তযোগী ওইরবনি। মাহাকৃ নিষ্কাম কর্ম্মযোগী ওইরে অপাম্ব 'পুম্ব থাদোক্ল থবকৃ তৌরিব মী ওইরে। মসিদগী শক্তি, জ্ঞান অমদি আনন্দ ফংই।

লীলাশিং শান্নদব ( লীলা অবতারী অম ওইনা মীওই মপোক্তা ফোঙ্দোকৃপিদবা ), অহুম্নদি ওইরগা মাহাক্লা থৌদারহুনা প্রকৃতিবু (মায়াবু ) লীলা কয়া শান্নহল্লিব নিরাকার ( নিগুণ ) ব্রহ্মহুবু আত্মাহুমক্লি ( নত্রগা এহাকৃ ইশাসিমক্লি ) অস্থুম্না থাজরবদি অথোয়ব শান্তি ফংবা য়াই নত্রগা মঙোন্দা তীন্শিন্খিবা য়াই। সাকার উপাসনা তৌবা অমস্থুং নিরাকার উপাসনা তৌবা অনিমক্কী অপুন্ব তত্ত্বদি—যোযচ্ছ্রদ্ধঃ স এব সঃ—ভগবান্দি মী-মীহুনা থাজজরুরিবহুগী মতুংইন্না মাহাকী শকৃফম্ কয়া কয়া উৎপিরিবনি —উপাসকানাং সিদ্ধার্থে ব্রহ্মণঃ রূপকল্পনা।

অপিকৃপদগী হৌরগা অচৌবরোম্দা কাখংপা - অনেম্বদগী থাকৃ থাকৃ অরাংব ম্নৌনা কাখংপা মীওইব জাতিগী হৌনশানি। মতৌ অস্থুম্না লাইনীং লম্বীদস্থ অপিকৃপ সাধনাদগী হৌরগা অরাংব

য়ায় রাংলব সাধ্য অদু ফংননবা তাননবা অদুগা সাধক্ অদুগী শক্তি অসুম্ অসুম্ ময়েং তাথরক্তুনা দেহপতন ওইরবদা শ্রীহরিগী শ্রীধাম অথোয়বদু ফংই—

"যস্মিন্ গত্বা ন নিবর্ত্তন্তি ভূয়ঃ তদ্ধাম পরমং মম।"

তপস্যা তৌবতনা পুন্সিগী মরু ওইনা পান্দম্নি থাজনবা—হকচাংসি ওম্জবমথৈ রাহন্বা[য়াক্লব নুংশা মৈচাক্তা মাইকৈ মরিমক্ মৈহৌরগা নত্রগা নোংজু ঋতুগী কল্লব নোংলক্তা লৈথোম্থোক্লব লৈমায়দা লেঙ্দনা ফম্লদুনা লাইনীংবা চেংনা ইষ্টদেবগী তপস্য তৌজবা] অসুম্ব লাইনীং মতৌ অসিতন 'যুগধর্ম্ম' ওইরব যুগ অমা লৈরম্মী। হায়রিব যুগ অদুদা লাইনীং মতৌ অসি নত্তব অতৈবু থৌশানরম্দে, য়াম্না হন্থনা য়েংনরম্মী। মসিতনা অথোয়বা খুভম্ ফংগনি, অতৈনদি ফংবা য়ারোয়, অসুম্না থাজনরম্মি।

হায়খ্রিব থৌদৌ অসুম্না যুগ অমদনা—ইমুং-মনুং (পরিবারগী) শাগৈ-নাতৈ মীওইশিঙ্গী য়াইফ-রাখল্ খনবতনা মথোয়গী ফননবা হোৎনবতনা অফব ফিদম্নিঙাই ওইরব মীওইগী লেম্জনফম্ পান্দম্নি, অসুম্ থাজনবা—হায়রিব থাজব অসি কায়দনা চৎপা যুগ অমসু লৈরম্মী। হায়খ্রিব যুগশিংসিদগী মতুং—কলিযুগ অসিদদি—ইজাতিগী ফরগত্তা লোয়রে—অসুম্না জাতীয়ভাবাদতদা মীয়াম্ময়ায় কানৈ। শূদ্রগী ইজাতি, ইজাতি অসিতগী শেম্লগা লোয়রে, হায়বসিনা পুন্সিগী অরোয়ব অমসুং খ্বাইদগী বাংলব পান্দম্ ওইনরি। [ অদুবু হেক্ ভৌগদবমক্তি মথোয়সি নত্তে, অমনি ] মীওইবগী বাংলব অদুগা তত্তাইকত্রব পান্দম্দি ( সাধ্যদি ) পরমেশ্বর ভগবানবু

ফংজবনি। অথোয়ব আত্মা ( ঈহাকু ) হায়রিবহু মাহাকুপুনি। মরম্ অহুনা মাবু ফংনবা লেপ্‌প লৈতনা হোংনগদবনি। গীতানা—

"সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকংশরণংব্রজ"

অম্বুম্না হায়রিবসি মথক্কী মরমশিং অসি লৈবননি। পুম্নমক্কী ঈতীন্‌ফম্ ওইরিবহুদা ঐখোই পুম্নমকু তীন্‌শিন্‌নবা হোংনসি—হায়রিবনি। মঙোন্দবু পুক্নিং অনি লোঙ্‌দনা চপ্‌যুংনা চংশিল্‌-লবদি—মাহাক্না ঈহাক্কী ( ভক্তগী ) হিংনবব লম্বী ; পুন্সি মহৃয় য়ান্‌ননবা থৌরাং তৌবিবগা লোয়ননা ঈহাক্কী (ভক্তগী) পরিবারগী, শাগৈ-নাতৈগী, জাতিগী য়াইফনবা, থোয়দোক্না পেন্‌ননবস্তু লেপ্পমকু তৌবিরিবনি—

অনন্যাশ্চিন্তয়ন্তো মাং যে জনাঃ পর্য্যুপাসতে।

তেষাং নিত্যাভিযুক্তানাং যোগক্ষেমং বহাম্যহম্॥ ৯।২২

মাহাক্না শীন্‌বিরিব য়াইফ-খুজিন্ থৌরাংশিংবু চাননা থবকু ওইনা পাঙথোক্‌হন্‌নবগীদমকু ভগবানন্না ঐখোয় মীয়াম্ অসি খুংলাই ( যন্ত্র ) ওইনা শীজিননরিবনি—

যন্ত্রস্য গুণদোষৌ হি ক্ষমতাম্ মধুসূদন।

অহং যন্ত্রং ভবান্ যন্ত্রী মম দোষো নবিদ্যতে॥ মহাভারত।

সাধ্য—ফংনিঙাই অহুদি অমত ওইরবস্তু সাধকশিঙ্গী সাধনাদি মথল-মথেল্ য়াম্মি। সাকার উপাসনা তৌরিবশিঙ্গী অথোয়ব পান্থৈদি প্রার্থনানি। নিরাকার উপাসনা তৌবগীনা ধ্যান অমদি সমাধি তৌবনা; অথোয়ব পান্থৈ ওইনরিবনি। কর্ম্মযোগদা হৈনরিব মীনা কর্ম্মসমর্পণ তৌবনা অথোয়ব পান্থৈনি। ভক্তিলক্না

অহৈতুকী ভক্তি (প্রেম্) না অথোয়বনি। অদুবু হৈহৌদ্রগা মসিদগীস্থু (অহৈতুকী ভক্তিদগীস্থু) খংমেম্-নেম্থখিনিঙাইস্থু লৈরি। মওংদি অসিনি—ভগবান্গী গুণশিং অমদি ফজরব শকৃফম্বু তত্তন নীংশিংজবনা অদুগা মাহাক্পু লৈশি-লৈথোক্তবনা—মাগী মগুণ অমস্থুং শকৃফম্ থম্মোইদা চেংনা নিংথিনা ঙান্থোইবিরগনি মদুনা মরম্ ওইরদুনা [ নাপল্ কারকৃপদগী ] ভক্তদু লৈখা তারকৃপস্থু য়ারি। প্রার্থনাদগী ফংলিব অরাংব খুভম্ অদুদগী অস্থুম্-অস্থুম্ কাথং-রাংখংখিদুনা মঙোন্দা তীন্খিবা হায়বসি হৌনশানি। মসি অহৈতুকী ভক্তিনা ফঙ্গদবনি, প্রার্থনাদগী পোক্লকদবনি। ভক্তনা প্রার্থনা তৌবতদা পেঞ্জে, মনীং থুংজে। ভক্তনা ভগবান্গী প্রার্থনা তৌদ্রবা অদুগা কনাগুম্বনা প্রার্থনা তৌজরিবদু তারগা মাগী থম্মোইদা নুংঙাইব ফাওরক্ত্রব মীশকু অদু ধর্মচেন্‌ব মী নত্তে ; চাননা রাফম্ অসিমক্তনা পূম্মোই লোয়বদি য়াদ্রি। বুদ্ধদেবনা করিগুম্ব প্রার্থনা অমত তৌখিদে ; অদুবু মাহাক্পু কম্দৌনা ধর্ম চেন্দে হায়গনি ? তৌবতবু প্রার্থনাদি ভক্তিমার্গগী অথোয়ব পাম্বৈনি, মসিদি লেপ্লবনি।

ভক্ত মখল্ মরিনি। মখোয়না প্রার্থনা মখল্ কয়ামরম্ শীজিন্নৈ। (১) আর্ত্তভক্ত—অরাফম্ তারবদা লাইনীংবা, ভক্ত অসিনা রারবদা ভগবান্দা কপ্লুনা প্রার্থনা তৌই।

(২) অর্থার্থীভক্ত—কান্নগদব করিগুম্ব অমগীদমক্ লাইনীংব। মসিনা লল্-থুম্, সম্মান, নুংঙাইব, ভোগ অমস্থুং মুক্তি ফংনীংবতনা প্রার্থনা তৌই। মাহাকী অপাম্বদু মনীং থুংহন্‌বিগনি নীংজদুনা প্রার্থনা তৌরিবনি, অদুবু মনীং থুংদ্রগা ভগবান্‌বু চৈ

নিন্দা তৌই। ঐহাক্ অমুক্হন্না মাগী পূজা তৌররোয়, পাউতাক্ ইল্লরোয়, হায়রবনা অর্থার্থী ভক্তনা ভগবান্দগী থাগোরকুই। কা-হেন্না নীংবা কায়রব ভক্তনা 'নাস্তিক' ওইখি। মখোয়না থাজ-রকুই—জগৎ অসি অরাবতগী রাজ্যনি, অন্যায়-অত্যাচারগী রাজ্যনি, মসিদা সত্যস্বরূপ ভগবান্ অহু লৈতে, অসিনচিংবা।

আর্ত অমসুং অর্থার্থীভক্ত মখল্ অনিসিবু অনেম্বনি নীংনা থৌশারোয়দবদি নত্তে। মরম্দি অপিকুপদগী চাউরক্লদবনি। অবিদ্যাদগী হায়বদি ব্রহ্মতত্ত্ব য়াওদব শিক্ষাদগী বিদ্যা হায়বদি ব্রহ্মতত্ত্ব ফংনরিবনি। থাকুনাইনা কাখংকদবনি। অঙাংনা অপাম্বহু মনীং থুংদ্রিমখৈ মমাদা নিঙাই তৌই। অঙাংনা তৌরিবহু মমানা লোয়না খঙ্ই। তেংবানব পুম্নমক্কী মমানা অপঙ্ব মচা ভক্তশিংনা তৌথোররিব মথোং হুক্কুব অরান্ব থবক্ পুম্নমক্ মোমোন্ নোক্না য়েংই, লোয়না লায়না খাংই।

(৩) জিজ্ঞাসু ভক্ত—অরাংব তত্ত্ব অথুপ্প রাকম্ খঙ্নীংহনা থিরিব ভক্তনা করিগুম্ব অপাম্ব অম ফংনবগীদমক্ নত্রগা স্বয়ংগী ভগবান্না পেন্বিনবগীদমক্ প্রার্থনা তৌদে। মাহাক্তি ভগবৎতত্ত্ব খঙনন্নবগীদমক্ অত্থগা মাগী শকুফম্ নিংথিবহু থম্মোইদা ঈড়াচনব-গীদমক্ প্রার্থনা তৌই। মসি খঙ্জনীংলিবহু খঙ্ননবা পাম্বেনি।

(৪) জ্ঞানী ভক্ত—জ্ঞানমার্গতদা চেৎনা সাধনা তৌরিব ভক্তনা প্রার্থনা তৌদে। মঙোন্দগী ফংনিংঙাই কায়বহু থৌশারুদে। করিগুম্বদা মাহাক্না প্রার্থনা তৌরক্লবদি—মহু মপান্থোক্নী অচম্ব রাখল্ খরদং পোকুহন্নবগীদমক্তি, মহুদগী হেজিন্ব কায়নিঙাই অমা

খল্লুদে। মাহাক্তি ভগবানগী চানব শকুফম্ অদু খণ্ডনব তাল্-লিবনি। মাহাকা পুক্লিং-রাখল্দি চাননা লৈতাররবনি।

ভক্ত মখল্ মরিমক মগুণ লৈবনি। ইকাইখুম্নগদবনি। মখোয় মরিমকপু ভগবান্না চাল্লিদি হায়ববু জ্ঞানী ভক্তনা অথোয়বনি, মরম্দি জ্ঞানী অমস্তুং ভগবান্ অমতনি। ভগবান্সি ভক্তগী সাধ্যনি। জ্ঞানী ভক্ত অমস্তুং ভগবান্ অনিমক্তা জীবাত্মা অমস্তুং পরমাত্মাগী ওইব মরীদু লৈ। জ্ঞান-প্রেম্-কর্ম্ম-কৌব লংজা অহুম্সিনা আত্মা ( জীবাত্মা ) অমস্তুং পরমাত্মা ( পরব্রহ্ম ) অনিবু অস্থুম্-অস্থুম্ নকৃশিনহল্লি অদুগা মমৈদনা অমত ওইনা পুন্শিল্-লিবনি। ভগবান্না কর্ম্ম তৌবা তঙাইফদবনি তাকৃপিরম্মি। কর্ম্ম তৌবদা প্রার্থনাগী দরকার লৈতে; মরম্দি মহুনা শুঃগী ইশাতগী কান্ননিঙাই নত্তে। নত্রগা অতৈ প্রয়োজন অমগী রাফম্ অমত মঙোন্দা ইয়াও-য়াওহন্দে ভগবান্না। প্রেম্ [ নত্রগা ভক্তি ] হায়বসিস্থু ভগবান্না মীওইবগীদমক শম্বিরম্বনি, শেংলবনি, মঙোন্দা—নাপল্ য়াওদবনি, স্বার্থ মফম্ (তাপ্পা) স্থকলৈ লৈতবনি। ভগবান্না পীবিরম্মি জ্ঞান হায়বসিস্থু মীওইবগী খোয়দোক্ত কান্ননি-ঙাইনি, চংখোল্লব থম্মোইদা মাহাক্তী য়াতাফম্মি। মাহাকুসি — মহাও য়াওত্রব হিরম্ অমা নত্তে। মাহাকুসি ( জ্ঞানদি ) য়ায় চিং-লেম্মি অদুগা মুংঙাইবগী শকুফম্মি। সাধ্য (পরমেশ্বর) দি অমতনি। সাধক য়াম্থিবনা সাধনা লাইনীং লম্বী ) য়াম্থিবনি।

ঐখোয়গী ধর্ম্ম—

ঐখোয়গী সনাতন ধর্ম্ম অসি য়াম্ন লিরবনি। অতুনা মাবু সনাতন হায়না খঙ্‌নরি। সনাতন হায়বদি—চিরন্তন, (য়াম্ন লিরব) সাশ্বত (মতম্ পুম্নমক্তা লৈবা) হায়বনি। মাহাকুসি থুপ্লব ৱাকম্ (তত্ত্ব) অহুম্‌দা য়ুম্ফম্ ওইরদুনা নিংথিনা মশা-মরেং ফন্‌না মপুং-মরৈ ফনা হিংলিবনি।

(১) অন্তরাত্মাদা—জীবশিংদা মমুং থুপ্ন লৈরিব আত্মাসিদা

(২ মানসিক জগত্তা—মীওইবগী পুক্নিং-ৱাখল্‌তদা অমম্নং

(৩) স্থূল্ জগত্তা—উরিব প্রাকৃতিক জগৎ অসিদা—মখোয় অহুম্‌সিদা সনাতন ধর্ম্মনা চংশিন্দ্‌না থবক্ তৌরি। মসিবু ৱাহৈ অমৱোমদা হায়রগনা মহাশক্তিনা (যোগ মায়ানা) মশাগী শক্লোন্ কয়ামরুম্ব্ বিশ্ব-তাইবংপান্‌বগী শকুফম্ অসি ওইনা ফোঙ্‌দোক্-পিরি। হায়রিব ৱাকম্ অহুম্ (১) অন্তরাত্মা (২) মানসিক জগৎ (৩) স্থূল জগৎ অহুম্‌সিগা মথংশিংনা (১) জ্ঞান (২) ভক্তি (৩) ধর্ম্ম-সাধন (পান্থৈ) অহুম্ অসিগা য়াম্ন মরী লৈনৈ। অন্তরাত্মাগী সাধনমার্গদি জ্ঞাননি। মানসিক জগৎকী সাধন মার্গনা ভক্তিনি অদুগা স্থূল জগৎকী সাধন মার্গনা কর্ম্মনি। মতৌ অসুম্না সনাতন ধর্ম্মগী—মপুম্ফারব লম্বী অহুম্ লৈ। মখোয়সিনা অৱোয়ব সাধ্য (কংনিঙাই পনথুংফম্ ভগবান্) অদু য়োননব লম্বী তাক্লি। হায়রিব লম্বী অহুম্ অসি মরনাই অমমম্‌তনম্ব মপুং ইকা-ফাজবনি। সাধক্ অমনা অমা পান্থৈনবদা মতিক্ ওক্লবনি মরূগা ফজাঙ্ফনা [তোম্‌থিন্ ফাওরকুপনা] সাধনাগী লম্বী অহুম্ অসি পুন্না পান্থৈনবগম্ব

মীওইবগী ভাঙলব পনথুংফম্ অহ্ য়োবা ঙম্মি। অহুম লাইনীং লম্বী অহুম্ অসিবু 'সনাতন ধর্ম্ম' কৌই।

সনাতন ধর্ম্মসি সত্য, প্রেম্ অমস্যুং শক্তি মীওইবদা চেল্লিব গুণ অহুম্ অসিনা মপূং ফাহনগদবনি।

(১) সত্য—নিত্য সত্তা, করিগুম্বদস্ু থকু অনিশূদ্রব লেঙদ্রব অচুম্ব। মসিমক্ 'জ্ঞান' ফংননবগী য়াম্ম মরু ওইরিবনি। গুণ অসি চেল্লিব মীতনা মপূং ফারব 'জ্ঞানী' ওইরিবনি। [ য়াহৈ অমরোম্দা হায়রগনা—ভগবান্ হায়রিবহু নিত্য সত্য অসিনি, জ্ঞানী হায়রিবহুস্ু মাহাক্ুসিনি ]

(২) প্রেম্—হিংলিঙৈদা মরী-মতানচিংব মীওইশিঙ্গা নুংশি-নরবা হায়বসিনা য়াহৈ লোক্ ওইনরগা—থাকু অস্যুম্ অস্যুম্ য়াংখৎলক্লগা ভগবং প্রেম্ পোক্ক্পা, মাগী মগুণ শকু শোন্নীংলক্প, মগুণ তাজনীংলক্পা—অসিনচিংব মচাকু ময়াম্মা শেম্গৎলগা কায়নথংদা থম্মোইনুঙ্গী প্রেম্ অহুমক্ ভগবৎ প্রেম্ ওইরক্ুই। ম্বঙ্গোম্দগী ম্বঙ্গোম্ অফম্ব ওইরক্পগুম্বনি।

(৩) শক্তি—মীওইবদা থুপ্না লৈরিব শক্তি-ৎোনা অহুতনা ধর্ম্ম তানগদবনি। গুণ অসি চেল্লব মীদি করিগুম্ব থবক্ অমত্তা পাঙথোক্প ঙম্দে। উপনিষদ্না অস্যুম্না হায়রি—নায়মাত্মা বলহীনেন লভ্যঃ: সত্য, প্রেম্ শক্তি গুণ অহুম্সি চেল্লিব অমস্যুং মখোয়সি নিংথিব লম্বীদা শীজিন্নরিব মী অহুতনা ইহলোক্ অমস্যুং পরলোক অনিমক্তা চাওখৎলি, (পুন্সি মহয় য়াল্লি)। মীওইবগী হৈন্নবী স্বভাব খেন্নবদগী হায়রিব গুণ অহুম্সি মীওই-বনা মান-মানা পাম্জব মতুং ইন্না—অমমম্ত মধীজন্নৈ, অহুনা

—অমখক্ পাম্বেনবনস্থ্ পুন্সি মহয় য়াল্লি। সত্য-প্রেম-শক্তি গুণ অহুম্সিমক্না সনাতন ধর্ম্মগী শকৃকম্ অহুম্ থোকৃহল্লি। [ সত্যতবু নীংজরিবনা জ্ঞানী, প্রেমতবু নীংজবনা ভক্ত অহুগা শক্তিতদা চংজরিবহুনা কর্মী অম্মুয়া—লৌবস্থ য়াই ] অস্থুম্ব তত্ত্বশিং অসিদগী সনাতন ধর্ম্মগী শক্লোল্ অহুম্ উনরিবনি।

সনাতন ধর্ম্ম অসিমক্তি জগৎ অসিগী অমত ঙাইরব ধর্ম্মনি। বিশ্ব লাইবংপান্‌বসি মঙোন্দা চংজহুনা লৈরিবনি। মসি মাহাক্তী চ্‌শিনখ্রব স্বভাবনি। জগৎ অসিদা ঙসি উরিব মখল্-মখা য়াম্নব মীওইবগী চংনবীশিং-হৌনলোঞ্চংশিং, পথাপ্শিং, (ধর্ম্ম-মখল্শিং) অসি শূপ্নগী ভারতকী সনাতন ধর্ম্মগী মনুংচন্‌ব ঙাক্তনি, মাহাক্তী শক্লোল্ মখল্-মখল্শিংনি। মসিগী মরম্মক্তি—অমত ঙাইরব সনাতন ধর্ম্ম অসি খুংগুনরিব মঙোন্দা চংজরিব মীশীং ( মীখল্ ) য়াম্খিবদগীনি। মী-মীগী মরনাইগী ওইব ধর্ম্ম, জাতিগী ধর্ম্ম, বর্ণগী ধর্ম্ম, যুগকী ধর্ম্ম, অসিনচিংব ধর্ম্মগী—মখল্মখা য়াম্নব শক্লোন্শিং অসি জগৎ অসিদা অমত ঙাইরব সনাতন ধর্ম্মগী মনুংচন্‌ব ঙাক্তনি। মাহাক্তী মখল্ য়াম্বসিমক্তনা অস্থুম্না হায়ব তারিবনি মহুদি—সনাতন ধর্ম্মসিগী মনুংমক্তদা গৌণ ধর্ম্ম কয়ামকম্ লৈ (মশা মথন্তনা মপুং কাবা ঙমজদব ধর্ম্ম মচাশিং)। গৌণ ধর্ম্মশিংসিমক্তি মী-খল্ য়াম্বদগী মখোয়গী অপাম্ব য়াম্খিবদগী থোকৃখিবনি। মীয়াম্না মশা-মশাগী অপাম্ব মতুংইন্না অপাম্ব লম্বী চংচরহুনা লোয়না মহয় য়াল্লি। মরম্ অসিনা সনাতন ধর্ম্মদি য়াম্ন উদার ওইবনি, মীওইব জাতিগী ওইবনি—মানব ধর্ম্মনি, মসি লেপ্লবনি। মাগী মনুংচন্‌ব গৌণ

ধর্ম্মশিংত্বু অপিকৃপ ধর্ম্মনি, অনিত্যনি, হায়না থৌওইদবস্থ খক্ তৌফদে সনাতন ধর্ম্মদা লৈরিবা অনিত্য ওইবা ( তত্তনা হোঙ্বনা মশিঞ্জাং ওইরিবা ) মতৌ অসিমক্তা মচাক্ ওইনরত্বনা মসি শাগৎ-খিবনি, হিংলিবনি-চাওখৎলিবনি অত্নগা আ-তুংদস্থ মসিমক্তনা ধর্ম্ম অসি নিংথিনা হিঙ্গদৌরিবনি।

মী-মীগী ওইব ধর্ম্ম, জাতিগী ধর্ম্ম, বর্ণগী ধর্ম্ম অস্তুম্ব ধর্ম্মগী কৃপ্লবা চৎনলোন্শিংসি য়াওদনদি সনাতন ধর্ম্মদ মপূং ইফা-ফাদে। মপূং ফাদবদ নত্তনা 'অধর্ম্ম' হেনগৎলকৃই। সঙ্কর—য়ান্শিন্নফম্রবশিং য়ান্শিন্নবা হায়বসি—গৌণ ধর্ম্মশিংসি ঙাক্তব্তদা লেপ্পমক্ পোক্লকৃই। গৌণ ধর্ম্মশিং ঙাক্তবদগী মতম্ কুইনদগী চৎনরক্লব সনাতন ধর্ম্মগী চৎনবী পূম্নমক্ মাঙলক্কনি, বিশ্ব তাইবংপান্বসি অধর্ম্মতনা পাপতনা পূম্কুপ্ কুপ্খিগনি। অত্যাচারগী মৈরীনা পূম্নমক্সি চাক্থেক্লক্লগনি। হিংচা-য়াইতম্বগী ফম্রব শক্তিশিংনা সনাতন ধর্ম্মবু নৈহত্ত্বনা মাঙহন্লক্কনি। শারম্চৎ, স্বার্থথিবা, নাপল্ কাবা অসিনচিংব ফত্ত-ফম্রব থৌদৌশিংনা মায়গৈ তরামক্ পূম্কুপ্ কুপ্খ্রগনি। অরান্ব অমস্থং অজ্ঞানতনা পূম্কুপ্ কুপ্খ্রব ( কুপ্শিল্লক্লব ) বিশ্ব তাইবংপান্ব অসি মাঙহন্বিনীংম্রব ঋষিশিংনা মথোয়গী অন্তরাত্মাদা—মানসিক জগত্তা অমাঙ-অতা নাইম্রব সনাতন-ভগবান্বু চেৎনা নীংজৈ। থৌদৌ অসি মীরোল্ মী-থাং কয়া কয়া চৎনরক্লবনি অমস্থং চৎনখিগদৌরিবনি। ঋষি-শিংনা শূম্নগী পুক্লিং-রাখল্তদা—অমম্ব জগৎসিদা অমাঙ-অতা নাইম্রব মপূং কারব মঙাল্ অমা—জ্ঞানজ্যোতিঃ অমা শাগচ্চরকৃই।

থৌদৌ মতাদি অরান্‌ব অমদি অজ্ঞানগী অমম্বতনা পুম্‌কুপ্‌ কুপ্‌-শিন্‌খিহ্নুনা জ্ঞানজ্যোতিঃ মরীক্‌ অমত লৈত্রবদা মহু কোকৃপিরহ্নুনা মীওইবদা লৌশিং-মঙাল্‌ পীবিব ঙম্লিব পুম্নমক্‌ অসিগী অমত ঙাইরব চংনজফম্‌ ওইরিব মঙোন্দা চংজবা হায়বসি হৌনশানি। অরান্‌ব, অমম্ব অমদি অত্যাচারতগী পোংলুম্‌শিংনা নন্‌শিন্‌বদা করিমত লেঙ্‌-ওংপা ঙম্‌জদ্রবা পৃথিবী অসিগী অৱাব কোকৃপিনব-গীদমক্‌ ( ভূভারহরণগীদমক্‌ ) ভগবান্‌না অবতার তৌবিরিবনি। মাহাক্না মশাগী মতিক্‌-ময়াঙ্গ-শক্তিশিং শূনা মীওইনা, মীওইবগী হকচাংদা ফোঙ্‌দোকৃপিরহ্নুনা মাঙলুরব ধর্ম্ম লম্বী'পুম্ব অমুক্‌ নৌনা ঙান্‌থোকৃহল্‌লি, চাওখংহল্‌লি।

সনাতন ধর্ম্ম ঙাক্লনবগীদমক্‌—মী-মীগী ওইব ধর্ম্ম, জাতিগী ধর্ম্ম, বর্ণগী ধর্ম্ম অমসুং যুগকী ধর্ম্ম মখোয়সি অমত কায়দনা—ঙাক-দবনি, ছিদ্র লৈহন্দনা চংনগদবনি। মখোয়সিদসু অমুক্‌ অচৌ-পিশক্‌ নায়রি। অচৌব ধর্ম্মগা অপিকুপ ধর্ম্মগা তীন্নহ্নুনা শেম্মগা অনৌব ধর্ম্ম অমা পোকৃই। মহু চংনগদবনি মহুতদা মীয়াম্‌গী মঙ্গল ওইরিবনি। মী-মীগী ওইব ধর্ম্মবু জাতি ধর্ম্মগী মরুম্‌ থুম্না শীজিন্নদ্রবদি ( মঙোন্দা চংজদ্রবদি ) অকায়ব কোঙ্গায় থোক্লকৃই। মী-মীগী কান্নরিব ধর্ম্মগা জাতিগী কান্নরিব ধর্ম্মগা অনিসি কায়ন-হন্দনা (অমগা-অমগা য়েংশিন্‌নহন্দনা) চংমিন্‌নহল্‌লবদি অনিমক্কী অহুম্ম কান্‌নগনি। মীয়াম্‌গীসু কান্‌নগনি। অসিদসু নত্তনা করিগুম্ব জাতি ধর্ম্ম মাঙ্‌খ্রবদি—মী-মীগী ওইব ধর্ম্মগী লম্‌ ( ধর্ম্ম ক্ষেত্র ) অমসুং মী-মীগী খুদোংচাব পুম্নমক্‌ মাঙ্‌খিবা শোয়দ্রবনি।

থৌদৌ অসিস্থ ধৰ্ম্ম সঙ্করনি—য়ান্‌শিন্‌নফদবা য়ান্‌শিন্‌নবনি (অমগা অমগা য়েংশিন্‌নবদগী পোক্লকপ অমাঙ্‌বনি)। মসি থোক্‌হন্‌নব শীল্‌লিব মীশিংদু তম্‌থিরব নরকতা তায়। অহান্‌বদা জাতিবু ঙাকদবনি ; মতুতদা মী-মীগী আধ্যাত্মিক উন্‌নতি, নৈতিক উন্‌নতি অমস্থং আর্থিক উন্‌নতি ওইরিবনি। বর্ণগী ধৰ্ম্মবু যুগ ধৰ্ম্মগী ছাচাদা হৈদুনা মওং তানা শেম্‌-শাবা ঙম্‌দ্রবদি—চাউরব যুগ ধৰ্ম্ম-দুগী ওন্‌নতৈনব খোঙ্‌চত্তা চংখিদুনা মাহাক ( বর্ণধৰ্ম্ম ) পুম্মাঙ্‌মাঙ্‌ই। সমাজদু য়াম্ন থুনা লৈখা তারকই। অপিকপ পোং হায়বসিদি অচৌব পোংকী শরুক মচেং অমতনি ; মাহাক্তি মাগী তেংবাংজবতনি। অস্থুম্ন লৈনরিব মরীসিদগী ওন্‌নতৈনব খোঙ্‌চত্তা চংখিবা থোক্লবদি—ধৰ্ম্মসঙ্কর থোক্লকই। মদুনা অমাঙ্‌ব কোঙ্গায় থোক্লকই। করিগুম্বদা অপিকপা ধৰ্ম্মগা অচৌব ধৰ্ম্মগা য়েংশিন্নরবদি নত্রগা য়েংথিনরক্লবদি—অপিকপ ধৰ্ম্মদু ( মীশীং খজিক্তনা চংপ ধৰ্ম্মদু ) থাদোক্লগা অচৌব ধৰ্ম্মদু ( মীয়াম্ন চংনবদু ) কায়দনা চংপনা পুম্নমক্কী অফব ওই।

ঐখোয়না পাম্‌জরিব পান্দম্‌কম্মক্তি—সনাতন ধৰ্ম্ম নিংথিন শন্দোকপা মদুগ লোয়ননা মাগী মম্থং চল্‌লিব জাতি ধৰ্ম্ম অমস্থং যুগধৰ্ম্মশিংবুস্থ ইকাঙ্গৈ-কাঙ্গৈদনা চংপা, অসিনি। ঐখোয় ভারত-বাসীনি আৰ্য্যশিঙ্গী মচা-মশুশিংনি। আৰ্য্যশিংনা ঐখোয়দা পীবিরম্মিব শিক্ষা অমস্থং নীতি ইকাঙ্গৈ-কাঙ্গৈদনা লৌশিঙ্গরদুনা মদু কাঙ্গৈদন চংপনা ঐখোয়গী স্বত্বাধিকারনি। অস্থুম্ব পুক্লিং রাখল্‌-সিমক ঐখোয়গী কুলধৰ্ম্মনি, জাতি ধৰ্ম্মস্থনি। জ্ঞান কংননব

হোৎনবা, ভক্তি তান্‌বা অমস্তুং নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবা মখোয়সি আর্য্যশিঙ্গী লেম্‌জনিঙাই মশিঙ্গাংনি। জ্ঞান, প্রেম, সাহস, শক্তি অমস্তুং নোলুক্পা অস্পুষ্ব গুণশিং মশাদা চেন্‌বনা আর্য্যশিঙ্গী আদর্শ চরিত্রগী লক্ষণনি। মীপুম্ তীংনা জ্ঞান ফংহন্নব হোৎনবা, নিংথিরব আদর্শশিং মীয়াম্‌দ পীবা, পুক্চেল্ চাউথোক্পা, অশোন্‌ববু ঙাকুপিবা ( চংজরকুপবু আশ্রয় পীবা ) মরম্‌চৎ ফত্রব অত্যাচারীবু লাকুশিন্দুনা শাসন তৌবা—মখোয়সি আর্য্যজাতিগী মপুন্সিগী পান্দম্‌ফম্নি ( ধ্যেয়নি )। হায়রিব পান্দম্‌ফম্‌শিং অসি নিংথিনা ঙাক্ল চৎপনা—আর্য্যজাতিগী ধর্ম্মঙাকুপগী কান্নবনি। ঐখোয়দি হৌজিক্ ( বৃটিশ ভারত অসিদা ) ধর্ম্ম ঙাকুপা ঙম্‌দ্রবনি, ঙাক্ত্রবনি। পুন্সিগী পান্দম্‌ফম্ মাঙখ্রবনি নত্রগা পান্দম্ মশক্ খঙদ্রবনি, কঙাওনরবনি। ঐখোয়গী ধর্ম্ম—হৌজিক্ (বৃটিশ ভারত সিদা) 'ধর্ম্মসঙ্কর' হায়বহ চপ্‌চানা ওইরবনি। ঐখোয়গী বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক্ শুঙ্কৎখ্রবনি। তমোগুণগী ঙক্‌শুনা মম্‌থ্রব কুহাদা তাহনা লৈখিবনা ঐখোয়দি আর্য্যশিঙ্গী চানব আর্য্যশিক্ষা অমদি নীতি পুম্নমক্ কাওথোক্খ্রবনি। আর্য্যনিদি হায়রগা শূদ্রগুম্না হিংলিবনি ; চানব শূদ্র ধর্ম্মদা চংহনা মীনাইত মীনাই ওইনা শিরব জাতিগুম্না, হিংলিবনি। মরম্ অসিনা জগৎনা ঐখোয়বু য়াম্ন হন্থনা য়েংলিবনি। [ বৃটিশনা ] অকন্‌ব শাফুনা ওৎ-নৈবনা ভারত মচাশিংসি হৌজিক্ য়াম্ন রানা হিংলিবনি। জগৎ অসিদা লেম্‌জরব জাতি অমা ওইনা হিংবা পাম্নবদি—ইজাতিসি নিংথিনা ঙাকুপা হায়বসি অহান্‌ব তৌকম্‌থোকুপ শিন্থানি। মসিমক্তা

ভারত জাতিসি নরক্ তাগদবদগী কন্‌বিগদৌরিবনি। ইজাতি ঙাক্লনবগীদমক্ রামবাণগুম্ মগুণ লৈরব খুৎলাইদি—আর্য্যশিঙ্গী কজ-কজরব লম্‌চৎ-ব্যবহারশিংদু লৌশিন্দ্‌না মতু কায়দন চৎপনি। অস্তুম্ তৌরবতদা তুঙ্গী নহারোলনা অচুম্ব মশক্ খঙ্‌লকনি; অচুম্ব চৎকনি, মরৌশিং লৈগনি, মীওইব জাতিবু নুংশিগনি মথৌনা ফগনি, মশাদা শক্তি চেন্‌গনি, নোল্লুকনি, মখোয় মশেল্ অমগা-অমগা নুংশিনগনি। আর্য্যশিঙ্গী মগুণশিং আদর্শশিং অসি নহারোলশিংদা নিংথিনা পকৃহনব হায়বসি এখোয়গী অহানব থবক্ ওইগদবনি। মসিবু মতম্‌দ্রবদি 'সনাতন ধর্ম্ম শন্দোকপা' হায়বসি লৈকংলাদা মরুহন্‌বগা পাম্মক্লি।

জাতি ধর্ম্ম লিঙ্খংপদা যুগ ধর্ম্ম নিংথিনা ঙাকপা য়াই অদুগা যুগকী চানব সেবাবুস্থ নিংথিনা পাঙ্‌থোকপা য়াই। হৌজিক্-সিমক্তি শক্তি অমস্তুং প্রেমগী যুগনি। কলিযুগ হৌগৎলকপদা জ্ঞান অমস্তুং কর্ম্ম অনিনা ভক্তিগী মখা পোল্লিদি হায়ববু মখোয়-নিগী মানা য়াম্ন মহয় য়াম্ন মতেং পাঙ্‌ই। বৌদ্ধধর্ম্মগী মরূপ্ শানবা, অমস্তুং দয়া, খৃষ্টধর্ম্মগী নুংশিননবগী পাউতাক্ অদুগা মুসল্‌মান্ ধর্ম্মগীনা মীওইবগা মীওইবগা অমস্তুং জীব অমগা জীব অমগা ইমান্ মাম্নবনি, খেন্নব লৈতবনি, মী পুম্নমক্‌সি ইচিন্-ইনাও ঙাক্তনি, হায়রিব বাক্যম্ অদুগা ভারতকী পুরাণ ধর্ম্মগীনা ভক্তি-প্রেম-শক্তি —হায়রিব ধর্ম্মশিঙ্গী মন্ত্রশিং অসি মীওইব জাতিশিঙ্গী মরক্তা প্রেমবিকাশ তৌননবগী মাঙ্‌ব নাইত্রব খুৎলাইশিংনি। মীওইব জাতিনা মতম্ কুইনা হোৎনজরকপগী মহৈরি অদুনা মাহাক্‌সি মী

অমগা মী অমগা [ ধর্ম্ম মান্নদ্রবস্যু ] মুংশিনহন্নবগী কল্লব মুংশি-থৌরিনি।

কলিযুগতা—মীয়াম্গা মরূপ্ শান্নবা, কর্ম্ম তৌবা, ভক্তি, প্রেম, জীবশিংবু ইমান্-মান্নন খন্বা অমস্তুং মী পুম্নমক্পু পোকৃমিন্নব ইচিন্-ইনাওশিংগুম্ মুংশিনবা আদশ´শিং অসি ঙাক্ল চত্তুনা জাতি-জাতিগী য়াইফনবা হোংনগদবনি। মত্থভদা সনাতন ধর্ম্ম মপুং ফাগদবনি হোংনজমন্ মহয় য়ান্গদবনি। জ্ঞান-ভক্তি নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবা—মখোয়সিদা য়ুক্ষম্ ওইরগা সনাতন ধর্ম্ম শাগৎপনি। মরম্ অত্থুনা মখোয়সি—য়াম্ন চাওখৎহন্গদবনি। মীওইবদা চেল্লিব—মগুণশিং অমদি মথৌনাশিং লোয়ন তেংনা ফুদোক্লব অমত ঙাইরব কল্লব পান্বেদি অৱাং-অৱাংব আদশ´শিং ফংনব তান্বনি—তপস্যা তৌবনি অত্থুগা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবনি। ঐখোয়গী জাতিসিনা ( মীওইব জাতিনা ) করিগুম্বদা পুক্লিং অনি লোঙ্দনা চপ্য়ুংনা অৱাং-অৱাংব আদশ´শিং ফংননবা কন্না হোংনরক্লবা অমদি নিষ্কাম কর্ম্ম তৌননব কন্না হোংনরক্লবা মতম্ অত্থভদা বিশ্বতাইবংপান্ব আস চানন চাওখৎলবনি, খঙ্নগনি। মতম্ অত্থভদা ধর্ম্মবু য়েখায়-থিন্গায়রিব শারম্চংকী শক্তিশিংত্থ খংপিক্ পিকৃশিন্খিগনি। লাইগী ওইব শক্তি য়াকায়রকনি। অস্তুম্ব শিক্ষাসি হৌজিক্ য়াম্নমক্ তঙাইফদবনি।

য়ুগধর্ম্ম অমস্তুং জাতি ধর্ম্ম অনিসি কায়দন মীয়াম্না নিংথিনা চৎনরবদি—সনাতন ধর্ম্মসি জগৎপুম্নমক্ শীন্বয়ুংনা ইরাঙ্গ-লাঙ্গনা শন্দোরক্কনি। বসুন্ধরা অসিগী মথাক্তুংদা হিংলগদৌরিব মীওই

মপোক্ পুম্নমক্কী আ-ভুংফাওবগী হৌনলোঞ্চং 'পুম্ব, আদর্শ' অমদি অনাদর্শ' 'পুম্ব নোংদম্ব বিধিনা য়াম্ন মাঙ্জৌননা লোয়না তাকুপি-রম্মবনি। মখোয় পুম্নমক্তু ভারতকী দৈবীবাক্ অসিদা (সংস্কৃততা) ঋষিশিংনা লোয়ন ইশিন্দ্না থম্বিরম্মবনি। মখোয়গী পাউতাকুশিং অদুমক্তি—থবক্ থোক্লক্লবতদা মখোয়গী চপ্চাব অর্থ খঙ্নগদবনি। জগৎ পুম্নমক্লা—আর্য্যদেশ—আর্য্যাবর্ত্ত অসিদা পোকুখিব ব্রহ্মজ্ঞানী আর্য্য ঋষিশিংদগী মীয়ামগী য়াম্ন য়াইফনিঙাই ওইরব "সনাতন ধর্ম্ম" অসিমক্ তম্নীংলদুনা—'মীওইবগী য়াম্ন মপূংফারব জ্ঞান' ফংনীংলদুনা লেপ্পমক্ নোংলুক্লা চংজরক্লগনি। জগৎকী মীয়াম্ন ব্রহ্মজ্ঞানী-আর্য্যশিংনা লুচাংবিব অদুতবু য়াম্ন খৌরাংনা ঙাইনরক্ল-গনি। মখোয়না ভারতভূমি অসিতবু য়াম্নমক্ শেংলব তীর্থস্থাননি নীংনরক্লগনি। হায়রিব ফিভম্মতাসি ওইহন্নবগীদমক্—ভারতবাসী পুম্নমক্ মিকপ্থোকুপা তঙাইফদে। ব্রহ্মজ্ঞানী আর্য্যঋষিশিঙ্গী বিচার ধারাদু—আদর্শ অদু গৌণ মপুম্ফানা পুখৎপা তঙাইফদে।

এতদ্দেশপ্রসূতস্য সকাশাদগ্রজন্মনঃ।
স্বং স্বং চরিত্রং শিক্ষেরন্ পৃথিব্যাং সর্ব্বমানবাঃ॥
—ভগবান্ মনু।

---

মায়া—

জগৎ অসি কদায়দগী কম্দৌনা ওইরক্লিবনো? ভারতকী দার্শনিকুশিঙ্গীদমক্ লুরব ৱাহংনি। য়াম্ন কন্না থিজিল্লবভুংদা

অমাঙ্-অতা নাইদ্রব অমদগী জগৎ অসি ওইরক্লিবনি, অস্মুন্না খঙ্নথি। নোংচুপ্লোম্গী বৈজ্ঞানিকশিংনস্মু—"হোঙ্বা নাইরিব, অমাঙ্-অতা নাইরিব ভৌতিকপ্রপঞ্চ (জগৎ) অসিদা খক্ হোঙ্বা নাইদ্রব, অমাঙ্-অতা নাইদ্রব (শক্তি) অমা লৈরি। মাহাক্না ভৌতিকপ্রপঞ্চ (জগৎ) পূম্নমক্সি শীন্ব থুংলিবনি।" অস্মুন্না চেৎনা থাজৈ। মখোয়না জগৎ অসি আকাশতগী পোক্লকপনি, থাজৈ।—চহি লিশিং কয়ামরূম্গী মমাংদ লৈরম্ব ভারতকী দার্শনিকশিংনস্মু আকাশ অসি ভৌতিকপ্রপঞ্চ (জগৎ) গী হৌফম্ মরূনি থাজনরম্মি অদুমন্নদি ওইরগা মখোয়না রূফম্ অসি অরেপ্প অমা ওইনা খক্ লৌনরম্দে। মখোয়না যোগ সাধনা ভৌরদুনা সূক্ষ্ম জগত্তা আয়ৌনা চংশিন্দুনা য়েংলগা ময়েক্শেংনা খঙখি মদুদি—মিৎনা উরিব ফোঙ্না খঙ্নরিব ভৌতিকপ্রপঞ্চ (অফোঙ্ব জগৎ) অসিগী মমুংদা (মসিদগী য়াম্ন কুপ্শিন্খিবদুদা) থোয়দোক্-হেন্দোক্ল কূপ্লব ভৌতিক প্রপঞ্চ (জগৎ) অমা লৈরি। মাহাকী হৌফম্ মরূদি—ভৌতিক তত্ত্বগী 'সূক্ষ্ম আকাশনি'। মসিনস্মু লোয়দ্রি। আর্য্য ঋষিশিংন থিবয়াব মথৈ থিরব তুংদা প্রকৃতিন নত্রগা পরমেশ্বরগী ক্রিয়া শক্তিনা—জগৎ অসি শেম্গংলকপদা "অণু" কোটি কয়ামরূম্ পোক্হন্খি। 'অণুশিং' অদুনা মরম্ ওইরদুনা—থোয়দোক্ল কূপ্লব 'সূক্ষ্ম জগৎ' কয়ামরূম্ শেম্খি। প্রকৃতিনা নত্রগা পরমেশ্বরগী ক্রিয়া শক্তিনা মশাগীদমক্ত করিগুম্ব অমত তৌজদে। পরমেশ্বরগী পেন্নবগীদমক্ত মানা জগৎ প্রপঞ্চ অসি শেম্বনি। পরমেশ্বর (পরব্রহ্ম) না প্রকৃতিনা শান্নরিব লীলাশিং অসি ঙাক্পিরিবনি

অমস্থং মাহাক্না মসিগী সাক্ষী ওইবিরিবনি। শীংথানিঙাই খঙ্‌নদ্রব (অনিব´চনীয়) পরব্রহ্ম অদুদগী—উরিব জগৎ অসি হৌরকুইবনি (পোকুইবনি)। নিত্যসত্যদি মাহাক্তনি। অস্থুম্ব ঈশ্বরতত্ত্ব অসি আর্য্যঋষিশিংনা উপনিষদ্‌তা ফোঙ্‌দোকুপিরম্মি—পুরুষ প্রকৃতিবাদ অমস্থং ব্রহ্মবাদ হায়রিবসি উপনিষদ্‌কী সারাংশনি। অস্থুম্ব তত্ত্বশিং অসিদগী মখল-মখা য়ান্নব হাখল-পরিংশিং, য়ান্নব লস্থীশিং পুথোক্লখ্রিবনি। 'ব্রহ্মসত্যং' অসিদা লেপ্লব ব্রহ্মবাদীশিংনা বেদান্ত দশ´ন লিখ্বৎলম্মি। প্রকৃতি, মায়া নত্রগা অবিদ্যাতনা মরোয়রে, হায়না লেপ্‌পিব প্রকৃতিবাদীশিংন 'সাংখ্য দশ´ন' লিখ্বৎলম্মি। অনিসি নত্তব কাংবূ অমনা—পরমাণু হায়বসিমক্ ভৌতিকপ্রপঞ্চ অসি ওইনবগী মরু ওইব তংনি থাজরদুনা অনৌব মত (লস্থী) অমা পুথোকুখি। মদুবু "পরমাণুবাদী" হায়না খঙ্‌নখি। মতৌ অস্থুম্না আর্য্যঋষিশিংনা দশ´নগী মত (লস্থী) কয়ামরুম্ পুথোক্লরক্লবা—ব্রহ্ম, প্রকৃতি, পরমাণু, ভগবান্—মখোয়সিগী মরীদা লস্থী কয়ামরুম্ লয়োং কয়ামরুম্—লম্ফাংনা চৎনরক্লবদা মীয়াম্না—মখোয়দুদা লম্মুক্লখি, চৎফম্ খঙ্‌নখিদে, ঙকৃচাননা নত্রগা হুংবংননা লৈনখি। অস্থুম্না চমম্নরব মতম্ অসিদা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা তাকুপিখি। ব্রহ্মতত্ত্ব থিননবগী ভারতকী লস্থী ময়াম্ অসিদা খোঙ্‌দাকম্ খঙ্‌নদ্রব মীয়াম্বু অরেপ্‌প অচুম্ব লস্থীদা লম্জীংবিনবগীদমক্ ময়ামদু অমগা-অমগা নক্ল মরী লৈনহন্নবগীদমক্—লস্থী অমথক্তদা পুরকুপা য়াননবগীদমক্—বেদব্যাসনা উপনিষদ্‌শিঙ্গী লল্‌গৈদা চংলগা খোর্জে পায়রদুনা কোয়থি-থিবিখি। মাহাক্না

সত্যস্বরূপ ওইরব অনৌব দর্শনতত্ব অমা পুথোক্পিরকুখি। অওইবমক্লি—মমাংঙৈদগী লৈরক্লব মথল্-মথেল্ য়াম্লব দার্শনিক তত্ত্বশিং অহু সমন্বয় তৌননবগীদমক্ (চুম্শিল্লবগীদমক্)—ইবুংঙো মাগী শ্রীমুখগী বাণী—মাহাক্মক্তা স্বরূপ 'মহাগীত' অসি শ্রীবাসুদেবনা শক্তোক্পিরম্বনি। মহুবু তুংগী মীরোল্শিংগী উপকার তৌবিনীং-লহুনা বেদব্যাসনা মহাগীত অমা 'শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা' কৌনা ইথোক্পিরম্বনি।

ভারতকী বেদান্ত, সাংখ্য, মীমাংসা, পাঞ্জলি যোগদর্শন, ন্যায়, বৈশেষিক দর্শন মথল্ তরুক্ অসি—অর্বাচীন ঋষিশিঙ্গী যুক্তি-তর্ক অমদি খেল্লব মতশিঙ্গী পোথোক্শিংনি। আত্ত শঙ্করাচার্য্যনা—কায়নথংদা "অদ্বৈতবেদান্ত" কৌব দর্শন অসি ভারত'পুম্বদা প্রচার তৌখি। মসি লম্ অসিদা য়াম্ম মরা চেংনা চংনহল্লম্মি। বেদান্তনা মীয়াম্গী পুক্নিং-রাখল্ নিংথিনা মপুংফানা জয় তৌখি। অহুমক্পু অতৈ দর্শন মঙা অহু চাননা লৈখা তাখিবদি নত্তে। অপান্থ মী কাংলুপ্ কাংলুপ্না নিংথিনা নৈনরি। মীয়াম্ পাম্লরিব বেদান্ত দর্শন অসিমক্তীস্থ মরুওইবা মথল্ অহুম্ শূরি (১) অদ্বৈত বেদান্তবাদ [ ব্রহ্মতনা লেঙদ্রবনি, জগৎসি মিথ্যানি ] (২) বিশিষ্টা-দ্বৈত বেদান্তবাদ [ভক্তিতনা প্রধান ওইবনি ] (৩) দ্বৈতবেদান্তবাদ [প্রকৃতি পুরুষ (মায়া-ব্রহ্ম) জীব-ব্রহ্ম অম্মুমা অনি অনি মানীনবা] মথোয়সি অমমম্ম য়াম্ম মপুং ফারিবনি; অহুমক্তদা মথোয়সিগী মায়য়োক্তা [ নত্রগা বাদী মশেল্ ] হৌজিক্ ফাওব তর্ক-বিতর্ক কয়া অহুম্ তৌনরি। মসি সনাতন ধর্ম্ম অসিগী হৌনশা অমনি।

জ্ঞানবাদীনা ভক্তি মার্গদা চেৎনা থাজরিবহুবু থৌশাদে, লম্ফে চৎগ্রবনি হায়। ভক্তি মার্গদা চেৎনা থাজরিব মীনা জ্ঞানবাদীবু —শুষ্কতর্কনি, কংয়েৎনি হায়। লস্বী অনিসিগী মরীদা হায়ফম্ থোক্লিবনা—"ব্রাফম্ অনিমকুসি মাগী মাগী সীমাশিং পিকৃশিল্লনব ভূলনি। ভক্তি য়াওদ্রব তত্ত্বজ্ঞান অদু অহঙ্কারনা মপুং ওইরবনি, অদুনা মুক্তি ফংহল্লিডাই ওইদ্রবনি। তত্ত্বজ্ঞান য়াওদ্রব ভক্তি অন্ধবিশ্বাস পাথক্লি, ভূলমক্লি। মাহাক্লা মরম্ ওইরদুনা তামসিক গুণগী—ফল্রব লমচৎ-শাজৎ কয়ামরম্ পোকৃহল্লি। মতৌ অস্মুম্ন সনাতন ধর্ম্মগী মরীদা মত কয়া পীনদুনমকুপু মাহাক্কী সূক্ষ্ম তত্ত্বশিংদা চংশিন্দ্রনা য়েংলুবদা চাননা নীংবা কায়নিডাইদি নত্তে। উপনিষদ্-শিংনা য়াম্ন ময়েকৃশেংনা তাক্লি—জ্ঞান-ভক্তি-কর্ম্ম মখোয়সি অমগা অমগা য়াম্ন নক্লা চেৎশিল্লা মরী লৈনৈ, লৈনফম্স্ থোকৃই। মখোয়সি অমনা অমবু শৌগৎনৈ, শৌগৎনফম্স্ থোকৃই। উপনিষদ্‌কী ব্রাফম্শিং অসি গীতানা মথাতানা ব্যাখ্যা ভৌবগা লোয়ননা মপুংফানা শৌগৎলি।

আর্য্য ধর্ম্ম—সনাতন ধর্ম্ম অসি মীয়াম্দা প্রচার ভৌরকৃপদা —আর্য্য জাতিগী আদর্শশিং অদু লোয়না মচাক্ শূনা পুথোক্লনা নৈনগদবনি, চিথদনা খণ্ডোক্কদবদি। দর্শন শাস্ত্রদি ব্রহ্মতত্ত্বগী শূণ্গী নাকল্ অমত মফোঙ্দোকৃচবনি, অদুনা অমত মপুং ইফা-ফাদবনি। মতৌ অস্মুম্ন নাকল্ অমথক্তগী ব্রা লৌরবদি হায়বদি পিক্লব সীমা মন্নুংদা ফাজিন্-পুনশিন্দ্রনা থম্লবদি 'সত্যগী' নাকল্ অমথক্তা মখঙ্লগনি, অতৈ-অতৈদি খঙ্বা ঙম্মোই। মতাং অসিদা

"অন্ধ হস্তীন্যায়" নীংশিংবা য়াই। অসিগীস্থু মথক্তা অদ্বৈতবাদী-শিংনা য়াম্ন চেংনা থাজজরিবা—"ব্রহ্মসত্যংজগন্মিথ্যা" হায়ব ৱাফম্ অসি জ্ঞান ফংনীংলিব, বৈরাগ্য পাম্জব সন্ন্যাসী ওইনীংব মীশিংনা নিংথিনা আচরণ তৌরদুনা মসিদা মপুক্লিং লূপ্ফম্ থোকুই। অতৈ-অতৈ দর্শনশিঙ্গী অতৈ-অতৈ পাউতাকৃশিঙ্গী ৱাফম্শিংনা অমনি।

রজঃশক্তি পক্ত্রব মীদি সত্ত্বগুণ য়াম্ন চেল্লি অদুগা মঙোন্দা তমোগুণস্থু ফাওরকুই। সত্ত্বগুণ তমোগুণ অনিসি অস্থুম্-অস্থুম্ কন্খৎলকুই। অস্থুম্ব ফিভম্মতা অসিদা লৈরব ( সত্ত্বগুণনা লূচীং-লিবা ) মীশিং অদু সংসারগী বিষয়া পূম্নমক্ থাদোরকুই—সন্ন্যাসী ওইরকুই অদুগা প্রেমীভক্ত ওইরকুই। মখোয়সি সত্ত্বগুণনা চাং হেন্ব মীশিঙ্গী থৌদোনি। মসিদা করিগুম্বা তমোগুণনা চাং হেন্ব মীশিংনা মশাগী চংজফম্ থবক্ তৌফম্ খঙ্দনা কঙাওনৈ, করিগুম্ব থবক্ অমতদা খুথানীংদে, তল্লি, ফত্রব থবক্ কয়া তৌথোরকুই। ভারত্তা মায়াবাদ শন্দোক্লব হোৎনরকৃপদা হায়রিব ফিভম্মতা অসি থোকুখ্রবনি। 'জগৎ অসি মিথ্যানি', হায়বসিতবু চেংনা থাজনরবদি—শূপ্নগী জ্ঞান ফংনীংলিব মীওই খরদুগীদি ফরে, চানরে অদুগা মখোয়দু নত্তব অতৈ মীয়াম্গীদি করিগুম্ব অর্থ অমত্ত থোক্কে ; মরম্ অদুনা ৱাফম্ অসি (জগৎ মিথ্যানি হায়বসি) মীয়াম্গীদি মাঙ্ননবনি হায়বা তারবনি। জ্ঞানবাদীশিঙ্গী জ্ঞানমার্গ অসিদগী থোয়দোক্-হেন্দোকৃপ ( মঙোন্দগী হেন্না ফরব ) মীওইবগী কান্ননিঙাই অতৈ অতৈ লম্বী কয়ামরুম্ লৈরি। মখোয়দু

পাম্বৈনরহুনা মীওই কয়ামরম্মা পুন্সি মহয় য়ান্নরি। করিগুম্ব মখোয়হু পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নহৌদ্রব জাতিদি চুম্না হিংজবফাও রাই। অস্মুম্ব অকায়ব-অমাঙ্ব অসি লাকনি চিংনবদগী আহ্ম শঙ্করাচার্য্যনা (১) পরমার্থিকজ্ঞান, (২) ব্যবহারিকজ্ঞান অস্মুম্না মীওইবগী জ্ঞানগী মখল্ অনি পুথোকৃপিরম্মি। মখোয়সিমক্তি মীয়াম্ মরক্তা মতিক্চারব পাত্রশিং য়েংলহুনা মতিক্ চান-চান শুজিন্ননবগীদমক্কি। পরমার্থিকজ্ঞান অসিদি চানব অরেপ্প জ্ঞান (নিত্যসত্য) অহুবুনি অহুগা ব্যবহারিকজ্ঞান হায়বসিনা কর্ম্মবুনি —চৎনরোল্গী রাফম্ব্নি। মসিমক্তি মীচম্গীদমক্ত শেম্বিরম্ব লম্বীনি। মীয়াম্গী পথাপ্নি। জ্ঞানগী লম্বীদা অস্মুম্-অস্মুম্ চংশিল্লক্লগা মমৈদদি আদি শঙ্করাচার্য্যনা ব্যাবহারিক জ্ঞানবু (কর্ম্মমার্গবু) থোয়ন কন্না শেৌগংলুদ্রে। শেৌগত্তবত নন্ডনা মাগী মায়য়োক্তা তপ্প তপ্প প্রতিবাদ তৌরকৃখি। মরম্ অহুনা আদি শঙ্করাচার্য্যগী অদ্বৈতবাদকী সীমান্নুংদদি কর্ম্মবাদকী (ব্যাবহারিক জ্ঞানগী) আদর্শ অহু তপ্প তপ্প ময়েং তাথরকৃই। মমৈথংদদি মাগী মফম্ ইরৈ লৈরক্তে। আচার্য মশামক্লা অদ্বৈততত্ত্বতবু ইতত্তত্তনা কন্না প্রচার তৌরকৃপদগী কর্ম্মমার্গ মাঙ্শিল্লকৃই। বেদনা তাক্লিব কর্ম্মশিংমকৃস্থ লোৎশিন্নবা কন্না হোৎনরকৃই, অহুনা ময়াম্না মহুবুস্থ থাদোক্লরকৃই। ফিভম্ মতা অসি ওইরকৃপদগী 'জগৎ অসি মায়ানা (প্রকৃতিনা) শেম্মিবনি, কর্ম্ম তৌবা হায়বসি অজ্ঞান্দগী পোকৃপনি, মাহাক্তি মুক্তি ফংহন্দবনি।' অস্মুম্না মীয়াম্না থাজনখি।

আর্য্যজাতিনা মশা ঙাকৃচনবগীদমক্ত পুরাণ শাস্ত্র অমসুং তন্ত্রবিদ্যাবু কন্না প্রচার তৌরম্মি। মখোয়না মায়াবাদপু থাজরম্‌দে, পান্নম্‌দে, য়াম্না কন্না য়ানীংলম্‌দে। উপনিষদ্‌শিংদগী পোক্লকইব আর্য্যধর্ম্মবু অমদি মাগী মচাকুশিংবু ( উপকরণশিংবু ) আর্য্যজাতিশিংনা পুরাণশিংদা নিংথিনা ঙাক্লুন্না থনম্মি। তন্ত্রবিদ্যা শীজিন্নন-রদুনা শক্তি উপাসনা তৌরবদি—মীওই পুন্সিগী য়াম্নমক্ দরকার ওইরিব ভুক্তি-মুক্তি অনিমক্ ফঙ্গনি, হায়বা আর্য্যশিংনা থাজরম্মি। খুদম্ ওইনা—রাণা প্রতাপ্‌সিংহ, শিবাজী, প্রতাপাদিত্য, চাঁদরায় মখোয়সিনা শক্তি উপাসনা তৌরম্মি নত্রগা তান্ত্রিক সাধনা তৌবসু য়াওরম্মি। অসুম্ব মতাং অসিদসু গীতাবু নীংশিংবা য়াই। মরম্‌দি মাহাক্না শক্তি উপাসনা তৌজনীংলিব মীশিংদা মহুগীদমক্ থোয়-দোকপ পাওতাক্ পীরম্মি মহুদি—„ তমোগুণদগী পোক্লিব ফত্ত-ফল্লব থৌদোশিং অদু কোকৃহন্‌নবগীদমক্ শ্রীকৃষ্ণনা গীতাদা কর্ম্মসন্ন্যাস তৌরোয়দবনি—কর্ম্ম তৌব থাদোক্লোইদবনি, অস্নুম্না পাউতাক্ পীরম্মি।„

মায়াবাদ হায়বসি 'সত্যদা য়ুম্ফম্' ওইবনি। ঈশ্বরদি অথোয়ব মায়াবীনি। মাহাক্না মাবু শীজিন্ননীংবদা শীজিন্নরিবনি। জগৎ অসি মাহাক্কী মায়াতনা শেম্মিবনি। রাফম্ অসি উপনি-ষদ্‌কীনি। মাহাক্কী সার-মচি মথৈ লৌখংলগা গীতানা নৌনা অমুক্ শক্লি—"গুণ অহুম্না তীল্‌লিব মায়া অদুনা জগৎ পুম্নমক্ শীন্‌বা থুংলিবনি, অসিনি, অদুনি শীংথানফম্ খঙ্‌নদ্রব (অনির্ব্বচনীয়) অদুনা জগৎ অসিগী হৌফম্ লেম্ফুনি। মাহাক্তি নিত্যসত্যনি,

অমত ঙাইবনি। মাহাক্কী পিক্লব অংশ-মচেৎ অমথক্তুং ফোঙ্-দোক্পিবতনি—জগৎপ্রপঞ্চ অসি। জগৎ অসি মওং হোঙ্বা নাইবনি, লেপ্তবনি, অমাঙ্-অতা নাইবনি। ব্রহ্মদি—নিত্যসত্যনি; অরেপ্পনি, মওং হোঙ্দবনি। অরেপ্প ব্রহ্মদগী লেপ্তব জগৎ অসি কদায়দগী কম্দৌনা পোক্লক্পইবনো? ঙাইহাক্ লৈতনা মওং হোঙ্লিব জগৎ অসিগী তুংনফম্না কদায়দনো? (মাহাক্কী আধার করিনো?) গীমখোয়সি পাউখুম্দি—উপনিষদ্না অস্মুম্না পীরি—"নিত্যসত্য ওইরিব ব্রহ্মনা মশাগী মায়া শক্তি শীজিন্নরদুনা (প্রকৃতিবু থৌদারদুনা) জগৎপ্রপঞ্চ অসি শেমহল্লিবনি অদুগা মসি মঙোন্দা (ব্রহ্মদা) তুংনফম্ ওইদুনা লৈরিবনি। ব্রহ্মগী অনির্ব্বচনীয় শক্তি অসি কনাগুম্বনা মায়াবীগী মায়ানি, হায় অদুগা অতোপ্প অমনা পরমেশ্বরদা চংজদুনা লৈরিবী প্রকৃতিদেবীনি হায় অদুগা মখোয়সি নত্তব কনাগুম্বনা মাহাক্তি (মাগী শক্তিসিদি) মাহাক্কী বিদ্যা অমসুং অবিদ্যাগী মশক্ ওইরিবী ইচ্ছা শক্তিনি, হায়রি। হায়রিব ৱাফম্শিংসি তর্কশাস্ত্র হৈরবশিং (ন্যায় শাস্ত্রীশিংনা) ইয়া য়াদে। মখোয়দি মরোৌশিং ফরবনি, কুম্ম বিচার তৌবনি। মখোয়না হায়রি— "অমত ঙাইরব (ব্রহ্ম) অদুদগী ময়াম্ (জগৎ) অসি কম্দৌনা ওইরক্লিবনো? করিগুম্ব খেন্নব অমতা ইলৈ-মলৈত্রব ব্রহ্মাদুদা খেন্নব মভৌশিং (ভেদধর্ম্মশিং) অসি কম্দৌনা লৈকম্ থোক্পগে? কম্দৌনা লৈবা য়াগদগে? ৱাফম্ খরসিনা য়েংনরিব ৱাফম্ অসি মতাং অসিদা লোয়শিন্বা মতিক্ চাদ্রি। খরগা অমুক্ খন্থক্লরগা—অনৌব ৱাফম্ অমা পুক্লিংদা কাওরক্লে।

চুপ্মি, অমথক্না ময়াম্ ওইবা য়াদে। খেল্লব লৈত্রব ( ব্রহ্ম ) অদুদগী মখল্-মখা য়াম্নব মতৌসি ( ভেদধর্ম্মসি ) পোল্লকুপা হৌনদে, ওইথোক্তে। মখল্-মথেন্ য়াম্মি—হায়রিবসি মিথ্যানি। মাহাক্তি অমতনি ( সনাতন অদ্বিতীয়নি )।

মায়া করিনো? মাহাকু কদায়দগী কম্দৌনা পোল্লকুপনো? অমস্তুং মাহাকী তুংনফম্না কদায়দনো? ৱাহংশিংসিগী পাউখুম্ আদি শঙ্করাচার্য্যনা অস্তুম্না পীরম্মি—"মায়াদি" অসিনি, তাক্লিঙাই নত্তে, মাহাক্তি অনির্ব্বচনীয়নি। মাহাক্তি [ অতৈ-অতৈ জীব-শিঙ্গ্ম্না ] পোক্তে। মাহাকু লিরবনি, অদুম্নদি ওইরগা মাহাকুসি লৈস্তু লৈতবনি। আচার্য্যগী পাউখুম্ অসিনদি শঙ্কা কোক্তি। চিংনরিব ৱাফম্মক্তি—জগৎ শেম্মিব ( সৃষ্টিগী দায়িত্বগা লোয়ননা থবক্ অসি পাঙথোক্লিব ) ব্রহ্মা অদুদা জগৎ অসি শেম্নবগীদমক্ অসিনি—অদুনি হায়না পোলেপ্ফম্ খঙনত্রব সৃষ্টি শক্তি অমা (করিগুম্ব পোৎ অমা) লৈ। মদু য়াম্ন লিরবনি। উরিব জগৎ অসিনা মদুগী সাক্ষী-প্রমাণনি (হায়বদি ব্রহ্মাগী সৃষ্টি শক্তি অদুদগী জগৎ অসি ওইখিবনা মাহাকুসি জগৎ অসিদগী লিরবনি ) মরম্ অসিমক্তনা ব্রহ্মগী একত্ব—মাহাকু অমতনি, হায়বদু লাল্লে, চৎনব য়াব ৱা ওইদরে।

ৱাফম্ অসি উপনিষদ্কী ৱান.মপান্ খোপ্চিন্বা য়াই। মানা হায়রি—জগৎকী সৃষ্টিনচিংব লীলাশিংগীদমক্ পরমেশ্বর ভগবান্গী প্রকৃতি ( শক্তি ) তঙাইফদে মাগী শক্তি হায়নরিবদু প্রকৃতি অসিবুনি, মসিস্তু সচ্চিদানন্দগী শকুফম্নি। ভগবান্গী ইচ্ছা

শক্তিনি। জগৎ অসি ব্রহ্মদগী পোকপনি, অদুগা মঙোন্দা অমুক্ত তীনখিগদবনি। পরমেশ্বর ভগবানগী ইচ্ছা মতুং ইন্না ব্রহ্মদগী মায়া পোকই। মায়াদগী জগৎ পোকই। লীলা পুরুষোত্তমনা তাইহাক্তং লীলা শান্নবিরিৱৈ তাঞ্জা অদুবুনি—"জগৎপ্রপঞ্চ" কৌব অমা উনরিবসি। ব্রহ্মদি জগৎপ্রপঞ্চসিদগী ৱাংমদা লৈবনি। মাবু জগৎ অসিনা করিমত শোক্ক্রবা তম্‌দবনি।

নৈনরিব ৱাফম্ অসিগী হেক্ক ওইগদব সারাংশমক্তি অসিনি, মদুদি—সর্ব্বংসত্যম্ পুম্নমক্ক সত্যনি, ৱাফম্ অসি পাক্লা-কুপ্ন খন্ন নৈনবা তারবদি—দেশকালাতীত ওইগ্রবদুদি হায়বদি মফম্-মতম্ পুম্নমক্তগী ৱাংমদা লৈগ্রবা, মখোয়সিনা মাবু তাকপা ওইথোক্ক্রবা মাহাক্কী মফম্‌দদি (মাগী মিংষেংদদি) জগৎ অসি মিথ্যানি, মসি—লেপ্লবনি। মফম্-মতম্ব নানথোকপা তম্‌দ্রিব মখোয়সিগী লীলা মনুংদা কোয়শান-শান্নদুনা হিংলিব ঐখোয় মীচম্‌শিংনদি "জগৎ অসি মিথ্যানি" হায়কম্ থোক্কে, মদু হায়বা য়ারব য়োগ্যতা ঐখোয় মীচম্‌দা লৈতে। অসিদম্ব নত্তনা মফম্‌গী সীমামুংদা অমম্বং মতম্‌গী তম্‌খৈনুংদদি উরিব জগৎ অসি মিথ্যা নত্তে, সত্যনি। অদুনা দেশকালাতীত ওইরদুনা ব্রহ্মদা তীনখিব য়াব তাঞ্জা লাক্লব নত্রগা অদুম্ব শক্তিদু ইশাদা লৈরব মতম্ অদুদা—ঐখোয়নম্ব "জগৎ মিথ্যানি" হায়বা তম্মকনি, হায়দোকপা য়ারকনি, পকচরকনি। অদু নত্রবদি লালগনি। ঐখোয় মীচম্‌গীদমক্তি—ব্রহ্ম সত্যনি, জগৎ মিথ্যানি—অসুম্ন হায়বগী মহুত্তা—ব্রহ্ম সত্যনি, জগৎ অসি ব্রহ্মদুনি, (ব্রহ্মগী স্বরূপমক্তি) অসি হায়বনা য়াম্ন মতিক

চায়। মসিমক্লি—উপনিষদ্‌কী পাউত্তাক্। "সর্ব্বং খল্বিদংব্রহ্ম" —অস্নুম্ব মকম্-মতম্ পুম্নমক্ত চুম্নব চোক্‌শিল্‌লব য়ুম্ফম্ অসিদা "আর্য্যধর্ম্মসি" শাগৎপনি।

---

## নিবৃত্তি—সংসারগী বিষয়াদগী পুক্লিং হন্দোকপা।

ভারত্তা থাইনদগী হৌনা ধর্ম্মগী ব্যাখ্যা য়াম্ন পাক্-চাউনা ঋষিশিংনা তৌনরকুই। মসিগী অর্থ পিক্‌শিন্‌বা কনামতনা পাম্‌দে। [ধর্ম্ম রাইহেসিগী প্রক্ৃতি প্রত্যয় মতুংইন্না মাগী অর্থ য়াম্ন পাকুই মানা লম্ য়াম্ন কোল্‌লি] মাগী অর্থনা মীওইবগী চাউর-চাউরব থবক্‌শিং ফোঙ্‌দোক্লে। ভারতকী পণ্ডিতনা অস্নুম্ন থাজৈ মহুদি—মীওইবগী পুন্সি'পুম্বসি ধর্ম্মক্ষেত্রনি, হায়বদি মীওইবগী পুন্সি'পুম্বদা হেক্ থোক্লিব থৌদোকুশিং অমদি থোক্লকপ য়াব থৌদোকুশিং পুম্নমক্ অহু ধর্ম্ম ওাক্তনি [সাহিত্যনা মীওইব পুন্সিগী ব্যাখ্যা তৌবগুম্না ধর্ম্মনা মীওইব পুন্সিগী কর্ম্মশিংবু শিন্‌থাশিংবু শন্দোক্ ব্যাখ্যা তৌহুনা খঙ্‌হল্‌লি]। মমাংঙৈদ ভারতকী শিক্ষাদা (হিন্দু শিক্ষাদা) অমম্নুং থোয়দোকপ ব্রহ্মজ্ঞান তান্‌শিন্দ্‌না চানব 'জ্ঞানী' ওইননব হোৎনবদা—হায়রিব চাউরব, গম্ভীর ওইরব তত্ত্ব (ধর্ম্মগীরহস্য) অসি চেৎনা নপ্পুনা লৈরম্মি। অহুবু অরাবদি—নোংচুপ্লোম্‌গী এডুকেশন সিষ্টেম্ (শিক্ষা). ভারত্তা নম্‌হুনা হেক্ পুশিল্‌লকপদগী নোংচুপ্‌কী ফত্ত-ফত্রব লম্‌চৎ-শাজৎশিং থৌদো-শিংহু [ভারতকা চানদবশিংহু] লম্ অসিদা চংশিল্‌লকুখি। মথক্

মখা ওন্খি। মসি খঙ্নরক্তুনা হৌজিকু নৌন অমুক্ শেম্-দোক্লহ্না পীরিব শিক্ষা প্রণালী অসিস্মু ফত্রি, মপুং ফাদ্রি, মখোঙ্তেক্লি, মমিত্তাঙ্লি ; মসিদস্মু অমোংপ কয়া য়াওরি। ভারতকী হায় নৈজরস্ব শিক্ষা প্রণালী অদু বৃটিশ ভারত্তা পুম্কায় কায়খি, য়ায় অস্বাভাবিকু ওইনা খংহোঙ্-হোঙ্খি। করি অমুক্ হায়গনি! ভারতকী অনৌ-অনৌব মী-রোল্শিংগী পুক্লিং-রাখল্দা, থোগ্তা অস্নুকী মতিকু তম্থিরব রাখল্ ( ভ্রম ) কয়া বৃটিশ শাসন্না নম্হ্না চুশিন্হন্ত্রবনি অদুগা নিংথিনা চুশিন্ত্রবনি মহুদি—সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌবা, ভক্তি তান্বা অমস্তুং অতৈ-অতৈ সাত্বিক (অথোয়ব) ভাবশিং মশাদা চেল্হন্নবা হোংনবা অসিনচিংব রাংলব থৌদৌশিং অসি নত্তনা ধর্ম্মগী অতৈ থৌদৌ অমা নৈতে, নৈবস্মু হৌনদে। থাকু অসিফাও য়োনত্রবনি। মখোয়না ভারত মচাশিঙ্গী পুক্লিং-রাখল্দা থোগ্তা চুশিন্হন্ত্রিব তম্থিরব রাখল্ ( ভ্রম নত্রগা পিক্লব রাখল্ পরিং ) অসিদগী খুদোংচাব লৌরহ্না নোংচুপ্লোম্গী গোরাশিংনা ভারতকী সনাতন ধর্ম্মবু তাথিনা চৈ। হিন্দুশিংনা মীওইব পুন্সিনা হেকু তৌরিব অমদি তৌফম্ থোক্লিব থবকু পূম্নমকপু অনিখক্ত থোক্ল খায়দোকুই—(১) ধর্ম্ম (২) অধর্ম্ম। নোংচুপ্লোম্দনা মীওইব পুন্সিগী তৌফম্ থোক্লিব থবকুশিংবু অহুম্ থোক্ল খায়দোকুই —(১) ধর্ম্ম, (২) অধর্ম্ম অমস্তুং অনিসিদগী মপান্থোকুপ অতৈ অতৈ থবকুশিং অমদি পুক্লিঙ্গী ঈথক্-ঈহুল্শিং অস্নুমা। (১) ভগবান্গী প্রার্থনা তৌবা, কীর্ত্তন তৌবা গীর্জাদা পাদ্রীগী লেক্চর তাবা মখোয়সিবু ধর্ম্ম নত্রগা Religion কৌই। অফ-অফব

থবক্শিংবুদি মখোয়না ধর্ম্মগী মনুং চন্না শীংথাদে। মখোয়হৃবুদি মীওই পুন্সিগী নিংথিরব চৎনলোল্দগী (শিষ্টাচারদগী) তোপ্পনি, হায়না লৌই। অহৃয়দি ওইরগা (নোংচুপ্কী) কনাগুম্ব থরভনদি Religion অমস্তুং Morality অনিমক্ ধর্ম্মগী মচাকুশিংনি, মখোয়-সিনা মপুংমক্তি নত্তে, অস্তুম্না লৌবস্থ ময়াওই। (২) গীর্জাদা চত্তবা নত্রগা নাস্তিকবাদী নত্রগা য়াম্ন চিংনগন্ব মী (সংশয়বাদী) অহৃগা Religion বু নিন্দা তৌরিব মী নত্রগা মাবু ইথৌ থৌশাক্লদব মীশিংহৃবু মখোয়না Inreligion—অধর্ম্ম কৌই নত্রগা কুকার্য্য (পাপ) Immorality কৌই। মখোয়সিমক্তি অধর্ম্মগী মচাক্লি (৩) মখোয়সি নত্তব অতৈ অতৈ কর্ম্মশিং অমদি মীওইবগী পুক্লিং-রাথল্গী মথল্-মথা য়াম্নব খোঙচৎশিং অহৃদি ধর্ম্ম অমস্তুং অধর্ম্ম অনি-মক্তগী মপান্ থোকৃপনি। Relegion অমস্তুং Life ধর্ম্ম অমস্তুং কর্ম্ম মখোয় অনিসি মনীং-মথা তয়রবনি। অমনা অমগী মথা পোন্দে, মরী লৈনদে। ভারত মচা থরনস্থ ধর্ম্মগী অর্থ লান্না হল্লি, মাহাক্কী মওং কায়হল্লি। ধর্ম্মগী চপ্চাব অর্থ থঙত্রব মীনা—মাবু সাধুসন্ন্যাসীশিংতগী থবক্লি, হায়না লৌই। মখোয়না ভগ-বান্গী প্রার্থনা, লাইরেম্ব-লাইরেম্বীশিংদী ঈড়াং-থৌনি, সংসার থাদোক্তুনা বিরাগী ওইখিবগী রাকম্ মখোয় অসিতবু ধর্ম্মনি, মাহাক্কী—চানব ক্ষেত্রদি মখোয় অসিদনি অস্তুম্না লৌই। মীরম্-মচাশিংদতা—চানব্ব রাকম্শিংবু ঐখোয়গী লম্গী মীশিংদা চুশিন্হন্থিবা হায়বসিদি আর্য্যশিক্ষাবু লৈখা তাহন্নবনি। ভারতকীদি মীওইব পুন্সি চুপ্পসি ধর্ম্মক্ষেত্রনি, সংসারসিমকুস্থ

ধর্ম্মনি নত্রগা ধর্ম্মগী শিন্ শংনি। আধ্যাত্মিককী রা নৈমবা, জ্ঞানগী চর্চ্চা ভৌনবা অমস্তুং ভক্তি মার্গদা চংশিন্‌বা মখোয়সিতনা ধর্ম্ম নত্তে, কর্ম্মশিংস্তু ধর্ম্মনি। পাকু-চাউরব আর্য্যশিক্ষা অসিতনা ভারতকী সাহিত্য,পুম্বদা শীন্‌ব থুংনা লৈ। এষঃ ধর্ম্মঃ সনাতনঃ

কর্ম্মস্তু ধর্ম্মগী মচাক্কি, মসি চাওরাকুপ রাফম্নি। কুপ্ন খঙগদবদি কর্ম্ম পুম্নমক্‌ ধর্ম্মগী মচাক্‌ নত্তে। সত্বগুণন মপূং ওইব কর্ম্মশিং, সংসারগী বিষয়াশিংদগী পুক্নিং হন্দোকুহল্লিব কর্ম্মশিং মখোয়সি ধর্ম্মগী মচাক্‌শিংনি, মাগী মন্নুং চল্লি। মখোয়-সিদস্তু নত্তনা—রজোগুণ চেন্‌ব কর্ম্ম তৌবা, জীবব্‌ থৌজাল্‌বিবা, ধর্ম্মযুদ্ধদা য়েক্নব হাংপা অদুগা মীগী কান্নব তৌবিবদা ইশাগী ওইজব থাদোকুপা, ইরল্‌ তিংথোকুপিবা অমস্তুং দরকার মতুং ইন্না থরাই ফাওবা থাদোকুপিবা মখোয়সি অচৌব ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম তান্নবগীদমক্‌ অমদি মাবু ঙাক্নবগীদমক্‌ হকুচাং য়োক্কুনা থম্বস্তু ধর্ম্মনি। রাজনীতিস্তু ধর্ম্মনি; সাহিত্য (কাব্য) লেঙ্‌বস্তু ধর্ম্মনি। লাইয়েকুপস্তু (চিত্রকলা স্তবস্তু) ধর্ম্মনি। থম্মোই পেন্নিঙাই কবিতা তারগা—মুংঙাইরিবদুস্তু ধর্ম্মনি। পিক্নবস্তু চাউরবস্তু ইশাগী স্বার্থ অমত ইপকু-মপক্কুব কর্ম্মশিংদু ধর্ম্মনি। করিগুম্ব কর্ম্ম অমগী অপিকু-অচৌ চাং ওন্‌বা হায়সিদি—ঐখোয় মীওইবতনা অদুক্ক পংতৌ তৌজবতনি। ঈশ্বরগী মিৎয়েংদদি মদু করিমত লৈত্তে। অপিকুপ ওইরবস্তু অচৌব ওইরবস্তু মীদুনা মশানা তৌজরিব কর্ম্মদুমক্তদা মশামকুপু পুম্‌কং-কথোকুচরিবা অদুস্তু ধর্ম্মনি। অতোপ্প অমনা—"ঐহাক্না তৌজরিবসি য়াম্ন শেংলব 'যজ্ঞ'

অমনি, অদুম্না চেৎন থাজনা কর্ম্ম তৌরিব অহুগা কর্ম্ম তৌরিব মীহুগী (কর্ম্মীহুগী) মহৌশা ওইরব লম্চৎ স্বভাব অমদি অপাম্-পাম্দ মখা পোন্ন—কর্ম্ম তৌবদা থোক্খ্রিব অমদি থোক্লিব অফ-ফত্ত (অনেম্-অৱাং পাপ্ পুণ্যনচিংব) পুম্নমকপু ইমান্-মান্ননা লৌরিব (সমভাব) মখোয়সিন্থ অথোয়ব ধর্ম্মনি। ঈশ্যবাস্য উপনিষদ্না—

ঈশাবাস্যমিদং সর্ব্বং যৎকিঞ্চ জগত্যাং জগৎ।

তেন ত্যক্তেন ভুঞ্জীথা মা গৃধঃ কস্যস্বিদ্ধনং॥

কুর্ব্বন্নেবেহ কর্ম্মাণি জিজীবিষেচ্ছতং সমাঃ।

ঐখোয়না উরিব (তীন্নরুরিব) পুম্নমকু, ৱাখল্ খল্লিবা—শু-নোম্নিবা পুম্নমকু অসি পরমেশ্বর মাগী থৌদা মতুং ইন্না তৌরিব ঙাক্তনি, অদুম্না জগৎকী বিষয়া পুম্নমকুসিবু মাপু মাগী ৱাখল্তনা (ধ্যানতনা)—ফিনা করিগুম্ব পোৎ অমবু পুম্য়োম্-য়োম্শিন্বগুম্না য়োম্শিন্থ্রবদি (খুম্জিন্খ্রবদি) করম্বনা পাপ্নো, করম্বনা অধর্ম্মনো হায়না মচা তারুনিঙাই—(খায়দোক্লিঙাই) লৈত্রে। জগৎ অসিগী অপিকু-অচৌ থবকশিংবু (বিষয়াশিংবু) করিস্থ পান্নদ্রবা-করিগুম্ব ঈখৌ লাংব মতৌ অমতবু পুক্লিংদা ইপোকু-মপোকুহল্লবা চুম্নদ নত্তনা ঈশ্বরগী থৌদা মতুং ইন্না কংলিবা অৱা-সুংঙাই কর্ম্ম পুম্নমকু অমত কায়দন তৌরিব হকচাং অসি মতম্ শাংন কর্ম্ম তৌবা ঙম্নবগীদমকু নিংথিনা য়োক্লনা ঙাক্লনা থম্নিবা থৌদৌশিং অসি ভগবান্না য়াম্ন পান্নিবনি। মখোয়সি

শেংলব ধর্ম্মনি নত্রগা ধর্ম্মনা য়ারব কর্ম্মশিংনি। মসিমক্কি—চানব নিবৃত্তি—সংসারগী বিষয়াশিংদগী পুক্নিং-রাখল্ (মন) চানন হন্দোক্লব হায়রিবদু !

কর্ম্মত্যাগ হায়বসিদি—য়াম্ন পিকুই। অপাম্ব পুম্নমক থা-দোকপহনি 'চানব ত্যাগতি'। হকচাংসি চুম্না হন্দোরকপদনদি 'চানব নিবৃত্তি' নত্তে। সংসারসিদা লৈন-লৈনা মাগী বিষয়া-পুম্নমক্কগী পুক্নিং-রাখল্'পুম্ব হন্দোরক্ না কনাগুম্ব অমতগা তীম্নং-রুদ্রব মতৌ—'নিলি'প্ততা' অদু 'চানব নিবৃত্তিনি'।

বিশ্রাম।

হরিঃ ওঁ তৎ সৎ।



# লেখককী ফোংডলবা লাইরিকশিং

| মমিং | মখল্ | মতম |
|---|---|---|
| মা ভারতকী মণিরত্ন— | পাত্রশিংগী চরিত্রচিত্রণ— | ১৯৬০ ইং |
| হোনলোক্চং — | ফিদম্মিডাই পুন্সিগী সাহিত্য খোঙবু— | ১৯৬২ ইং |
| সংস্কৃত পাউরৌ— | মচি ওইরব পাওতাক্— | ১৯৬৯ ইং |
| সংস্কৃতিগী ৱারেং হিদেন্— | মীওইবগী অপূনব ৱাখল্— | ১৯৬৯ ইং |
| মুক্তা পরেং— | সংস্কৃত ৱারী মচা অনুবাদ— | ১৯৬৯ ইং |
| গান্ধী দর্শন— | ভারতীয় দর্শনদা গান্ধীজী— | ১৯৬৯ ইং |
| শৈবদর্শন— | শিবতত্ত্ব নৈনবা— | ১৯৭২ ইং |
| বেদান্ত ডিণ্ডিমঃ— | অরায়ব বেদান্ত অনুবাদ— | ১৯৭২ ইং |
| সাহিত্য দর্শন— | সাহিত্য সমালোচনা তত্ত্বশিং— | ১৯৭৯ ইং |
| শ্রীশ্রীআদ্য শঙ্করাচার্য— | পুন্সি ৱারী— | ১৯৭৯ ইং |
| শ্রীঅরবিন্দগী | গীতাভূমিকা—অনুবাদ— | ১৯৮৩ ইং |

## ফোংডলগদবা লাইরিকশিং

শ্রীগোবিন্দাশ্রমঃ (সংস্কৃত) মণিপুরদা গোবিন্দ অবতার।

মণিপুরস্য নারীরত্নানি—(সংস্কৃত) ফিদম্মিডাই নুপীশিংগী—[চরিত্র চিত্রণ

রসদর্শন— রস নৈনবা—

সংস্কৃত অমসুং ভারতকী রাষ্ট্রভাষা—

শ্রীশঙ্করাচার্যগী মমাংগী ভারত

শ্রীশঙ্করাচার্য অমসুং মাগী থবক্

ৱারী মচাগী লাইরিক্ [মিং থোন্দ্রিবা]

ৱারেং মখল্-মখল্ [মিং থোন্দ্রিবা]

সনাতন ধর্ম্মগী রেখাচিত্র

যোগদর্শন— মণিপুরী অনুবাদ

মনোদর্শন